# সানুজেং সংগ্রামশৈলোন

## পুন্সি খোঙচৎসিদা

তোঙব্রম শামুঞৌ
লাংজিং অচৌবা



নোংপোক হারম খোরজে লুপ (নোহাখোল)
যুরেম্বম



ঁশাজৌ সিংহ

তাইবঙ মালেম ফম্বাকথক্তা
তাইবঙ মীওইনা পোকপীরম
লাইজ ঈরিক অমত্তফাও
ইঞ্জ ফংহন্দা চৎখ্রবা
লাই-ওইখ্রবদি পল্পৌ-ও
নখুয়া-খাদা নহাক্কী
লৈচল চাদ্রবা নচাগী
"পুন্সি খোঙচৎসিদা"
মিংথোনবা লাইরিকসিমতং
কচ্চরি লৎনবীনু পল্পৌ-ও !!

নচা

৪।৭।২০০৬

তোংব্রম শামুঙৌ

**PUNSI KHONGCHATSIDAA**

**A Collection of Manipuri Short Stories**

**Written by Tongbram Shanmugou**

**Sagolband Langjing Achouba, Imphal-795113**



খোঙজ্রবী : তোংব্রম ওংবী ইবেম্মাইমা দেবী
নোহাখোলশীদমক





অহানবা কোঙবা : ২০০৬ (আগষ্ট)

কোপী মশীং : ৫০০ (চামঙা)

মখুম : এল জয়চন্দ্র, তেরা

মমল : ১৩০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

নম্ফম : থৌজাল হৈবা প্রেস, রিমস সাউথ গেট, ইম্ফাল।

# নোহাখোলগী ৱারোল

নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ (নোহাখোল) গী নহা ওইরিবা মেম্বর, অইবা তোংব্রম শামুঙৌনা ইবা **"পুন্সি খোঙচৎসিদা"** হায়না মিংথোনবা ৱারী মচাগী লাইরিক অমা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা নৌনা লৈশাৎ তম্লক্কনি তানদা নুংঙাইবা ফোঙদোকচবগা লোয়ননা থাগৎ ৱাহৈ পীজরি। মীওইবা অমগী পুন্সি খোঙচত্তা মখল-মখা কয়াগী অৱা-নুংঙাই, অরোন-অথুপ, ফোঙদোকপা য়াবা-য়াদবা থৌদোক কয়া লোয়নদুনা চৎলি। নহা ওইরিবা অইবা অসিনা পুন্সিগী থৌদোকশিংবু সাহিত্যগী লোন্দাদা তেন্না-তেন্না পাউদমদুনা অপাবশিংগী থম্মোয়দা খোঙ্থাং য়ৈহল্লি। মসিমক অইবসিগী মায় পাকপা অমনি। ৱারী মচাগী লাইরিক অসি নোহাখোলনা পুথোকপা ৫২ শুবা লাইরিক্নি।

নহা ওইরিবা অইবা অসিনা তুংদসু ফজরবা সাহিত্যগী লৈচল কয়া পুথোরক্কনি হায়নসু আশা তৌজরি। মতম কুইনা সাহিত্যগী সেবা তৌবা ঙম্বা তাইবঙ মপুনা পীনবিসনু।

**কুঞ্জো সিংহ নিঙোম্বম**
প্রসিদেন্ট,
নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ (নোহাখোল)
য়ুরেম্বম।

তাং ২৫।৭।২০০৬
লৈপাকপোকপা

# ৱাহৈ খরদং

তশেংনা ঐহাক ইবা হায়বসি য়াম্না ওল্লিবৈঙ মতম, অঙাং ওইরিবৈঙদগী পামজনা লাকখিবনি। অদুবু মহৈ মশিং মতিক চানা তমজবা ফংজহৌদ্রবসু ইবা হায়বসিমা পামজরুবনা থম্মোয় অমদি ৱাখলদগী ফাওরকপশিংবু ইশিং দুনা থমজিঞ্জবা খরমখৈ পুনশিঞ্জরগা মমাং চহি ২০০৫ আগষ্ট থাদা শৈরেংগী লাইরিক অমা মীয়ামদা শিন্নজখ্রে।

ইনিংবগী ৱাখলনা ঙসিসু থম্মোয়দগী ঈহৌরকপা ৱাখলগী পরিং খরনা অমুক ৱারীমচা ওইরিবরা ওইদ্রিবরা, ৱারীমচানি খন্দুনা নুংতিগী পাউচেশিংদা তেনশিঞ্জরগা ফোঙখ্রবা খরখৈ খোমগৎচরগা অনিশুবা লাইরিক অমদি ৱারীমচাগী অহানবা লাইরিক ওইনা "পুন্সি খোঙচৎসিদা" হায়না মিংথোঞ্জবা লাইরিক অসি মীয়ামগী মাংদা থমজবনি। তশেংনমক মপুং ফারবনি খন্না পুথোকচবদি নৎচদে। ইবতবু পামজরুবনা, সাহিত্যবু নুংশিজরুবনা মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারীমচাগী লৈচলদা লৈচল অমত্তং ওইহঞ্জনিংদুনা লাইরিক অসি ফোঙদোকচবনি। তশেংনমক্তী ঐহাক ঈশৈ-শৈরেং ইবনদি হেন্না পামজবনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মমিংশিং অমদি লৈফমনচিংবা কনামত্তগা মরী লৈনজদে, ৱাখলদগী ৱাখলনা শাগৎচরগা ইজবনি। কনাগুম্বা অমত্তগী পুন্সি ৱারীগা মরীসু লৈনজদে। পুম্নমক অইবগী ৱাখলদগীনি।

পুম্নমক্কা তাকপীরকপা অরান-অশোয় খুদিংমক নৌরিবা সাহিত্যবু পামজবা অমা ওইনা ইকোক নোন্না লৌজগনি। পুম্নমক্কা অচুম-অরান তাকপীরক্কনি হায়বগী আশাসু থমজৈ।

লোয়ননা লাইরিক অসিবু ফোঙদোকচনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা নোহাখোলগী ইথক থোংবা ওজা গুরুশিং, মেন্বরশিং, সাহিত্যবু নুংশিবীদুনা তেংবাংবিরকখিবা মরূপ-মপাংশিং, প্রুভ পাবিখিবা লোয়ননা থৌজাল হৈবা প্রেস পুন্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা অমুক্তা হন্না পুন্নমক্কী মফমদা লাইরিক অসিবু খুৎশিন্নজরি।

তোংব্রম শামুঙৌ

তাং ১২।৭।২০০৬ সগোলবন্দ লাংজিং অচৌবা, ইম্ফাল।

# য়াওফম তাকপা



----------

# অরোনবা পি

অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিবা হায়বদুরা ঐঙোন্দগী য়াইফরনি খন্না নাথৈদুনা লমলানবা কনাগী মকাদা চৎপ্লবী মাগীদমক কপ্পি ঙসিসু। মাগী পুন্সিগীদমক খল্লুবদা তশেংনা ঐগী পুন্সিনা মতম'মদা ঐতগীনি খল্লম্বী মহাক্না চৎপ্লবসু য়াইফবা মাইকৈ য়েংনা ল্লাজে।

কাউঙমদরি ঙসিসু থেংনখিবা মা-ঐ অদুগৈ মফমদুদা। ইঙা ইঙেনগী লৌরিং পম্বাগী অঙনবা অয়ুক্তো। পুন্সি তাক্কক অমগী খোঙচৎ অমদা ঐগী ল্লারবা, চোক্থরবা হকচাংবু মাগী শক্তমদুনা তেকখৎহন্নখিবা। শোম্বুরবা থম্মোয় ল্লাখল থৌনা পীবিখিবী মানা থেমজিনবিখি ঐবু। খঙ্দে মানদি নীংশিংলমখিদরা। থেংনখিবা মীকুপ, উনখিবা মীকুপ্পুদা শকখঙনদ্রিগৈ নুংশিরুবনা হানখিবা মীকুপ্পো। খঙহৌদনা খোঙচৎ অমদা থেংনখিবা মরুপ্পুগী য়ুমদুদনি, মাগা-ঐগা থেংনখিবদো। মরুপ্পুগা য়ুমলোন্নবা হায়বা তারে, য়ুম পরেংনি। অহানবা থেংনবা মীকুপ্পুদা হংখি মানা, করি লৈকাইদগীনো ? কমদৌনা মফমসিদা লাক্লিবনো ? মাগী পাউখুম ওইনা শকখঙনদ্রিবী মাগা মমান্নবীশিংদুগী মরক্তা ল্লারী কয়া লীখিবনি। ঐনা লীবা অল্লাবা নুংঙাইবা অনীগী ল্লারীদুদা শকখঙনদ্রিবা মরুপ্পুগী মাঙ্গোল উখোকতেন্দুদা ঙাথ-থেংথ ফমদুনা মমান্নবীশিংদুগা কয়াদা পুক্লিং চংনা ল্লাজনা তাখি।।

মকা লাম্লবা মাগী মাইথোং, শল্লাংনা নিংদু য়ৈবা শক্তমদো উরুবদা খনখি থম্মোয়সিদা মৈতৈ নুপীগী অশেংবা শক্তম হায়বদো মসিরা। খনখি অমুকসু মাগী শক্তমবু উরুরগ করিগীদমক থম্মোয়সিদা তনিক তনিক্লিবা। অদুবু, চৎলিবা খোঙচৎত্তুনা খোঙচৎ অমা ওইবনা মাবু নুংশিরুরবসু ফোঙখিদে। অদুগা থম্মোয়শিদা মাগী শক্তমবু উরুরগা তশেংনা মাবু নুংশিখিবনি, পামজখিবনি। ল্লাখলসিদা, অহানবা থেংনবা মীকুপ্পুদগী পুন্সিসিনা করিগুম্বদা

মাবু পুল্লিগী খোঙলোয় ওইগে হায়না খনখি। হংখিবনি হনজিননা মাগী তবারবী চীনবাননা ৱাহং কয়ামা । মাগী মোং-হাব্রবী শক্তমদু মীৎয়েংদুগা মীৎচানখি মা—ঐ কয়ারক । মাগী নুংশিমঙলান্দা তাওখি ঐগী থৱায় হকচাং, পোখাফম খঙখিদে লাংতক্লনা লেনখি নুমিত্তো ।

মতম খরগী তুংদা মাগা ঐগা নুংশিগী লম্বীদা খোঙদামীন্নখি। উনবা খুদিং অৱাবা ৱারীতনা মা-ঐগী ওইখি হায়বা তায় । ঐগী ৱারবা পুল্লিগীদমক কয়াদা ৱার্জখি মানা। ৱাহং কয়ানি হংখিবা মাগী চন্নবী পুল্লিনা ঐগী ইফমদা । উনবা খুদীং থেংনবা খুদীং অৱা নুংঙাই ৱারী কয়ানা মা-ঐগী নুংশিগী ৱারীনি মতমদুগী । অহিং কয়া তুমখিদে মাতগী নুংশি ৱাখল্দা চৎলে-চৎনা, চারে-চানা। অদুবু পুল্লিগী খোঙফম অমদা খুদোংথিরবা তাক্কক অমগী তাঙ্গাদা মাগা ঐগা শক উন্নদা মতম খরা লাপথোক্লবগী তাঙ্গা লৈখি। ফংখিদে উনবা মাগা ঐগা, উজনিংবা য়েংজনিংবা শক্তম মাগী, উবা ফংখিদে লেনখি পুল্লি .... ॥ মতমদো মাগী থম্মোয়দা ফরিবু খল্লমগনি খঙদে।

মতম খরগী তুংদা ঐনা ঐগী লাইরা শঙ্গাইদা হল্লক্লবগী মতুং নোংমা লাকলমখি ঐগী লাইরা শঙ্গাই ইনাকসিদা । মতমদো নীংথম ৱাকচিং থানি। নোংসু খরা খরা খিকখি নুমিত্তো । ফমলমখি ইনাক্তা মানা, হংখি তত্তনা ঐঙোন্দা ৱাহং কয়া নুমিত্তুদা হায়খি ঐসু মাগী মফমদা, “নহাক্লা কৈদৌঙে করম্বা মতমদগী ঐগী লাইরবা য়ুমসিদা ...।” মানা খুমখি, “মতম খরদি ... । ঐনা হায়খি, নঙনা ঙসি লাক্লিবসিনা, য়ুমশিদা লাকপগী অরোইবা ওইগদৌরিবরা ?” মানা খুমখি “করিগী অরোইবা ওইগদৌরিবা ঐ নঙগীদমক লেপ্লিবসিদি ।” ঐনা অমুক “নঙগী থম্মোয়নুংদা খনবা ৱাখলবু করম্না খঙলুনি । হোয় মতাং মতমদো য়ৌরক্লগা খঙনবা হায়বদুনি ।” মাসু হায়রকখি “য়েংনবা তারেদনা । করিগীনো ঐবু শুকথা থাজবা ঙমদবরা?” ঐনা “করম্না থাজগদৌরিবনো ইনাক্তা লৈবসু নত্তনা ।” অসুম্না মাগা ঐগা ৱারী কয়া শান্নরবগী তুংদা লাইরবা ঐগী শঙ্গাইদগী চৎখি ।

অৱা নুংঙাই ৱারীতনা মা ঐগী ৱারী ওইদুনা লাকখিবা অমদি হিংলিবা পুল্লিগী মহিং মা ঐগী নুংশিগী খোঙচৎ ওইখি । হায়খি মফমদা কয়ারক নুংশিগী

পম্বুংগীদমক ---- । অদুবু মাগী থম্মোয়না চীনবান্না তত্তনা হায়বা ৱাহৈনি । মতম খরদি পাখণ্ড লৈশা ওইনা লৈনখিশিবা হয়েং হিংবদা ৱাদনবা করিনো থবক ... । মানা হায়খিবনি "নঙসু ঐসু শেল থোকপা থবক অমত্তসু ... করম্না পুন্সি হিংগনি ।" অদুগা করিগুম্বদা মাবু ঐগী ইনাক্তা লৈরবা মতমদা করিগুম্বা তাঞ্জা অমদা মতোমতা হন্দোক্নুনা থম্বীরন্নবদি .... । ঐনা হায়খি, "ঐগী পুন্সি নঙগীদমক্কি ঙসিফাওবা হিংলিবা। ঐ, নঙগী পুন্সিনা করিগুম্বদা নুংশিগী পম্বুং য়ৌমীন্নবা তাববদি পুন্সিসিদা অমুক নঙবু থাদোক্নুনা মফম কৈদসু ...।"

পাখণ্ড, লৈশা ওইনরিবা ঐগী ইনাক্তসু লৈত্রিবা মাগা লৈত-লাইরা পুন্সিগী অরা-নুংঙাই ৱারীনা লমজিং ওইদুনা নুংশিবগী লম্বীদা খোঙদামীন্নরক্নবী মাতগী আশাদা হিংখি। পুন্সি মীকুপ খুদিং হায়খিবনি নোংমা, নঙনা ঐগী লাইর শঙ্গাইদা লাক্লমখিবা খোঙ্গুল তাহল্লমখিবা অদুনা নঙ, ঐগী নুংশি পম্বুংগী অরোইবা খোঙ্গুল ওইদুনা শক্লম্রবদি কমদৌবা হংখিবনি তত্তনা মফমদা ঐনা । করম্না হায়রুনি মপা মমাগী মনাক্তা মনিংতম্না লৈরিবী নিংঙোল অমবু নুংশিনরিবনি ঐগীনি হায়দুনা। অদুবু মতম পুম্নমক্তা মাতগী ৱাখলনি । কনানা তম্বা ঐগীনি মী মীগী থম্মোয়নুংগী ওইবা ৱাখলবু । নুংশিনরম্বা, নক্লরম্বা কয়া কায়নখিদবা, লাপথোক্লখিদবা নত্তে। নুংশিনবা খুদীং থুংনগনি হায়বা ৱাসু লৈতে। থুংনবা কয়াসু অমুক কায়নখিবা য়াওদবা নত্তে । থুংনগনি থাজদবা কয়ামসু থুংনখিদবা নত্তে। ঙসিগী তাইবঙ পুন্সি খোঙচৎসিদা।

ঐগী ৱারবা পুন্সিগীদমক্তা অৱাবা শক্তম উৎলম্বী ঐনসু থৱাইমক্কি থমজবম্বী খন্না মহাক্কী পুন্সিগা কায়নগনি হায়বসে নোংমতা খল্লুদে ঐগী থম্মোয়না। অদুবু খঙহৌদবা মীকুপ অমদা নুংশিগী কল্লবা নোংলৈ অমখক্লা মপাও অমা পুরকখি মতমদো মাগা ঐগা উনখিবা মতুং ইকুই কুইদননি। মতমদো ফাইরেন থাগী থাজৎ থারোই মতমনি। লৈমা, কনাগুম্বা অমগা হায়ন শিংনখিদুনা ৱা লেপ্পবা ...। নুমিত্তো ঐ তশেংনা ককঙাওনখি। নুমিত্তুগী অহিংদুদা থোকপা থাজগী মঙালনা অমুকসু ঐবু কয়াদা ৱাহনখি। থাবল ফরবা অহিংদুদা ফাইরেন থাগী অঙাওবী নুংশিৎকী মরক্তুদা ঐগী হকচাং পুম্বা হমাংতনা পুমচোৎ চোৎখিবনি। হায়ফম তৌফম, খঙদ্রবা ৱাখলদা ঐ তশেংনা নুমিত্তো কপখি। নিনগা ওইবা

মপোক ওইরন্নবসু মীকুপ্তো, তাঞ্জাদো ঐ তশেংনা কপ্তবা ঙমখিদে। থবায়মক্তি, পুন্সিগী আশানি খন্না, থমজরম্বী অমনা খঙহৌদবা মীকুপ্তা ঐগী ইনাক্তগী ... । লাইর-ইনাকখুনবা হায়বা অমনা মরম ওইদুনা মা, ঐ কায়নবগী পনখৈ ব্রাংমা ব্রাংমদা, লৈনবা তাখি। হংখিবনি ইতোমতা থম্মোয়সিদা মহাক্না ঐবু নুংশিখিদবরা... ! খনখি অমুকসু, মাসু ঐগীদমক কয়াদি ব্রাজখিবনি । অদুবু মপা-মমা ওইবশিংনা মচা নিংঙোলশিংবু নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা (মফমদা) থাজনিংবা হায়বসে মহৌশানি । তুংদা ওইরক্কদবা ব্রানা অমনি। ঐসু খনখি মতমদো মহাক্নবু য়াইফরবদি ... । অদুবু অমরোমদা থম্মোয়শেংনা নুংশিজরুবা ঐঙোন্দগী নাথৈহল্লগা য়াইফরনি খন্না মহাক্না শাগে অমগী মৌ অমা ওইনা খোঙদারুগদৌরিবা মফমদো ...। খল্লুবদা ঐ তশেংনা কপখিবনি । ঐগী করম্বা ইরালগীদমক অসুক চাওবা মীনম্বা, ঐ হায়ফম খঙখিদে। লৈকাইগী মীনোক মৈশা মরক্তা ঐ তশেংনা হিংবা তনখি। অদুবু অমুকসু খনখি, ঐগী পুন্সিসিনা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মচা মশু ওইরমদবা মীমান্নদনা হিংলন্নবা পুন্সি ওইরুবনা ঐতগী ইবালনি।

খল্লুনে নখোয়সু অমুক্তং, থম্মোয় অনি পৎ-তৎপমখৈ নুংশিনরগা লৈকাইমক্তদা অহল লমনগী য়াথং ইল্লিবনি হায়দুনা ...। মসিবু কনাগী থম্মোয়না ব্রারৌদব ঙমগনি । অঙকপনি নুংশিগী মৈচাক। হুনি অশেংবা নুংশিবসে, তশেংনমক ময়াই কল্লবা মীবু ঙাওহনবা ঙম্বা নুংশিগী হু। তাঞ্জা অমদা ঐসু মাগী অহলশিংনা ঐবু পামখিদে হায়বা খঙখি লাইরৈ নংঙি হায়দুনা। অমরোমদা ঐমক্না লৈবা লৈকায়মক্তদা মচা নিঙোলবু, থাজরিবনি হায়দুনা থাজরক্লিবা তশেংনা খল্লুরবদি ঐগী পুন্সিবু ...। খনখি ঐনা নোংমদি মাসু পুন্সিদা চৈনা অমদি শোয়দনা ফংলকখিনি হায়না । খন্না খন্না ব্রাখলসিদা ঐগী পুন্সি, নাইতোম তানা নুংশিগী লম্বী লমখাঙদা লৈহৌখিবনি ।

খঙদে মাবু থম্মোয় শেংনা নুংশিরুবনা ইন্থোক্তুনা থম্বীরন্নবা পুন্সিসিনদি ঙসিসু নুংশিবদি অদুম্মক লেংদনা লৈরি ঐগী থম্মোয়সিদা নখোয়নদি মদুগী নুংশিবদো কান্নদবা, ওইথোক্নরোইদবা পুন্সি খোঙচৎতা খুরৌ থাংনবনি হায়দুনা । অদুবু অমুক হঞ্জিল্লকপা য়াররোইদবা ঐগী থম্মোয়গী নুংশিবা ওইদুনসু পুন্সিসিনা হিংলিমখৈদি মাবু খনখি ব্রাখলসিনা মতমদুদা মহাক্না ঐগী লৈকাইমক্তদা শাগে

অমগী মৌ ওইনা লাক্লবদা ঐগী পুন্সি ...। কয়ারক ইথন্তা থম্মোয়না থম্মোয়দা ব্রাহং কয়ানি হংজখিবা । অমরোমদা ব্রাখলসিনা ঐগী পুন্সি অসুম্মক ইদোম হিংলসিরা যুম-পানবগী আশা থন্নরোইশিরা হায়বফাও খনখিবনি । অমুকসু ঐগী পুন্সিনা মহাক অমা কায়নবগীদমক ঐনা লৈরিবা লৈকাইমক্তদা শাগেগী, (য়ুম্মাক শাগে অমগী) যুমগী মৌ ওইরবগীদমক ঐনা... ? মাগী মরমগীদমক ঐগী পুন্সিসিনা মফমসিদগী নাথেদুনা চৎখিবা তারবদা মাগী পুন্সিনা খঙখ্রগা করিগুম্বদা মাগী মরমদগী ঐনা ... মাগী ব্রাখলনি হায়দুনা মাগী পুন্সিগীদমক ঐহাক অব্রাবা মৈচাক কয়া খাংদুনা লেনখি। খনবা য়াবা খল্লবগী মতুংদা মাগী পুন্সিনা ঈংনা চীক্লা নে-ভানা অমুক নিংশিংলক্তনবা ঐবু কাওথোক্লা হিংজনবগীদমক ঐগী ব্রাখল মওল-মওল খল্লকখি। মতম খরগী তুংদা খনখি ঐসু যুম পাল্লগে নৎত্রবদি মাগী পুন্সি লৈতাদনা করিগুম্বা অমদা নুংঙাইনা হিংজরবসু মাইকৈ অমদা মৈশা ফাওদনবা। অসুম্না ঐগী পুন্সিনসু মাগী ব্রাখল কাওথোকপা ঙম্নবগীদমক মানসু ঐবু নিংশিংদবা ওইখিনবগীদমক ঐহাক যুম পানখি ।

নক্লনা ইনাকমক্তদা লৈরবনিনা মাগী হিংলিবা পুন্সিগী অব্রা নুংঙাইগী ব্রারীদি তত্তনা ঐগী নাকোংসিদা তাখি । তশেংনা মাগী পুন্সিগী হিংলিবা মহাওসু তারুরগা মাগীদমক খনবদা ঐগী পুন্সি শুফম-চাফম খঙদনা লেনখিবনি । অদুবু মফমসিদা ঐগী লৈকাইদা লৈরে হায়বতনি । নোংমতা মা, ঐ নাইতোম থেংনদে। করিগুম্বা থেংনখিবা উনখিবা মতমদসু নোংমতা কৌন-ঙাংনখিদে। মানা ঐবু উরগা লোৎচবা, ইকাইজখিবা, ব্রাজখিবা মতৌদুদা ঐ তশেংনা মাগীদমক ব্রাখি । তশেংনমক ঐগী পুন্সিসিনা মফমসিদা হিংলম্বসে মাগী মফমদদি অয়েৎপা ওইখিবনি। ঐগী পুন্সিনা করিগুম্বদা মফমসিদা হিংজরমদবা থোক্লবা মহাক্কী পুন্সি কয়াদা মকা লাম্না হিংজরমগদবনো খল্লুবদা ...। তশেংনমক মহাক্কী পুন্সি ঐঙোন্দগী মাইথিরে হায়বসু খঙজখিবনি ।

ব্রাখলসিদা কয়ারক খনখি মাগী পুন্সিনা ঐবু উরগা হৈনদবা উৎলিবা কয়াসে অমুক্তংদি চমথোক্লসিরা হায়না । অদুবু মাগী হৈনদবা মতৌদুদা মাবু থেংনবদা নোংমতা কৌওমখিদে । মানা মফমসিদা লৈরকপদগী ঐগা ঙসি

ফাওবদা থেংন-উনরিবসে ৪/৫ রক্তুস্বদি ওইরম্লগদ্রা। মরক মরক্তা খনখি করিগুম্বদা মহাক অদুনা মতাং অমদা ঐগা মরি লৈনরম্মী খঙদুনা মাবু ...। মরম অসিদগী মাবু হুকথেংননা উনদুনা চমথোক্কে হায়রবা ফাওবা ঙমদনা লৈখিবনি। ঈংনা চীক্লা লৈজবা মাগী পুন্সিদা করিসু নত্তবা ইচম চম্বা খরদা লান্না লৌবিখিদুনা মাগী পুন্সি মৈশা লাংলদরা হায়না খনখি। অদুবু মাগী ঝারবা পুন্সি খোঙচৎকী তানফম খরদা ঐবু পোকচবী পলেমগী মফমদা হায়রকখি। ওইথোকপা য়াররোইদবা মাগী ঝাহে কয়া তন্নকখি অপোকপী ঐগী পলেমনা চীথদনা। তাবদি অখি ঐসু, অদুবু খনখি ঐনা, মাগী পুন্সি ঙসিদি হায়ফম খঙদনা ঝানা লেল্লবা। ইতোমতা খনখিদবা নত্তে, মতম অমদা ইস্তোকপীরম্লবা, ইরাল অমত্তসু পীরমদা চৎপ্লবী মাগী পুন্সিনা ঙসিদি নুংঙাই য়াইফকোন্দুদা মৈশা ফাওরবরা হায়না। ইতোমতা থম্মোয়দা তুমিন, মাগী পুন্সিগী অব্বা নুংঙাইগী খোঙচৎ অদুগীদমক য়াইফ মঙ্গলদি পীখিবনি। লানখিদেনা মানা কৈদৌঙৈদসু ঐগী ইফমদা করিগীনো অদুম্লগা হায়রক্লিবদি খনখি। অদুবু ঝাখলসিদদি মাগী পুন্সিবু থম্মোয়সিনা হেন্না নুংশিবা ফাওরকখি।

মহাক্কী পুন্সিগী খোঙলোয় ওইরিবা মহাক্তো অদুম্লকা তৌরক্কনি থাজরক্দবনি। অদুবু কররম্বা পীচৎকীদমক কররম্বা শাজৎকীদমক নুপীবু অদুক তমথীনা ওৎপীরিবা। মসিননি মানা ঐগী ইফমদগী মাইথিরে খঙখিবা। মাগী পুন্সিগী থব্বায়নি খঙবা মহাক্তুনা নুপীবু ওৎপী নৈবীরগা পেঙ্গবা ওইনকা থোকখিবদুদা...। তশেংনমক মাগী পুন্সিদো অদুম্লা মৈশা লাংগনি হায়বদি ঐসু খল্লুদে। মতমদুদা ঐনা মাবু কয়াদা লান্না লৌখিবনি। ঐবু ইস্তোকপীরম্লবনি খন্না চৈখি ইচিনসিনা কয়ারক হুন্না থম্মোয় পান্দবিনি, মীওৎপিনি, নুংশি খঙদবীনি, নুংশিববু শান্নপোৎকুম লুকমাইদা য়োনবীনি কয়াদা নিংঙমলক্তবা ঙসিদি। কায়নপ্লবী মহাক্তো ঐগী মীৎমাংদা ঙসিদি লেপ্পরবোই ...। খুদোং চাদনা হিংলে খঙলবা মাগীদমক খনখি কয়ারক মত্তেং মতংদি ...। অদুবু তাইবঙগী মীনোক মীব্বা মরক্তা চৎনা পনখৈ ঝাংমদা ...। ঐ তুমিন মাগী অব্বাবা ঝারী তাবা নত্তনা করিসু উপাই লৈখিদে। কায়নগনি খল্লমদবা নুংশিবা অমনা ইনাক্তগী লাপথোকপ্লগা খঙহৌদবা মীকুপ অমদা ইনাকমক্তদা য়ুমনাক অমগী শাগৈগী মৌ ...। অমুকসু খল্লুই

য়াখলসিদা, য়াজসনু মপাগকিনি । অদুবু মাবু তত্তনদি নীংশিংবা হেক্লকখি। নীংশিংলকখি অসুম মহাক্কী অদুঙেগী মপাম লমদমগী পুন্সি । নুংশি হৈতবা, মীয়োল লোন্দ্রবা নুপীবু ফিজেৎ ফিগায়গুম খনবা কনাগুম্বা অমগী পুন্সিগা য়াইথুংনখিবদো। নুপীগী পুন্সিবু পুন্সি নত্তবগুম তুহৎ-নৈহৎপীরগা পেঞ্জবা...। য়ারীসে লীদি লীনিংদ্রবনি অদুবু ঙসিদি পুন্সিসে পুন্সিনি খন্দুনা ...।

মহাক্না শাগৈগী মৌ ওইনা লৈরবা মতুং চহি খরগী মতুংদদি মা, ঐগী লৈনরম্বা নুংশি মরি ঐগা কোয়নদবা কয়ানা হংনরকখি । লৈমগা নঙগা... কয়াম কুইনা ! য়াহং কয়ানি ঐগী ইফমদা । করম্না নখোয় অনী কায়নখিবগে? মতৌ করম্না নঙগা মাগা ... অদুগা লৈকায়সিমক্তদা করম্না ...। নখোয় অনীগী মরক্তা করি ...। হান্না খঙহৌদবরা লৈমনা মফমসিদা... হায়বসে তশেংনমক ঐ য়াম্না ইকাইখি । অদুবু হংলক্লীবা য়াহংগী পাউখুমদি পীদ্রবদি লান্না উপ্তগনি খন্দুনা পীখি, পাউখুম । মা ঐনা চম্না লোয়নরকখিবগী য়ারী কয়াদো। লৈতবা লাইরবা হায়বসিদি থম্মোয়দা পুক্লিংদা, খঞ্জবা কয়া পাঙথোকপা ঙমদনা মতমনা হৌখিবসু, পুদুনা চৎখিবসু কয়ানি । নুংশিববু মীরাইখিবী থম্মোয় কনখিবী, নুংশি খঙখিদবী মরুপ মপাং কয়াগী মমাংদা ঐগী পুন্সিবু ইকাই ফিরুক খুমহল্লম্বী নিংঙোল ওইবী মাগী পুন্সিবু ইচীনসিনা করম্নদি হেক্তমক মাগী পুন্সিগী ফিরেপ পুক্লিং খঙদনা মপাম্থোংগী শক্তমবু খল্লগা করম্না লান্না লৌরুনি । মাসু থম্মোয় পানবনি, নুংশিগী মশকসু খঙবনি। অদুবু করিদি উপাই লৈ । মাবু পোকচবা পোকচবীনা মাগী খোঙথাংগী মাইকৈ, মাইওন চুম্নবা হোৎনরক্লবদা । খঙদে করিগীনো পুন্সি অমনা মাগী পুন্সিগীদমক মাইওন অমা মাইকৈ অমা লেপচবদা অয়েৎপা ...। চৎখিবা তাবনি য়াইফবা মাইকৈদা নিংঙোল ওইবীগী মরোমদোম হিংজনবগী লম্বী থীবদা পাঙ্গল শোল্লবী নিংঙোলগী মপোকনিনা ।

চাওননবা য়োকপী থাকপীরক্লিবা মমা-মপা, মবুং-মৌপ্বা কয়াগী য়াসু করম্নদি তারোই । খনখি মতমদো ঐসু, তত্তনা নুংশিগী পম্বুং অমগীদমক...। অদুবু, থম্মোয় পান্দবা ঐতগী খনবা অমগুম খনখ্রগদ্রা খ দুনা পুন্সিগী অমদি, থম্মোয়গী য়ারেপ অমনা মাগী মফমদা পুন্সিগী ওইনা

নুংশিগী বীদায় পীখিবনি । থুংনগে খন্না খোঙথাং তুংহন্দনা চঙশিল্লব্বা তারবদি থুংনরমগনি মাগা ঐগা । অদুবু করিগুম্বা মা—ঐ নুংশিগী পম্বুং তান্দুনা থুংনরগা ঐগীনা নিংবা থুংহৌবা অদুগা মাবুনা থুংনবগী হৱাও মীনোক্লী মহুত্তা পুন্সিগী ইম্থোকপীরক্লুনা পুন্সিসিমা পিরাং কংদনা ...। ঐ অমা নিংবা কায়জরবসু মাগী অহল-লমনশিংগী নিংবা থুংলসনু খনবগা লোয়ননা মহাকপুসু নুংঙাই য়াইফকোন্দুদা নুংঙাইনা পুন্সি মকা লান্না লৈজরসনু খন্দুনা পীখিবনি বীদায় নুংশি বীদায়, মপোকসিমগী ।

খনখি ৱাখলদা কয়ারক নুংশিনবা হায়বসিবু মসিরা লৌন-লৈনবখক্লুনা নুংশিনবগী অশেংবা শক্তল্লা । হংখি নোংমা, "ঐগী লোয়নবীনা করি খল্লিবনো? লৈমদো য়ান্না ৱারমাল্লে অদুগা লৈমদো করিগুম্বদা ঐসে মানা য়ান্না ইকাইদুনা ...।" অমুকসু মখা তারকখি, "নুংশিরমখিনিদা করিগী নুংশিরল্লোইদগে ? ঐনা হায়খি নহাক্লীসু অসুন্না ৱাহৌবগদি লৈরল্লোইকো...।" মখা তারকখি লোয়নবীনা "তশেংবনে মাগী নিপাদুনকা...। য়ান্না নুংঙাইতে তাবদা, নখোয় অনী কমদৌনা...।" খনখি ঐনা পুন্নমক অরেম্বনি পুন্নমক মঙলাননি। খনখি কায়নবা কয়াদি অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিনবা হায়বদো য়াওদবজাংলা মসিনি । অদুবু ঐসু ঙসিদি পুন্নমক খঙলে, ঙন্নমক উরে তারে । ঐগী পুন্সিদসু থোক্লরবসিদা। কায়নবগী পিরাং, কায়নবগী মৈচাক তান্নখিবৈ অৱাবা কয়া অদুগা অমরোমদা থুংনবগী পিরাংসু । অদুগা মহাকসু খাংলমগনি চৈনা কয়া, নুংঙাই য়াইফকোন্দা লৈশাৎ তল্লবগী তুংশিদা । অমুকসু মাগী পুন্সি থুংনবগী হৱাও মীনোকলক্তা শিম্থরমগনি মীৎলুদগী পিরাং লমলানবা মাগী ফিজং মরুমদুদা। নিঙমদবা থম্মোয়দগী ঈহৌরকপা কাউঙল্লরোইদবা পিরিক কয়া। নুপী ওইবীগী অমুক্তং থাংবা খোঙথাং, অনৌবা পুন্সি অমগী খোঙচৎতুদা মহাক্লীসু নীংঙমদবা মীৎকী পি অরোনবা পি, অরোনবা পি ॥



১৯।১১।২০০২

# পাউখুম ফংদ্রবা ৱাহং

মীওইবগী পুন্সি কনানা তম্বা ঙমগনি । মীওইবা মপোক অমা ওইনা তাইবঙপানবা ঙসিগী খুন্নাইদা মী ওইনা পোক্লক্লবদি নোংমা শোয়দনা শিরগদবা ঙাক্তনি । শিনিংদে লৈখিগে য়াদবা, শিংনিংলে হেক্তমক শিবা ঙম্মদবা মীওইবা খুন্নাইনি । অৱাবা নুংঙাইবা অনীনা লমজিং ওইদুনা লাকপা মীওইবগী মপোক্নি। কপ্পা নোকপা তাইবঙপান, অমুক নোকপা, অমুক কপ্পা হৌনশানি । অদুবু, ঙরাংদগী ঙসি ফাওবদি হিংলে হায়বদি খঙবা, লুরিবদি হয়েংনা করি থোক্লগদগে খঙবা ঙমদবা, তাইবঙ পুন্সি খোঙচৎনি। নোংমদি শিরগনি খঙলবা ঙসিগী মীওইবা খুন্নাইসিদা হাৎনৈ, শুনৈ, অকনবনা অশোনবশিংবু, অচৌবনা মচাবু মসিদা নত্তনা মখল মখা কয়াগী থৌদোক ৱাথোক কয়াদা মীওইবা কয়াগী পুন্সি লোইখিদবা নত্তে । অদুবু তাইবঙপানসিদা হিংলিবা মীওই অমত্তনা হয়েং শিনি ঙসি শিনি খঙবা ঙমদে। অসুম্না লোইবা নাইবা মীওই মপোক্কী পুন্সি খোঙচৎতা চন্দ্রগী পুন্সিসু মফম খঙদনা অশি লমদম পাংখি ।

চন্দ্র য়াম্না চম্না হিংজবা পুন্সি অমনি । মীওইবা অমা ওইনা ঙসিগী তাইবঙপান খুন্নাইদা হিংলম্লবনিনা মতমগী মতুংইন্না চৎনবী ঈচেল অমদা মহাক ঙসিদি ময়ুম মকৈ পান্দুনা হিংননবগীদমক হিংনবা পুন্সি লানফমদা ফুরিৎ ফিরোল তুদুনা ঈংনা চিক্লা পুন্সি হিংজরম্বনি । অৱা নুঙাইগী পুন্সি খোঙচত্তা ৱাদুনতা লাক্লবা মাগী পুন্সিগী খোঙলোয় লোইনবীগা অরৈ লৈতা য়েংমীন্নদুনা অনৌবা পুন্সিগী য়ুম্বাল অমগীদমক মঙলান কয়া মঙজখিবনি চন্দ্রা । লাংজবতনা মাগী শরুকনি নোংমতা মাগী মাইথোংদা অৱাবা মমি তাখিদবনি । অৱাবা ৱাখল হায়বসে নোংমতা খঙখিদবনি হায়বা য়াই। ৱারবসু ৱাদ-শানা মাগী তৌগদবা অমা অদুম্মক তৌদুনা লেনখিবা চন্দ্রগী পুন্সিনি ।

চন্দ্রা ময়ুম পাল্লে হায়বতনি, চহি কয়া লৈমীন্নরক্লবী য়ুম্বানমীন্নরক্লবী মাগী লোয়নবী ঙসি ফাওবা মমীৎতা মচা অমত্তা উবা ফংদ্ররি । অদুবু, চন্দ্রা লাইবক্লা তম্লম্বনি খন্দুনা নোংমতা নুংঙাইতবা ৱাখল খনখিদে । মাগী লোয়নবীবুসু তাথি তাইওইনা খক তৌখিদে । হোয় লৈমীন্নরবনিনা নোংমা ফাদোকপুদি খৎনদবা চৈনদবা নত্তে। মদুমক্লা মখোয় অনীগী পুন্সিদা মলোম থম্লখিবসু নত্তে । চন্দ্রা মমিত্তা মচা উবা ফংলক্ত্রবা মতমদা মাগী লোয়নবা তিন্নবা মরুপ-মপাং কয়ানা মাবু অতোপ্পা নুপী অমা য়েংলশি হায়নসু কয়ারক হায়দুনা য়েংখি । মহাক্তি পুম্নমকতো অরেম্বনি খন্না ঐগী লাইবক্তা তম্লমদ্রবদবু করি কান্ননবনো, হায়খিবনি ।

নোক্লা খেনা হিংলম্বা পুন্সি তুংদা করি ওইরক্কদগে কনানসু খঙবা ঙমদেদো । মীওইবনা মীওইবগী ৱাখল খল্লক্ত্রবা করম্না মীওইবা মরক্তা হিংগদবা মীওইবা ওইনা । অদুবু নোংমা খঙহৌদবা মীকুপ অমদা থৌদোক অমদগী চন্দ্রগী পুন্সি খোঙচত্তা খুৎশম্লনা য়েৎকা ওইগা পুন্সিগী অৱাবা নুংঙাইবা অনীগী মরক্তা করিনা করিনো, অরৈ লৈতা তান্নদুনা হিংমীন্নরম্বা মাগী লোইনবীগা কায়নবা তাখি । তশেংনা কায়সু কায়নখি অমুক হঞ্জিন্নবা য়াদবা মখোয় অনীগী নুংশিননা হিংমীন্নরম্বা পুন্সি।

মতম খরগী মতুং চন্দ্রা অতোপ্পা নুপী অমা য়েংননবা শেম শাবা হৌরকখিবনি । হৌব্রবা পুন্সি মাংলমচৎপু তুংওইননা থল্লগা অনৌবা পুন্সি য়ুম্বাল অমগীদমক আশা কয়াসু শাগৎচরিকখিবনি । মতম অমদা হান্ননা খঙনখিবী অমখক মাগী পুন্সিগী খোঙচত্তা খোঙলোই ওইমীন্ননবা হায়ননবা ঐসু য়াওনা চৎখি । কয়ারক চৎতুনা উননবা হোৎনখি। অদুবু, খনখিদবদি নত্তে চন্দ্রা, মহাক অদুনা য়ারক্কনি হায়বসে। মতম অমদবুদি চন্দ্রগী পুন্সি খোঙচৎকী যৌবন পুন্সি মতেক খরদা নুংশিগী লম্বীদা নুংশিগী খোঙলোয় ওইমীন্নখি । মানা ঙসি নৌহৌননা নিংশিংলক্লিবী অসিগা মাগা পুন্সিগী খোঙলোই ওইগনি হায়না খঞ্জখিবনি। অদুবু চেকশিলহৌদ্রবা মতাং অমদা মখোয় অনী ..... । চন্দ্রা পুন্সি খোঙচৎকী নুংশিগী লম্বীদা মাইথিরবা মী হায়বদো, ওইখি । অমরোমদা মানা খঞ্জরম্বা ৱাখল ওইবা য়াখিদবা অমরোমদা অমুক হিংমীন্নরম্বী মহাক্কী ৱাখলদা লৈতাদবা ৱাখল চরাংননা

হায়ফম তৌফম খঙদা, থবক ইনখাং শুগনি নোমগনি হায়বা মহাক থোইনা খঞ্জিনখিদে। অসুম্না চন্দ্রগী পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা নীংবা কায়বগী ৱাখল্লনা লৈতাফম খঙদনা লৈরিঙৈ মতাংদুদনি লাকখিবদো পোকমীন্নদবা মাগী ময়াম্বা তোচৌ।

মতমদো নিংথম থানি । চন্দ্রগী ময়াম্বা তোচৌনা অসামদগী লাকখিবদো ইম্ফালদা । মহৌশাদগী মচীন মনাও ওইবগী মখোয় অদুম্মক নুংশিননা লোয়নরকখি । চন্দ্রগী হেক পোকমীন্নবা মচিন-মনাওদি নিপাদা চন্দ্রগা ময়াম্বা অমগা মখোয় অনীখক্তনি । চন্দ্রানা অতোম্বনি অদুগা চন্দ্রগী পোকমীন্নবা ময়াম্বা ইরাবন্তদগীসু আসামগী তোচৌদুনা হল্লি । অসুম্না মচীন মনাও ওইবগী হৌনশা চন্দ্রগী ময়াম্বা তোচৌদুনা ইম্ফাল লাকপা খুদীং চন্দ্রা অমদি ইরাবন্তগী য়ুমদা থুংলরবা, লৈরবা ঙাক্তনি । লৈত-লায়রগী অৱা নুংঙাইগী ৱারী মচীন-মনাও ওইবগী ঙাংনৈ শকনৈ। তোচৌদুনা চন্দ্রবু অফবা মী অমা ওইহন্নীংবগুম থবক ইনখাং কন্না শু-নোমহন্নীংঙি, শেন তালহন্নীংবগী মওংসু উৎলি । নহা ওইরিঙৈ কল্লিঙৈ মতমদা শু-নোমদুনা তানশিনহৌদ্রবদি মাদৌনা মাংজনিকা হায়দুনা । চন্দ্রা নিপা অমা ওইবগী শু-নোমদবদি নত্তে তাঞ্জা অমদা করিগুম্বা ফিভম খরদগী চন্দ্রা শু-নোম্বা খরা লেপ্পদগী খুদোংচাবা লৌবা হায়বদুনি ।

নুমিত্তো অয়ুক্কী মতম অমনি, আসামগী তোচৌদো মতম খরা লৈরক্লবা মতুংনি । ঐগী য়ুমদা চংলক্তুনা ঐগী নাক্তা ফল্লখি । নুমিত্তো তোচৌদুনা ৱারী ওই করিওই য়াম্না হায় । শেল তানফমদি মণিপুরদদি লৈতে। মহাক্না লৈরিবা আসামদদি শেল থোকফমগী থোকফম ঙাক্তনিকা হায় । অমুকসু হংলকই, "ইনাও নখোয়বু ইম্ফালসিদা থবক য়াম্না মরাং কায়না ফংব্রনে ? থবক ইরৈ লৈবা মান্দেদা আ-আসামদা চংলগা শুজরবদি শেলসু, নখোয়সিদগী হেন্না মরাং কায়না ফংগনি । শেনফম খঙনা তুংশিনবসু ঙমগনি।" ঐনা হায়, "থবক্কীবুদি ঐখোয়গী সিদসু অদুম লৈদা ঐখোয়না শুবা, ঙমদবখক্কী ৱাদনি" তোচৌনা মখা তারকখি, "অদুগা হৌজিক্কালদি ইশু-শুদ্রিবদি করিগীনো ?" ঐনা হায়খি দুকান্দগী লৌথরগা শুনরিবা থবকশিংসে খরনিসু অদুম থবক পাথদবা নত্তে । মরমদি "দুকান অমগী থবক শুরিবসে ঐ খক্তা নত্তে মষ্টর ৬/৭ না শুনরিবনি।"

তোচৌনা হায়রকখিবনি ঐঙোন্দা, "য়ারবদি চন্দ্রগা নহাক্কা নখোয় অনী আসামদা ওইনা চৎসিদনা। লৈফমগীদমক্তদি করিসু ৱানিংঙাই লৈররোই ঐগীদা অদুম লৈরগা লোইরে। নখোয় অনী খোঙবু ওইনা চৎমীন্নদুনা লৈমীন্নরবদি নুংঙাইদনা।" ঐনা অমুক হংখিবনি, "ঐখোয় চন্দ্রগবু ৱারীকা শন্নরবরা? মহাক্কদি করিবু হায়রবগে?" তোচৌদুনা হায়খি, "হায়ফেৎ পুদি হায়রবনি।" ঐনা অমুক "চন্দ্রনদি করি...!" তোচৌনা "মাবুদি য়াগনিনে।" ঐনা অমুকসু হংখি, "চন্দ্রবু চৎনিংবগী ৱাখলকা লৈব্রনে?" তোচৌদুনা হায়, "য়াজদ্রগা য়াজদ্রেদনা। থবক ইনখাং শুফম-নোমফম নুংঙাইবা মফমদা, শেন তানগদবনি। মফমদুদি নখোয় ফুরিৎ ফিরোল তুবশিংগীদমক্তদি শেল অদুম মরাং কায়না ফংঙী, হায়বগী ৱানি।"

অসামগী তোচৌদুনা ঐবুসু আসামদা চন্দ্রগা লোয়ননা চৎননবা কন্না হায়খিবনি। "নখোয় অনী খন্নৌ তোঙান-তোঙানবু শুনরবসু মফমসিদগী নখোয় অনী শুরবদি" তত্তনা হায়খি। ঐনা হায়খি, "ঐদি চৎনিংদে মফমসিদা অসুম অফংবা খরা শুরগা লৈরগে। লম-লাপ্পা চৎপা হায়বসে ঐদি কয়া পামদে অদুনা ঐদি চৎলোই।" তোচৌনা হংলকখি, "করি তৌই হায়রিবনো?" "ঐনা করিসু তৌববুদি নত্তে চৎপবুদি য়াবনি লম কোইবা ওইনা অদুবু ঐগী ৱাখলদা য়ুম থাদোক্তুনা লাপ্পা নৈবসে কয়াসু পামদে" হায়খি। অমুকসু ঐনা হায়খি, "ঐদি হকচাংসু কয়া ফত্তে কয়া কন্না ফমদুনা থবক শু-নোম্বসু ঙমদ্রে অদুনসু য়ুম থাদোক্তুনা চৎপসে পামদ্রে।" মদুদা তোচৌদুনা হংলকখি, "করিনো হকচাং, কৈদৌরবগেনে? ঐখোয় আ আসামদদি ডাক্তর হায়র অফবা ঙাক্তা লৈরিবনি। নশা নুংঙাইত্রবসু আদা য়েংথোক্লগা লোইরে মদুগীদমক করিগী ৱারীবা, ঐসু লেংদনা লৈগদৌরিবা মফমদুদবো। নঙগী নশাদা নুংঙাইত্রিবা, নারিবদুদি করিসু, নত্তে। অদুবু নুংঙাইত্রবদি খরা থুনদি য়েংথোকহৌবা ফগনি মরমদি ফুরিৎ তুবা হায়বসিদি ফম্বখক্তগী শিনফমনিনা ...।"

মথংগী নুমিৎ অমদনি অমুক আসামগী তোচৌদুনা ঐঙোন্দা হায়খিবদো। ঙইনাও নহাক তশেংনা চৎলরোই হায়রবরা, য়ারগদি চৎসিদা নখোয়গীদমক হায়বনি নশাদুসু আদা ফজনা য়েংথোকসিদা।" ঐনা হান্না খুমখিবা হায়খিবদো

হোংদনা তোচৌদা হায়খি "ঐদি চৎলরোই।" তোচৌনা, "চন্দ্রবুদি শোয়দনা চৎলগনি অদুদা খোঙবু অমতং চৎমীন্নরবদি অত্রোপ্পসু নত্তবা ইমুং-মনুং ওইবা নখোয় অনী পুন্না লৈমীন্নজরবদি নুংঙাইদনা হায়খি। নঙনা য়াদ্রসু ঐগীদা লৈগদবনিনা করিসু কায়ববুদি লৈতে। থবক চৎথোক চৎশিনগী মতোমতা নৌরিঙৈদদি নুংঙাইতে হায়বগী ৱানি।" ঐনা, "করিগুম্বা চন্দ্রনা চৎলগদি থবক শুরুগদৌরিবা মফমদুদগী তোচৌহোয়গী লৈরিবা য়ুমদুগা কয়াম লাপ্পবগে" হংখি। তোচৌনা "লাপ্পববুদি লাপ্পরোই, পঙলাপ লাপ্পবা নত্তেদা হায়খি।" মখা তারকখি তোচৌনা "ফরে নঙনা চৎনিংদ্রবনিনা মথন্তা চৎচবা তারেদনা।" ঐনা হংখি, "চন্দ্রনা করম কান্দা চৎকদৌরিবা, তোচৌদি লৈহৌখিদৌরিবরা ?" তৌচৌনা "ঐহাক্তী মতম খর লৈথহৌদবা য়ারোইদৌরি।"

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা চন্দ্রা অসামদা চৎননবগীদমক শেম শারকখি। চন্দ্রদি হান্নসু মফমদুদা চৎলুরবনি। অসামগী তোচৌদুদি ইম্ফালদা মতম খরা লৈথহৌনবগীদমক চন্দ্রাদা মরোল শিন্নদুনা চন্দ্রা মথন্তা চৎখ্রে অসামগীদমক। ঐখোয় চন্দ্রনা অসামগীদমক চৎখ্রবগী মতুংদা ঐনা হংখি তোচৌদা। "ঐখোয় চন্দ্রনা চৎখিবদুবু তোচৌদি মফমসিদা লৈহৌরি অদুগা থবক শুফমনা কনানা ঙাংনরুগদৌরিবনো? মহাক্লদি মফমদুদা করম্না থবক শুফম থিরুগদৌরিবা।" তোচৌনা "থবক্কীবুরো আদা মতৈমা অঙাংশিং লৈরিদনা।' মখা তারকখি, "তরানি মঙানি থবক শুফম নুংঙাইগদবা য়েংলগা মফমচাবা লৈরগদি অমুক য়ুমদা লাকখো হায়খিবনি। অদুগা মখোয় অমুক পুন্না চঙমীন্ননবসু।" থবক মফমবুদি তোচৌনা লৈরিবা মফমদুগা লাপ্পদবা খরসু লৈ, অনকপদুদা মানসু হায়ফেৎ হায়রম্মীকসু হায় হায়নকসু ঐঙোন্দা হায়খি। তোচৌনা অমুক নৌহৌননা ঐঙোন্দা হায়খি করিগুম্বা চন্দ্রনা থবক শুফমদো ফংদুনা থোক্লক্লবদি হন্দক অমুক চৎপদদি ইনাও নঙসু চৎননবা তৌসিনে। কান্নরোই নখোয় ইম্ফালসিদা শেন তানবা ৱাগনি হায়খি। ঐনা খুমখি, "তোচৌ ঐ চৎলরোই থবক ফংলবসু ফংদ্রবসু য়ুমশিদা অদুম্মক লৈরগে।" নুমিত্তুদগী তোচৌনা ঐঙোন্দা অসামদা চৎসি হায়বা অমুক হন্না হায়রকখিদ্রে।

চন্দ্রা অসামদা চৎখিবা মতম ফনা কুইশিল্লক্লে। থোক্লকউ হায়খিবা মতমসু হেন্দোক্লক্লে। চন্দ্রগী মপাও অমত্তা তাবা ফংখিদে মানা চৎখিবা মফমদো য়ৌরে

নত্রেগা য়ৌদ্রি হায়বগী মথোংসু খঙদে। অদুবু মদুগীদমক্তদি করিসু খোইনা খন্নরুবা লৈতে মরমদি মহৌশা হান্ননা চৎলুরবা মফমনিনা। অদুবু তোচৌদি ইম্ফালদা লেংদনা লৈরি। ঐনা নোংমসু হংখি "তোচৌগী ইম্ফালদা মী উন্নগদবা লৈ হায়বদুবু উনবরা ?" তোচৌনা উনদ্রি, "চৎকদবসু ফরক অমা তরে" হায়না খুল্লকখি। মখা তারকখি "ঐখোয় চন্দ্রদসু ব্রা মরোল অমা শিন্নখিবনি, মহাকসু থোক্লককত্রে কৈদৌরবনো খঙদে।" তোচৌনা শমথরকই, "ঐখোয় ইরাবন্ত অমুক অসামদা চৎহন্দবা য়াদ্রে।" ঐনা করিগীনো হংখি ? মহাক্না হায়রকখি "শিন্নখিবা ব্রাদুসু মফম খঙদ্রে চন্দ্রবুসু লৌহল্লুনবা। ঐসে ইম্ফালসিদা মী উনগদবা লৈরিবনি। উনদবসু য়াদবা মরমনা ময়াম্বা থাদবা য়াদ্রে।" অসুম্না অসামগী তোচৌদুনা ইরাবন্তবু অসামদা চৎননবা কন্না হায়বদগী ইরাবন্ত অসামদা চৎপদা তারম্মী। ঐনা হায়খি "তোচৌদুদা করিগীনো মতোমতা অদুম লাকচগনি অমুক কৌরুদ্রবসু। করিগুম্বা থবক শুবদগী ফরক তাদুনা থোক্লক্তবসু ওইরম্বা য়াই।" তোচৌনা হায়, "পাক লাক্কদৌবা মান্দ্রে, ঐখোয় চন্দ্রদো।" ঐনা করিগীনো? মহাক্না হায়খি "চন্দ্রদো নুপীগা কায়নখিবনে অদুগী ব্রাখলদা, আদা ব্রাখল অমদা লৈরম্লনি শোয়দনা।" ঐনা থোক্লক্লনিদা শোয়দনা মঙোন্দা নুপী কায়নখিবগীদমক করিসু লৈতে। মানা থোক্লক্লগা ঐখোয় অনী তৌগদবা থবক লৈ। হয়েং চৎকনি হায়বদুদা ঐগা ব্রারী শান্নখিবনি। তেচৌনা 'করিনো' হংলকখি। ঐনা ইচম চম্না নুপীগী মরমগীনি, হায়খি। তোচৌনা, 'ঐখোয় চন্দ্রবো অতোপ্পা নুপী...?' হংলকই 'করি কমদৌনা কায়নখিবনো মাগী নুপীদুনা।' ঐনা, খঙদে খৎন চৈনবদগী....।

তোচৌগী মঙগী ব্রারী লোইবা নাইদে। ঙসিসু মঙগী ব্রারী লেপ্তুনা হায়রি তম্লি। ঐ হন্দক্তী য়াম্না নুংঙাইত্রে, তুম্ফম চাফম খঙলকত্রে করি থোক্লগদবা তত্তনা হায়। নুমিৎ খুদীং ইমুং-মাঙ্গোল হঙ্গৎ-হন্দা অমুক থোক অমুক চঙ তৌদুনতা লৈ। ইমুংগী মীনা হংলুই কৈদৌরবগে। তোচৌনা করিসু তৌদেদা মঙ-হা য়াম্না নুংঙাইতে হন্দক্তী করিনো খঙদ্রে। অমুকসু হায়রকই মচীন-মনাওদুবু করি ......। মাগী মওংদুদা ইমুংগী মীশিংনফাও হৈনরক্তবা য়াওরকখি। তোচৌনা তৌরিবা মওং মতৌদো উরগা ইমুংগী মীশিংনফাওবা চীংনবা অমা পোক্লকখি। খনখি ঐখোয়না করিনো হন্দক অসামগী তোচৌগী

মওংসিবো। য়ুমগী নিপা মখৈনা অসামদা (মীরমদা) অদুগা মানা মঙগী ৱারী ঙাক্তা। হল্লকপসু লৈতে, চন্দ্রা অমদি ইরাবস্তা মচীন-মনাও, মহাক্না হল্লকপা ঙাইরিবদুসু। তোচৌনা নোংমা নিনিশিদবুদি মচীন-মনাও য়ৌরকপদি য়ারে হায়। অদুবু মাগী মঙগী ৱারীদি অদুম্মক ...।

নুমিত্তো নুমিদাংৱাইরমনি তোচৌনা ঐখোয়দা লাক্কুনা হায়রখিবদো। ঙসি নৎত্রগা হয়েং শোয়দনা য়ৌরক্কনি। ঐনা হংখি, করম্না খঙলিবনো? তোচৌনা মানা থাজজবা অমা লৈ। অমুকসু ঐঙোন্দা হায়রকখি, "ইনাও লমসে নহা ওইরিঙৈদা খরা চৎথোকহৌবা ফৈ। শেন্দান লম্বী লৈবা মফমদা শেন তানগদবনি হৌজিক্কী মতমদা শেন য়াওদ্রবদি হিংবা ৱাগনি। নহা ওইরিঙৈদা তানবা য়াবা তানশিলহৌ। ঐখোয়সু নহা ওইরিঙৈদা তালহৌদদনা...।" অদুবু তোচৌদি করিগুম্বা ৱাখল অমদদি উংদুনা অদুম্মক লৈখি। অমুকসু তোচৌনা মখা শমথরকখি, "খঙদেদা ইনাও করি থোক্লগবনো ৱাখলসে চরাং খোইরাংনৱেদা হন্দকসে।"

নুমিত্তুগী নুমিদাংনি, মতমদো নুমিদাংগী পুং ৯ মুক তারল্লগনি ফাইরেন থাগী অইংবা নুংশিৎ শিংলি। অসামগী তোচৌদো মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈরম্মী। তাঞ্জাদুদা লৈরক্তা গাড়ী থৌজিলকপগী মৈঙাল অমা ফাওরকখি। লোয়ননা য়ুমগী থোঙ্গাল তম্না গাড়ী খোঙজেল তপ্না থৌজিল্লকখিবনি। ঐসু করিগী গাড়ীনো হায়দুনা য়েংখি। ঐখোয় চন্দ্রখোয় হল্লক্লবরা খনখি। ঙাইহাক্কী তুংদা চন্দ্রগী ময়াম্বা ইরাবস্তা গাড়ীদুদগী কুমথফাৎত্রিঙৈ তেংথা নাওইনা মনাওনিপা চন্দ্রবু কৌদুনা কপ্লকখি। ঐগী "ইনাও নিপা ময়াম্বা ঐনা হাৎপনে, হাৎপনে।" তাঞ্জাদুদা অসামগী তোচৌনা ইমুংদা চাক চাদুনা লৈরিবা মীশিংদা নখোয়বু মৈ অমত্তা পুথোকলকউ নখোয় তা-চৌবা ইরাবস্তা লাক্লেনে। "তোচৌনা ঐদি থোকনিংদ্রে হায়রগা ইমুংলোমদ চঙশিনখিবনি। ইরাবস্তগী মীকপখোলদু তাবদা য়ুমলোন কৈরোন্নবশিংগী মীওই কয়াসু ঙক্লা থোক্লরকখি। চন্দ্রগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদো পুদুনা লাকখিবা ময়াম্বা ইরাবস্তনা নিংঙমদনা তেংথাবগী খোঞ্জেল্লক্তুদা মীয়াম পুম্নমক তঙক-তঙক্লখিবনি। ইমুংগী মীওইশিং অমদি য়ুমলোন কৈরোন্নবশিংগী মীশিংনা চন্দ্রগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংবু য়েঙলগা তেংথানরকখি। "করিগীনো

চন্দ্রা নঙনা লম-লাপ্পা চৎতুনা মীরমদুদা ...। করিগী কনানা ...।" অহিংদো পুমলাং লাংখি নীংঙমদবগী মীকপ খোঞ্জেলশিংনা।

থবক শুফম য়েঙলুগনি হায়দুনা চৎখিবা চন্দ্রনা থবায় য়াওদ্রবা হকচাং ওইনা হল্লকপগী থবায় কয়ানা নীংঙমদনা তেংথানরিঙৈ তাঞ্জাদুদা মচীন মনাও মথং মথং চৎহল্লুবা অসামগী তোচৌদো থিনরকপদা য়ুমলোন্নবগী য়ুম অমগী মনিংদা য়ু থক্লদুনা করিমত্তা অল্লাবা ব্রাখল উদনা, য়াওদনা লৈরমখি । চন্দ্রগী পোকমীন্নবা ময়াম্বা ইরাবন্তদি মনাওনিপাগী ব্রাখলদা লৈতাদনা তেংথাদুনা লৈখি মতমদুদা থবায় য়াওদ্রবা চন্দ্রগী হকচাংগীদমক তৌফম থোকপা খরগীদমক ...। অসামগী তোচৌনা হায়রকখি, "ঐনা করিবু তৌগনি অখংবা অহনশিং খরা ...।"

তগৎ-তগৎ তেক্লা চৎখিবা চন্দ্রা ঙসিদি থবায় য়াওদ্রবা হকচাং ওইনা লাক্লে। অমরোমদা অসামগী তোচৌদুনা চন্দ্রবুনা হান্না মাগী লৈফম অসামদা চৎহনপ্রগা মদুগী মতুংদা অমুক ময়াম্বা ইরাবন্তাবুনা করিগীমক মনাওনিপা চন্দ্রবু কৌরুচো হায়না থারুরিবা অসুম্না মচী মচী খুদীং, শুম্মাং, মাঙ্গোল, কোম্বোং-কোয়না ঙাংনরকখি হংনরকখি, ইরাবন্তদা লৈকাইগী অহল-লমন অমদি চন্দ্রগী মরুপ মপাং কয়ানা। "করম্বা কদায়ব্রায় জগাদা মতৌ করম্না ...।" ময়াম্বা ইরাবন্তনা হায়খি, "মহাক য়ুমদা চৎননবা থোকখিবনি মদুসু ঐনা থিদোকচরুবনি। অদুবু থোকলিবা থৌদোকসে মানা চৎখিবা নুমিত্তুগী নুমিদাংদা থোক্লবজাৎনি ইরাবন্তনা মহাক্তী নোংঙাল্লগা পাউ ফংবনি (তাবনি)। মহাক্লা লৈত্রিবসিসু অসামগী খতখত্তি রেলব্রে ষ্টেসনদনি। উহৌবা খরনদি অসুম্না হায় "চন্দ্রনা রেল থৌরকপা য়েংলুবদা হন্দোকপা নংহৌদবদগী ...।"

অমুক পোকপা অমুক শিবা মীওইবগী মপোক্তা চন্দ্রনা মরম লমদমদগী লাপ্পা তাম্না চৎতুনা থবায় য়াওদ্রবা হকচাং পোল্লাং ওইনা মরম লমদমদা হল্লকপ্রবসু ব্রাহং কয়া হংদুনা লৈহৌরি ঙসিসু অদুবু চৎপ্রবা পুন্সি অমগীদমক পাউখুম ফংদ্রবা ব্রাহং ওইনা অদুমক লেংদনা লৈহৌরে।



১০। ১২। ২০০২

# লুহোংফান ফমখিনি

পল্লেফম লৈত্রবা ৱাখলনা ঙাইহাক্কী অনীংবা অপাম্বদা খোঙ থাংজিল্লুবা তুংদা করি ওইরক্কনি খন্থহৌদা মীওইবা পুন্সি কয়া নীংবা কায়রক্তবসু য়াওদবা নত্তে। হৌপ্রবা মাংলমচৎতা থোকখিবা থৌদোক কয়া পাঙথোক্লুবা থবক কয়া নীংঙল্লক্তবা ৱাখল লমজিং ওইরক্কুনা চৎলিবা পুন্সি লম্বীদা লান্না লৌনরক্কুনা অনৌবা ৱাখল অনৌবা আশাগী ময়োল অমুক হন্না থম্মোয় থম্মোয়দা হুল্লক্কুনা পুন্সি হায়বদি মীওইবা পুন্সিগী মরক্তা হিংমীন্নরিবা কয়া'মদি মিৎলু পিরাং শিন্থুনা নীংবা কায়না পুন্সি লেন্নখিবসু কয়ানি।

যৌবন পুন্সি, ইনখৎলকপা মতমগী মী-লাই কিদবা হায়নরিবা মতমসিনি। অউ-অউবা পাম্লিবা, থেংনরুবা খুদিং মায়োক্লগে খন্নবা ঙাওনরিবনি। চারিখৈ হাওজবা, অহাওবতা চানিংবা, ফজবা ফিরোলতা শেৎ-চানিংবা লৈবা লৈতবা তুংগী লাক্কদবা পুন্সি খোঙচৎতদি করি ওইরক্কদগে খঙবা ঙম্নদবা মতমনি। নিপা-নুপী খুদীংমক যৌবন পুন্সি হায়নরিবা তাঙ্কক অসি কা দুনা চৎনবা অমত্তা য়াওরম্লোই হায়না খল্লি। অদুবু ফজবা উবদা কল্লকপা অপাম্বা অমা লৈবদা কল্লক খম্বলবা মতমবুদি নাইদে হায়বা তায়। চহি নম্বোনরক্লবসু ফজববু উবদা কল্লক্তবদি লৈরম্লোই হায়নিংঙি। অদুবু ৱাখলগী অরেপ্পা অমমম থম্নদুনা মচীন্দা .... ঙাক্তনি। মদু নৎলমদ্রবদি মীওইবা হায়রিবা খুন্নাইসে করি ওইরমগনি।

দিজেন মীনা মশক খঙবা সরকারগী থবক তৌরিবা মীশক অমনি। দিজেন য়ুম্বান লম্বীদা খোঙ থাঙজিলবগা লোয়ননা মচা মরিসু লৈরবনি। অদুবু দিজেন, য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙ থাংজিন্দুনা মচাশিং লৈজরবসু মহাক চৎনবী অমগী মতুংইন্না লুহোংদুনা ময়ুম পানখিবা নত্তে। মহাক লুহোংদ্রিবা কুন্দো

— করি তৌগদৌরিবা অদুদি হা! হেক্তা হায়রোনে।

— চাক চারমদাই চারমদাইদা ওইনা খরা খরা ...।

— মদুসু কায়বদি নত্তে। অদুগা নন্দি থবক চৎলমদাইদদি ঐহাক অদুক হাক্লা কা-হেন্নদি থকপদি নত্তেদনা।

— মদু ওইরবসু ওফিস কাবদা য়ু থকচিল্লগা চৎপা হায়বসিবু করিদা ফজফম লৈবগেনে য়াম্না থকপা-থক্তবা। ও নশক নচুগদুসু হান্না নৎত্রে।

নন্দিনিগী ব্রা তারগা; "ফরে তোক্লসি কোন্না কোন্না অমুক খন্ন-নৈনরসি" হায়রম্লগা দিজেন থবক লৈ হায়রম্লগা থোকখ্রে।

দিজেন্না থবক অচিনবা লৈ হায়রদুনা অয়ুক্কী চাক-চাদ-চাদনা ওফিস চৎলিবনি হায়দুনা চৎলিবসি নুমিৎ ৭/৮ নি হায়রক্লে। হঞ্জিল্লকপনা নুমিদাং পুং নিপাল মাপলদতা হঞ্জিল্লকই।

নন্দিনি মতোমতা খঞ্জে, করম্বা থবক, করি লমদা ওইরিগবা। নুমিৎতো নুমিদাংগী পুং ১১/১২ তারবা ফাওবা হঞ্জিল্লক্তুবদা নন্দিনি মাঙ্গোল উখোক-তেন্দা ঙারদুনা মপুরোইবা দিজেনবু হল্লকপা ঙাইজে। ঙাইহাক্কী তুংদা দিজেন করিসু ইথৌ থৌশাদনা হল্লকখি। নহানমখৈদি নন্দিনি অমুক্তা হংদবনি চাক চাদ-চাদনা চৎপগী থেংনা থেংনা হল্লকপগী মরম।

দিজেন্না মফি মরোল হোংদোকপা লোইরকপা তাঞ্জাদা নন্দিনিনা চাক থাংদোরকই। দিজেন্না চাক চারিঙৈদা নন্দিনিনা হায়রকই।

ব্রা খরা হংনিংই ঙসিদি—।

— করি ব্রানো হংনিংলিবো।

চাক চানা-চানা দিজেন্না হায়রকই।

— করি করম্না থবক্লো চৎপীরিবসিবু, চাক-কা চাদ-চাদন।

— হোটেলদা চারিবনিনে। ওফিসতসু থবক চিনবা অতোপ-অতোপ্পা সাইদতসু ওফিসারশিংগা থবক চৎপননি।

— অদুগা নহানমখৈদি করিমতা হায়বিদ্রিবা করিগীনো? অদুগা ঙসিনা অসুক থেংনা হনবীরক্লিবসিনা ..... ?

— থবক্লা য়াদবদগী থেংলক্লিবনিদনা।

— নুমিৎ কয়ানিমুক চৎপীগদৌরিবনো?

— নুমিৎ নীনীগুম্বা ৱাংলি। ৱাবনসু লোইরে ঐসু, নুমিৎ খরনিদি ছুতি লৌবা তারে।

— ছুতিগকা লৌবীরুনুদা।

— নুমিৎ খরনি পোখাবসু য়াইদনা ওফিসকী থবক ওইরসু হেনমনখ্রে।

— কান্নদে কান্নদে য়ুমদসু লৈবিরোইদবদা।

— য়ুমদা লৈহন্নিংদবগী ৱাররনে নঙগীদুবো।

— অদুগী ৱা নত্তেদা।

— অদুদি করি!

— ওফিসতা চৎলগনা পোখাফম খঙই য়ুমদা লৈরবদি পোখাফম খঙদেকা হায়বীখিদায়নে।

দিজেন অমদি নন্দিনি নুংশিননা লোয়নৈ। অমনা অমগী ৱা তানৈ। অদুবু নুংশিননা য়ুম্বানবীন্নরবসু দিজেনগী থম্মোয়দা করিগুম্বা খুন্নাইগী চৎনবীদা লুহোংগে হায়বসে মহাক্কী অরেপ্পা ৱাখলনি। অদুবু মাগী লোয়নবী নন্দিনিদা হায়দে হায়বতনি; নন্দিনি মপুরোইবা দিজেনগী থম্মোয়দা থল্লিবা খল্লিবা পুম্নমক খঙবা ঙমদবদি নত্তে।

দিজেন তলব ফংলকপা খুদীং নন্দিনিদা হেক হেক পীশিল্লম্বদু ফনা কুইরে নন্দিনিগী খুত্তা পীশিল্লক্তবা। তলব শিন্নবগী মহুত্তা নন্দিনিদগী তত্তনা দিজেন খরচ তাল্লি। নন্দিনি শুবা নোম্বা কল্লি। মখুৎতা য়াম্বা য়ামদবা শেল খরদি অদুম লেংদনা লৈজে। মপুরোইবনা শেল শিন্নবীদ্রবসু নন্দিনি করিসু থোইনা খনদবগুম, অদুবু নন্দিনি খন্দবদি নত্তে, "থা খুদিংগী তলবকী শেনফম ঐঙোন্দা শিন্নরম্বা অদুবু শিন্নরকখিদবা থা ফনা য়ামলক্লে। খল্লকই থা খুদীংগী ফংলিবা তলবনা কদায়দা ...।"

মপুরোইবা দিজেন্দা হায়রকই। তলবকী শেনফম উরক্তবা থা ফনা য়াম্লক্লে। মরুপতি য়াও হায়দুনা পংয়াওদা য়াওহল্লে, অদুগা ...., অসুক কুইবা তলবকী শেনফমশিংদুনা কদায়দা ?

— (খুম্ফম খংদবগুম), দিজেন তপ্পপ্না মীগী শেল খরা লৈবদুগী—।

মমান্নশিংদুনা "ঐখোয় য়াম্না ইকাইখ্রে, নঙগী ঙসিগী মওংসি। ঙসিগীদি ঐখোয় ...।"

— দিজেন্না হেক শাওনিংলকপদুদা ....।

মমান্নবা অমনা হায়রকই, "ঐখোয় য়াওনা য়াওনা ... নন্দিনিনসু লান্না খল্লম্বসু য়াই। অমরোমদা ঐখোয়বু ইকাইবা পীবগুম্বনি।"

দিজেন মমান্নবশিং চৎনখ্রবগী তুংদা মতোমতা করিগুম্বা ৱাখল অমদা উংবগুম লৈহৌই। মমান্নবশিংদুগী মমাংদা মতোমতা ইকাইজরকপগুম, নাকল অমরোমদা নন্দিনিসু মতোমতা হংজরি। করিগীনো মহাকনা ঙসি মমান্নশিংগী মমাংদা ঐবু ফুরিবা। ঐবু য়াম্না ফৎতবীগুম, ঐনা মঙোন্দা করম্বা অরানবা লীচৎ চৎখ্রবা? অসুক কুইবা মতমসে নোংমতসু অসুম্না থোকখিবা য়াওখিদ্রি। থা কয়া তলবক্কী শেনফম উহল্লক্লুবী ঐবু মাগী খরচ তানফমগুম। মহাক্না পীবনা খরতনি ঐঙোন্দগী লৌবীবনা ভারি। ঙাইহাক মতোমতা খল্লুরবৈ তুংদা নন্দিনি দিজেনগী মনাক্তা চঙলক্লুনা হায়রকই।

— ঙসিগী মওংশি করিনো, নিপানি হায়বগী মতিক মীগী মমাংদা অকনবা শারিবরা? মখা তারকই, "খঙঙী পুম্নমক লোয়না, পৈশাখক্কী নত্তে হায়বা ইরাল লৈত্রবী ঐগী ইরাল থিননবা হোৎনবদা, নত্রা? হৌখ্রবা মাংলমচৎকী পুন্সি তাঙ্কক কয়াদো নিংশিংঙু। হায়জখিবনি কয়ারক ঐবু নহাক্কী ওইগে খনগনু হায়না। করিগুম্বা মতম অমদা ননিং থুংদবদগী অহোংবা, অওনবা ৱাখল লাক্কনি হায়না। হৌজিক্তী ঙম্নমক কাওগ্রে নত্রা? করিগীনো খুম্বীদ্রিবদি? হৌজিক্তী ইচাসু ৪ লৈরেদনা মসিদা নহাক্কদি করিসু খঙদবগুম হিংলি লমলানবী অমগী আশাদা। মদুসু খঙঙী। নহাক্কী অপাম্বদা কৈদৌনুংদা অয়েৎপা অথিংবা পীগদবসু নত্তে। পীসু পীজরোই নহাক্কী অপাম্বনি।"

নন্দিনি মখা তারকই।

— নিপাদি ১০০গী মপু ওইরবসু য়াবনি। নহাক্কী অনিংবদো হেক্তা হায়দোকপীয়ু। ঙসি থোক্লিবা থৌদোকসে অহানবা অমসুং অরোইবনি খনবীয়ু। ইকাইবা খঙবা মী অমা ওইরম্নবদি নমান্নবশিংগী মমাংদা চোপ্লমদবসু য়াই।

দিজেন গুসাই মখে তুমিন উংদুনা লৈরুবনি। নন্দিনিগী বাহৈ কয়া তাববগী তুংদা য়াম্না ঈংনা তপ্না নন্দি, গুসিগী গুইনদি শোয়ন্নবনি। ঐহাক গুসিদি নঙোন্দা বাহৈ খরা ...।

— করিনো হেক্তা হায়বীয়ু।

দিজেন নন্দিনিগী বা তাদনা লুরুক্কনা মতোমতা খঞ্জে। "ঐহাক তাইবঙপান্দা হিংলকপগী অবা নুংঙাই মশক খঙলবসু চৎনবীগী কুন্দো পরেং হুক্রিবা কোক্তা কোকয়েৎ য়েত্তুনা লুহোংবগী লুহোং-ফান ফমন্ত্রিবা নিপা অমনি। অদুগা মতোমতা শোঞ্জে ঐগী হিংলিবা পুন্সিসিদা চৎনবীগী লুহোংবগী লুহোংফান হায়বদো ঐ অমুক্তংদি ফমথিগদৌরিবনি।"

— করিগীনো তুমিন মুরুম মুরুম ... হায়গদবদো হায়বীরো !

— নন্দি গুসিদি ঐহাক বা গাংহল্লনু ঐহাক গাইহাক্তা তুমিন্না লৈরগে তপ্না কোম্না ইংনা হায়রগে—।



২৪। ১২। ২০০২

# দোলাই অমত্তং

বিনা মশক মতৌ ফজবী নিংথিজবী চুং-ফিরাল চারী লৈশাবী অমনি। মোং-হাদে মতমগী ইরাং-ফলাং য়াওদে। অউবা কয়াগী কল্লরুফম ওইবীনি। বিনা লাইরিক লাইশুদসু মবুক্লিং চঙলকপী মমান্নবী কয়াদগী মীকোক্তা থোংদুনা লাকখিবীনি। ঙসিদি বিনা লাইরিক তম্বা লোয়রদুনা মমা মপাগী মতেং পাংদুনা লৈরবীনি। মমা মপানা নুংশিনা লুনা চানা থমজবীনি। বিনানা করিগুম্বা অমা হায়বদা অব্রাৎপা লৈহনবা নত্তে। মাতগীনি মপা মমা অনীনা ব্রাজরিবা, করিদা শোয়খিগদগে খন্না। অদুবু মপা মমানা ফনা নুংশিনা থমজদুনসু মতমনা য়ারক্তবনা বিনাবু থাজ-য়োঞ্জনিংবগী খন্নরকই। ফনা কুইরে মপা-মমা অনীনা বিনাগীদমক থাজ-য়োঞ্জনবা খন্নরক্লিবা। বিনাবু হায়বা লাক্লম্বা মমৌ ওইজগে হায়রম্বা মী কয়ানি। অদুবু ঙসি ফাওবা বিনানা ঙমদুনা মমা অমদি মপাবুংগী মনিং থুংহন্দনা ব্রাখল অমদা তাওদুনা হিংলক্লিবনি। মমা-মপা অনীনা মচানুপী বিনাবু অফবা নিপা অমতংগা লুহোংবীদুনা মাগী তৌফম থোকপা তৌথোকপীরগে হায়বসি ফনা মচানুপী বিনাগী মফমদা মাইথিরক্লবসু হোৎনবা লেপ্তে। খন্নরি ঙসিসু মমা-মপা অনীনা মচাগীদমক তুংগী লাক্কদবা পুক্সিগীদমক।

— মোই পাবুং করিনো নচানুপীনা খল্লিবা ব্রাখলসিবু। ঐদি মমা ওইরবসু হায়ফম তৌফম করিমত্তা খঙজরক্রেদা।

— খঙদে খঙদে মমা, নহাক-মমানিদনা অদুনা নহাক্লা থেম-নৌদুনা নঙ ঐনা কল্লিঙৈ মতম অসিদা ......।

— কয়া'মা হায়বনি হায়দুনা লাকলমলেদনা মহাক্লা অমত্তসু য়াবা কৌবা লৈতে পুম্নমক লাকখিদ্রেদনা। ফর-ফরবা ঙাক্তনিদো অচম্বা মীওইসু অমত্তা হেক নৎখিদে।

— অদুবু হায়বা মমা, মশানা য়ানিংবা মতাং অমা মহাক্কীসু লাকখিনি শোয়দনা। অদুনা মমা নঙনা থেম্বদা লেপকনু। মসিনা নহাক্কী নথৌ ওইবা তাবনি। তৌবগীবুদি মমা "রঞ্জিৎ" হায়বা নিপামচাদো ঙসি ফাওবা হেক হিংজদুনা .....।

— মদুগী মাদো তোকপীরো মোই পাবুং।

— শুপ্লমক্তবু হায়বা মানিমা, মদুগী মাখলদনি হায়বা।

— হৌজিক লৈখিদ্রেদনা মশা ফরবসু। শিগ্লবা, লাই ওইগ্লবা অদুগীদমক্তা অসুম খন্দুনা লৈরগা মঙোন্দা করিবু কান্নগদৌরিবনো, করিবু তোংজদৌরিবনো হায়বা? মরাইবক্তা তল্লমদ্রবনিনা হায়দুনা খনগদবনি। হৌজিকপু লৈখিদ্রবা মাগীদমক খন্দুনতা লৈরগা করিনোনে মাগী পুন্সিদা অফবা ওইরক্কদৌরিবসিবু মোই পাবুং —।

— লৈখিদ্রবসু হৌমিন কামীন্নরকখিবা, মদুগীসু মথক্তা পিশক পিক্লিঙৈদগীসু ... অদুগা লৈখিদবা মতাংদুসু কয়াদি নুংঙাইতনা মফম মতম চাখিদ্রবনো। খঞ্জিল্লুরবদি শং-শংনা ইমিৎশিদ ...। নুমিত্তো মচন বিনাগী পরিক্ষাগী মকোক ওইরকপগী খবর ...। মমা, য়ুমশিদগী থোকখিবগনিদনা... লাল্লবরা? ইচানুপীনা খল্লিবসে নুংশিরুবগী ঙাক্কী ওইরল্লোই মমা, করিগুম্বা নুংঙাইখিদবা থৌদোক্কুগীদমক মবুং অমগীদমক ...।

— মোই পাবুং, ননাই নুবী ঐহাকসু খঙজে। মদুবু হৌজিক করি তৌগদৌরিবনো ? অতৈ তোকপীখোনে, মোই পাবুংগা ঐগা চহি কয়ানো...? মীওইবা ঐখোয়সে শিগদবা ঙাক্তনি অদুবু শিগ্লবা মখোয়গীদমক অহিংবনা মাহৌগদবা নত্তে মোই পাবুং। শিগ্লবা মখোয়তনা হিংহৌরিশিংগীদমক মাবিফম থোকপনি। ফরেনে মসিনা মসি ওইগ্লসনু মোই পাংবু। হন্দক্কী শিমদি শোয়দনা ঐখোয় অনী চঙদুনা য়াননবা হোৎনমীন্নগদবনি। মমানি হায়দুনা হন্দক্কী মতাংসিমদি ইতোমতগা ইম্ভোকপীরনু—।

— ঙাইখো ঙাইখো, নঙোন্দা নচানুপীবু মমৌ ওইননবগীদমক্তা হায়জরবনি হায়দুনা মামাং য়াল্লক্লিবদুনা কনা, কদায়দগী —?

— অদে নত্তেদা মোই পাবুং, থাইনা লৈশাম্নিঙে, মোই পাবুংনা পাখং ওইহ্নিঙে ....।

— অমুক তৌরদৌনিদো ফরক্কা তুরক্কা।

— করিগী ফরক তুরক ওইরুদগে অশেংবা নখোয় অনী থুংনহৌদ্রবনিনা মচা ইচাগী হাক্তকসিদা .... অদুবুরো আ: চাওবীহন্লগী মচানিপাগী —।

— চাওবীহন্লগী মচানিপাগী!

— করিগীনো অদুক ঙক্লা থোকপীগ্নীবদুনা মোই পাবুংনা?

— কৈদৌদেদো, করিসু কায়দেদ্রা, ঐনা ....! মখোয়নবু ঐগী ইচানুপীবু পাম্নীগদ্রনে মমা? মখোয়গা ঐখোয়গদি খেন্ননা উদ্রনে।

— মোই পাবুং, মখোয়না করিবু হেল্লুগবনোদা। হেনগেরা হেল্লোইরা ইচানুপীবু মমৌ ওইনিংদুনা হায়জরক্লেদনা।

— কৈ কৈ মমা, করিসু কায়দে লাকচসনু নচানুপীতা ...। থবকসু মচা অমা ......।

— কদায়দগী থবক মচাগকা নত্তেদা মোই পাবুং। অদুবুরো কলেজগী লেকচররনি। মসিমদি নাম্লোকহনবা য়াদ্রবনি, ঙাই-শেন ওইবদা নুংঙাইরদৌবা, ফনা তান চানা হেক।

— অদুবু মমা, নচানুপীনবু করি অমুক হায়রক্কদৌরিবা? করি নুমিত্তনো মখোয়না লাক্কনি লৈবীরম্মুকো হায়রকই হায়বদুনা —?

— হয়েং নিংথৌকাবা নুমিৎসিদনি মোই পাবুং—।

— হয়েংসিমক —!

— হয়েংসিবু কৈদৌগেনে মোই পাবুংনা ......?

— আ! অদুবু নচানুপীবুদি খঙহল্লবরা হায়বা?

— খঙহন্দরি।

— মশাদসু হান্না খঙহনহৌবনা ফগনিকো মমা। নহানমুকতৌনা মী লাক্লগা মানা থোকপা অমা তৌরক্লবদি।

— অদুগা য়াররোই হন্দক্কীশিমদি।

— অদু ওইরবসু, হান্ননা খন্নগদবা ব্লাফমনি। খুদক্তা হেক্তমক খঙহনবদুদি য়ানিংদে মমা —।

— কন্নিসু থোইনা ঝান্নে, নিপামচাদুগসু হান্নানা মখোয় কলেজ অমত্তদা তম্মীনরকখিবনিসু হায়—।

— মদুনা নঙোন্দা কনানা হায়রক্কিবা—?

— মীনা হায়রকপনি।

— অদুবু করম্বা মীওইনো হায়রক্কিবদুবো হায়ব্রানিমা মমা, খঙলেনে হায়রক্লে হায়বদুদি ঐসু তারে নঙনা হায়বদগী। মীশক মীওইদু নহাক্লা খঙবা মীওইনা হায়রক্কিবরা নত্রগা অতোপ্পনা .....।

— হায়দ হেক হায়রগেসে-নচানুপীগী মমান্নবী আশা হায়বদো খঙত্তীদনা—।

— হোয়নে খঙত্তীনে।

— ঐনা নহান্দো চত্তুনা হংলুরবনি মমানসু হায়ফেৎ পল্লকখিবদুদা অচুম্বজাৎলা হায়দুনা।

— মদু ওইরদি ফরেদনা অখঙবা অমনা হায়রকপা ...।

— মোই পাবুং মদুদা নত্তে, নিপামচাদুনা থবক তৌবা হৌরকপা মতাং অদুব্রায়দসু হায়ফেৎ হায়রম্মী, হায়বগুম .....,,

— মদু ওইরবদি নিপামচাদুগী পীচৎ শাজৎকসু খরদি খঙজবা ঙমজরিনিদনা।

— অদুনি মোই পাবুং ঐনা খঙবসু। অমনা মঙোন্দা ওইথোকপা য়াররোইদবা ব্রাখল ময়াম অমা মাগী থম্মোয়দা ওমশিন্দুনা থল্লিবদুমতং অহোংবা খরদংবু লাক্লবদি ঐখোয়গী নিংবা শোয়দনা হুন্দক্কী মতাংশিদা থুংলগনি।

— মমা হান্ননে ব্রাখল নুংঙাইথোক্লখিনুকো, ভাবনা দলান শারগা কৈনো তৌই হায়বদো তাগনি হরাওবা য়াবা নৎত্রি। নচা নুপীগী থম্মোয় পাক হেক্তা পেৎকনি থাজবা ঙমদে খঙলবরা? খঙদে মমা-নচানুপীদো হান্না খঙহন্লহৌনবা তৌ হয়েং মীগী মমাংদা, ইকাইবা নংলকইবসে ফনা য়াম্লে।

— য়েঙবা তারে মানা কয়াম কুইনা খাংদুনা লৈবগে হায়বা। হায়রম্লগা বিনাগী মমানা মচানুপী নুংশিনা কৌরকই।

— ইমাগী ইবেম্মা, ইমাগী বিনা, তারবরা নঙবু,,
— তাজরে ইমা, করি হায়গে—?
— লাও ইমাগী নাক্তা ফল্লো লাও ৱারি খরা শানর্সি ইমা-ইচা।
— করি করম্বা ৱারীনো?
— ইমানা ঙসি হায়গদৌরিবা ৱাসে নহাক্না নমা ঐ অমদি নপাবুংবু অশেংনা নুংশি নত্রগা নুংশিদে হায়বা খঙগদৌরিবনি খঙলবরা। অদুনা হান্না হায়হৌরিবনি, ইমানা হায়বক্কদৌরিবসে করিনো করি করম্বা ৱানো হায়বদো মুন্না খল্লু।
— ইমানা তাকপীরিবদুবু করিনো! ইমাগা পাবুংগা নুংশিদুনবু লেংদনা ঙসিফাওবা য়ুমসিদা লৈরিবসিদি।
— ইমাগী ইবেম্মা, নহাক কান্নদবদা পুন্সি লাইমন ওইহনগনু। নহাক নহৈ নশিং হৈরবনি ইমানা হায়রিবসে নহাক্কী য়াইফনবনি খঙলবরা? মশা হিংদুনা লৈরি হায়বসু নত্রবা মহাক্কীদমক ..।
— করিনো ইমানা হায়বিরিবদুবু !
— পুন্নমক নমা ঐসু খঙদবা নত্তে অদুবু নহাক্না খল্লিবা ৱাখল নহাক্কী থম্মোয়দা কায়নখ্রবা তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়গী মরক্তগী চৎখ্রবা অমুক হল্লক্লরোইদবা মাগীদমক ....। পুন্নমক্তো লোয়না কাওথোক্লবা হোৎনৌ মদুনা নঙগী য়াইফবা হায়বদো ওইগনি।
— ইমানা হায়গদবদো হেক্তো হায়বীরো। লৈখিদ্রবা মীবু ঙাইহাক লৈতনা পন-পন্দুনা ঙাংনবা হায়নবসে নচা পামজদে।
— মাবু নুংশিদদুনা পনবা ঙাংবদি নত্তেদনা, মসিদি।
— অদু ওইরসু, মীগী মপাদুনা লৈখিদ্রবা মচাবু পন-পন্দুনা ঐখোয়না ঙাংনরিবশিং করিগুম্বা তাখ্রগা করি খনগনি।
— ফরে ফরে অদুদি হায়রগে তারো, হয়েং নিংথৌকাবনিদনা—।
— অদুবু কৈদৌরগে?

হয়েংসে নহাক্পু য়েংবা অরোইবা ওইনা লাকহনগদৌরিবনি। লোয়ননা নঙবু মমৌ নুপী ওইনা পীবীদবা য়াদে হায়দুনা হায়জরগদৌরিবনি খঙলবরা ?

— হয়েংনা কদায়দগী, কনানা !
— কনানসু নত্তে মমামক্না লাক্কদৌরিবনি।
— অদুবু হয়েংগীসিনা কদায়দগী কনানো হায়বসিবু করি কায়রগে ?
— ইচানা হংলিবদো ইমা পাউখুম পীগদৌরিবনিদনা খঙলবরা?
— অদুদি কদায়দগীনো হায়বীরোদনা—।
— নখোয়গী নমান্নবী আশাদো, মখোয়গী মনাক্তগীনি।
— (বিনা ঙাইহাক খল্লি) কনা আশাহোয় ম-না-ক্ত-গী-ক-না।
— কৈদৌরে তুমিন লৈরবদি ?
— কৈসু তৌদে অদো আশাহোয় লৈকায়দগী কনানো? য়াম্মা খঙনিংবগুম !
— চাওবীহল হায়দনা দুকানগা ফম্বা নুপীদো খঙঙীদনা। কাওরবরনে ইচাবো? আশাহোয়দকা চৎপদা অচাপোৎকা চাবা দুকান্দো ...।
— উম খঙই, মদু কৈদৌরবা !
— হো ! অদুগী চাওবীহলগী মচানিপাগী মমৌ ওইনবা।
— বিনা ব্রা ঙাংদনা তুমিন মহাকপু হৌজিক ফাওবা ....।
— করি তৌরবগে নচীন্দা অমুক .... । করিসু নত্তবদা কান্নদবা ব্রাখল পংখন্দা খন্দুনা লায়না ওইরক্কনিকো। মুন্না ব্রাখল তৌহৌ খঙলেদনা।
— ঙাহাক্কী মতুংদা, ইমা নচা য়ুম পাল্লরোই হায়জপ্রবদুদি।
-- করিনো নঙনা হায়রিবদুবু, মদুবু হেক্তা য়াগদ্রনে হা? মহাক অদুনবু হিংদুনা লৈজরম্লবদি কনা অমত্তনা নঙোন্দা করিসু হায়রম্লোই।
— ইমা অমদি পাবুংগী সেবা তৌদুনা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা য়ুমশিদা লেংদনা লৈজরগে।
— নিংঙোলনা মপামদা শিহৈদে ইমাগী ইবেম্মা। অহল-লমনশিংনা হায়নবা ব্রাসু লৈবনি খঙলবরা? নহাক অঙাংমকসু নৎত্রে। নহৈ নশিং হৈরবনি নখোয়না হেন্না খঙফম থোক্লবনি। নিপামচাদুসু কলেজগী ...।
— করম্না কনাগী অয়াবা পীখিদুনা য়ুমশিদা লাক্কদৌরিবা?

— ইমানা অয়াবদো পীখোকলুয়ে। অমুক্তা য়ুমদা লেংঙবীরকপা পামজে, হায়দুনা মরম অদুদগী হয়েং নিংথৌকাবা নুমিৎসে লাক্লদৌরিবনি। মখোয়দি মখুৎ থেক্লুনা নুমিৎ পাবদা তুম্বা চাবকা চঙলমগনি থাজত্রে।
— নচা ঐগী য়াসু তাবীদবা ইমানা হেক্তা, মদুবু চুম্লনে?
— মীগী মমাংদনে মমাগী য়াদি ইল্লি হায়বদো হেক খঙহল্লিংলুদুনা চীন অসি কাংথোক্লুরবনিলে কাংথোক্লুরবা—।
— নচানা শেংনা হায়জরিবসিনি নচা য়াবা ওল্লোই। ইমানা লাকউ হায়ত্রবনিনা, লাকপদি লাকচরসনু মদুদা নচা করিসু হায়ররোই। অদুবু ....।
— নহাক্কী য়াদো মরৌ লৈকো, ইমাগী ইবেম্মা। মরৌ লৈহনগনু।
— লাক্লদৌরিবা ইচে ইনেমশিংদুদা ইশানা ইশাগী লেপচরিবা লৌজরিবা ফিরেপসে খঙহনখিবদা করিসু কায়রোয়। নচাগী পুন্সি ইমা পাবুংগীদমক পুন্সি চুম্না সেবা তৌদুনা কখোক্লগদবনি।
— মদু নত্তে ইমাগী ইবেম্মা! ইমাগী ইবেম্মা নহাকসু মুম্না য়াখল অমুক্তদি তৌখো নমাবু শাওহনগনু-শাওহনগনুকো।
— খঙত্রে নচাবু করি হায়গদবনো। মসিদগী হেনবা করি হায়খোগে। নচাবু য়ুমশিদা শুকলৈমক লৈহল্লিংত্রবরা?
— ওল্লয়ে ইমাগী বিনা, নহাক্তা খল্লিবা য়াখলদো য়াম্না ওল্লয়ে। ইচাগীদমক ফননবা শিল্লিবনিনে। মমা মপানবু মচা নিংঙোলশিং ফননবা শিন্দনা করি তৌগদৌরিবা। নখোয় নশা-নশা ....। নহানবায় নিপামচাদুগা কলেজ তম্মীন্নরকইকসু হায়বদায়নে। মশাসু অদুম মফৈ হায়নসু তায়।
— তোকপীরো ইমা, নচাসু লোইনা খঙভী। অদুবু ...।
— অদুবু কৈদৌরবা, য়াবা ওল্লরোই অসিরা? কয়ারকনো নমা নপা অনীবু মীমাংদা চোপহল্লিবা। নপাবুংনা হুন্দক্কীসিমগা তারগদি করি অমুক হায়গদৌরি। নপাবুংগী থম্মোয়দা করিনো হায়বা খনগদৌরিবসি নয়ুম পান্দুনা নিপা মমুমদা লৈরবসু ঐখোয়গী সেবাসু অদুম্মক তৌরবা কায়রোইনা নহাক য়াখল মুম্না খল্লু। নপাবুংনা হংলক্লগা করি খুমগদৌরি নমা ঐনা। অদুবু ইচানি নহাকসে ইবুকখোক্কী লমলানবী নত্তে হায়রিবা। নপাবুংদা

শোয়দনা নচানুপীনা য়ারে হায়গনি মসিদা নমাবু লান্না খক লৌগনু নঙগীদমক্তনি পূন্নমক খঙলবরা?

— (বিনা কপ্পকই) হিক হিক হিক .....

— ইমাগী বিনা করিগীনো নঙনা কপ্লিবদো কপকনু পকচদে ঙসি ফাওবা লৈমীন্নরকপদা নোংমতা নমিৎতগী পি মরিক অমত্তসু তারকখিদ্রবী নঙনা করিসু লৈত্রবা ...। কপকনু ইচানা কপ্পা পকচদে। নিঙোলগী মপোক্লি খনগদবনি, কপকদবগী মহুত্তা। থম্মোয়তা শেংঙু পুন্নমক ঈশ্বর মানা থৌজানবীগনি।

বিনা খঙহৌদবা মীকুপ অমদা মমা-মপা অনীগী ব্রা ইন্দুনা লুহোংনবগী নুমিৎ লেপ্পখিরম্মী।

বিনা মতোমতা খঞ্জরকই, "শকখিবা ব্রাশক দাদা রঞ্জিৎকী মফমদা পূন্নমক ঙসিদি কায়বা তারবা।অসুক কুইবা মতমসে দা-রঞ্জিৎকী নুংশি শক্তমবু থম্মোয়দা চেৎনা লাৎচদুনা থমজরকপনি। অদুবু ঙসিদি ঐগী ব্রাশক পুম্বা কায়বা তারে। মহাক্না হিংদুনা লৈজরম্লবদি ঐগী পুন্সিসে কয়াদা, নুঙাইজরমগদবা। অদুবু ঙসিদি ঐগীদমক্তা খনবদা ব্রাজরবা ইমা পাবুংগী য়াথং ইনবদা তারবা। খল্লুবদা নঙবু নিংশিংলগা থম্মোয় মৈশা লাংজবা নত্তনা করি উপায়নো ঐগী। হে লোম্বোক্রবা শক্তম অমুক্তদি ঐগী ব্রাহংগী পাউখুমসে ...। হে লোম্বোক্রবা থব্রায় য়াওদ্রবা নহাক্কী শক্তম্না ঐবু ব্রারৌনুকো। অদুগা নঙগী নুংশিবদি মপোক মপোক খুদিংগী লেংদনা ঐগী থম্মোনুংসিদা ....। নুংশিরবা নঙ, ঐগী হৌরকফম ঈপাম লমদমসে থাদোক্তনা চৎলগদবা ঙসিগা থানা নুমিৎ খরনিতা" কপ্পী, বিনা মওল মওল খল্লবগী তুংদা মমাবু কৌরকই মাগী কাদগী ।

— ইমা! ও ইমা! অমুক্তা ...।

— তারে তারে, করি হায়গদবনো (মচাগী মনাক্তা লাকই) ।

— ইমা অমদি পাবুংগী নিংবা থুংলে নত্রা?

— হোয়নে হোয়নে, অদুবু করিনো ইচানা হায়নিংলিবদো হেক্তা হায়ুদনা। ইচাগী করি অব্রাৎপা য়াওরবগে ?

— ইমা নচাগী লুহোংবসে কুইশিল্লকত্রেকো!

— অদুবু কৈদৌরবগে হায়বা!

— খঙদ্রে করি হায়গদবনো হায়ফমগা অমত্তা!

— থিদা, অঙাওবীসিদি নঙবু ঙাওরবরো হায়বা।

— ইমা হায়রগে!

— হায়রো হায়রো।

— নহানবায়, থাইনা হায়বা তারে ইমা-পাবুং হোয় লুহোংবা মতমদা করিদা নিপা ময়ুমদা নুপী থিন্নবগে?

— "মমানা হায়ফেৎ নোক্লগা, গাড়ি পরেং পরেংগা উজরক্কেদা। লাপ্পবসু নক্লবসু দোলাই ঙাক্তনি হৌজিক্তগদি দোলাইগা মশকপু কাওথ্রেদা। মতমদুদদি মশা মউ ফবা নিপা ৭/৮ শিন্না শিন্না ....।

— লুহোংবা দোইলাইদকা থিনবসে ফজদ্রনে?

— করিগী ফজদনি হায়গে, অদুবু হৌজিক্তদি নকপা লাপ্পা নাইদে হব্রা গাড়ী চাওখৎপগী মতুং ইন্ননিকা হায়দুনা তৌনরেদনা। করিগীনো নহাক্না দোলাইকগা অমুক থিগৎলক্লিবসিনা।

— চুম্না সুম ...। মতমগী চৎনবীনিকো হব্রা গাড়ীকসিনা অমুক ...।

— হোয়নে হোয়নে।

— অদুদি নচা ব্রা অমখক্তা হায়জগে। মসিদা ইমানা নচাবু লান্না লৌবিগনু, ইমানা য়াবিরক্কনি খন্না হায়গদৌরিবনি।

— অদুবু করিনো হায়রোনে!

— ঐগী লুহোংবসে ....।

— নঙগী লুহোংবা কৈদৌরবা হায়য়ুনে।

— মখোয়গা ঐখোয়গা লাপ্পরিবসিদি করিসু নত্তে খোঙনা চৎনরম্লিবনিদা। অদুবু মদু হৌজিক্তদি গাড়ী চৎপা তাবনি।

— অদুবু নচাসু খঙঙী খোঙনা লাক্লোয় হায়বা। নচানা হায়গদৌরিবা ব্রাফমসে পাবুংদসু হৌদোকপীয়ু। নচাগী লুহোংবদা দোলাই অমত্তং থৌরাং তৌবীনগীদমক্তা।

— (মমানা নোক্লপ) দোইলাইদুনা কৈদৌনবা মীনা নোক্লবা হায়য়ুনে দোলাইগী মরম্বু। কদায়দা করিদা শিজিন্নবনো হায়বা।

— নচাগী অনিংবা অমা লৈবনা ৱাহৈসে ইমাদা ফোঙদোকচবনি।

— অদুবু মতৌ করম্না দোলাইদুবু শিজিন্নগদৌরিবনো হায়বা?

— নচা হায়জগে, নচানা লুহোংবা লোইরকপা মতম নিপাময়ুমদা থিল্লমদাই, নুংশিরবা ইমা পাবুং, ইমুং-মনুং লৈকায়গী ইচেম-ইনেম, ইবুং ঙপ্পা অমদি নুংশিবা ঈপাম লমদমসে থাদোক্লমদাই (কপ্পী)।

— কপ্লিবদুবু করিগীনো হায়গদবদো হায়রো পুম্নমক তারগে অমুক মখাক থল্লনু।

— শুম্মাংদগীনা লৈকাইগী লমজীন ফাওবা নচাবু দোলাইদা পুবীয়ু।

— মীনা নোক্লরোইদ্রনে মদুবু ইমাগী ইবেম্মা।

— নোক্লসনু নোক্লগনবা, নোক্লগনবীশিংনা নচা ইকাইদে। ইকাইনিংঙাইসু লৈতে। ইপামলমদমসে ইমিৎ পেন্না চৎলমদাই মতমদুদা য়েঙজখিগে। লৈকায়গী মীপুম খুদীং নচানা নুংশিনা কায়না বীদায় পীজরমগে ইমা-।

— মদুরা। ইচাগী অপাম্বা, মদুনা লোয়রবরা।

— অদুগা অমনা নিপাময়ুম য়ৌগদবা খুনগী খুনজিন্দগী খোঙনা চঙশিনবদা মফম চাগদবা মফম অমদগী অমুবা নচা নিংঙোল ঐবু য়ুম্নাক শাগৈ অমদা তিল্লুরদৌবী নচাগী পুন্সিগী অনৌবা পুন্সিগী য়ুম্বাল লম্বী অমগী হিংলুরগদবা মফমদু ফাওবা দোলাইদা ঐবু থিনবীরম্মু। লুহোংবা নুমিত্তুগী নুমিদাংদা লৈকাইদুগী মীপুম খুদীংদা নচা নিঙোল ঐসে য়ুম্নাক শাগৈ অদুগী মৌনি হায়না শক তাকচরমগেনে ইমা।

— মদুরা ইচাগী অপাম্বা ইচানা নমা ঐঙোন্দা কয়াদা ৱানা হায়নবা হোৎনরল্লিবা। অদুবু ইমাগী ইবেম্মা, মতমসিগী চৎনবীদি নত্তেকো।

— ঐ খঙদ্রে ইমা, নচানা হায়জরিবসিনি পাবুংদসু তম্বীয়ু। মচা নিঙোল

ঐগী লুহোংবা নুমিৎকীদমক দোলাই অমত্তংদি থৌরাং তৌবীয়ু হায়না —।

— ইচাগী বাখলনা মদু য়ৌরবদি ইচাগী নিংবা শোয়দনা থুংহনগনি। ইচাগীদমক নমা ঐ লৈরিবসিদি ।

— শোয়দনা তম্বীয়ু ইমানা পাবুংদসু ।

— তমগনি নপাবুংদা শোয়দনা। ইচানা, অনৌবা য়ুম্নাক শাগে অমদা তিল্লমদাই, য়ুমগী মৌ ওইনা চৎলমদাই ইচাগীদমক য়াইফ মঙ্গলগা লোয়ননা নপাম লমদমসে থাদোক্লমদাই ইচাগী অনৌবা পুন্সি অমগী খোঙচত্তা ইচাবু থিন্দোকননবা ইমানা ইচাগীদমক থৌরাং তৌগনি। ইচানা পামজবা, ইচানা নিংজবা লুহোংবা নুমিৎকীদমক ইচাগী দোলাই অমত্তং-।



২৭। ১২। ২০০১

# ৱারেপ

থম্মোয় .শেংনা হায়রবদা শজিবু তশেংনা নুংশি। হায়শিন্নবা. তৌশিন্নবা নত্তবা অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিবদো—। মাগী চীনবান ৱাহৈ তারুরগা মাগী হায়ফেৎ নোক্লকপা মীনোক, ঈং-তপ্পী, মোং হাদ্রবী শক্তম মাগী উরুরগা ঐহাক তশেংনা হায়ফম খঙদে। থম্মোয়সে ইরাংতা লাংঙি পুক্লিং ৱাখলসে হায়ফম তৌফম অমত্তা খঙদে। চুম্বজাৎনি নুংশিবনা মীবু ঙাওহল্লি হায়বসে ফেরো। ঐহাক তশেংনা মাগী ৱাখলদা তুম্ববা চাবা খঙহন্দ্রে। মহাকপু হেক উরুবা, থেংনরুবা নুমিত্তুদগী ঐ তশেংনা ৱায়। হায়ফম খঙদ্রবা ৱাখল অমদা, হকচাং পুম্বা তনিক তনিক লেল্লি, হামচৎ হামফোইনবগুম, মঙলানগুম ৱাখল ইথোক থোক্তবগুম ঙাওচৎনৈ। তশেংনা হন্দক্কী মতাংসে ঙাওদুনা চৎকদবফাও মানশিল্লক্লে ঐ। পুন্সিসে করিনো খনফম খঙদবগুম, পুন্সিসিদা ঙসি ফাওবগী মনুংদা অমুক্তসু অসুম্না .....। ঙসি ঐগী পুক্লিংগী অৱাবসে খরা ফগদ্রা খন্দুনা মীরিবনি তল্লিবনি নহাক ঐবু লান্না লৌগনু।

— ঙাওগনিয়ে, ঙাওবনি তশেংনা নুংশিবা হায়বসিদি। খঙই ঐসু নহাক্কী খল্লিবা ৱাখল, নওং-নতৌ নহাক্না হায়দ্রসু কুইরেনা খঙবা। অদো করি তৌশি হায়বনো হেক্তা হায়ুনে !

— ঙাইখোদা, মফম মতম তাঞ্জা চাবা হায়বা মতাং অমা লাকখিনিদনা। ফোঙদোক্তবা নুংশিবসে তশেংনবুদি খাঙবা ৱায়। খল্লিবনি ঐসু ৱাখলসে ঙাইহাক্তা পোখাদবমখৈ মহাক্কী ৱাখল। পুন্সি হায়বসিদি মখল মথেল কয়ানা পুনশিল্লগা শেম্মী হায়দুনা পুন্সি কৌরিবনিকা হায়নবদাইনে।

— নহাক্কী থম্মোয়দুদা নিংজরিবা লৈতাফম খঙদ্রবা ৱাখলদুনা খঙহৌদনকা করিগুম্বদা ফল তারক্লবদি কমদৌবা।

— খঙদে, মহাকপু হেক উরুবা নুমিৎতুদগীনি ঐগী ব্রাখলসে—।

— ফরেনে অদো, করিগুম্বদা মহাক্না নহাক্কী নুংশিবদা য়ারক্কে হায়না খল্লো, মদু ওইরবদি কমদৌবা। মহাক্কী পুন্সিসু নাইতোম হিংবদি নত্তে। পুন্সি খোঙচৎশিদা মমা অমা ওইনা হিংজরিবনি।

— ঐগী ব্রাবু মহাক্না, তশেংনা মথম্মোয় শেংনা তাবিরক্কবা ঐহাক মাগীদমক করিগী হিংনা ওন্নোইহদৌরিবা; মাগীদমক হিংবা শোয়দনা ঙমগনি। থম্মোয় অনিনবু শেংনবর্বাদ করিসু নত্তে অকায়বা অমত্তা লৈতে। মীগৌবা, করাম চাওবা মীওই খরনা অমরোমদা শান্নপোৎকুম মীগী মমল লৈতনা উবদগী...। অদুগা তশেংনা হায়বা তারবদা মী মীদুগী মরাইবক্তা তম্নরমদুনা য়াওখিদবসু নত্তে।

— করিগীনো, ইচেদুদা অদুক য়াম্না নুংশিরুরিবা ?

"শান্তি, ঐনা নঙবু নিংজবিবা শোল্লিবা অসুয়া নহাক্কী থম্মোয়দদি ...। খঙদে ঐগী ব্রাখলসে নঙতগী নুংশি ব্রাখলদা ঙাইহাক্কী পোত্থাফম খঙদে। নঙগী ব্রাহৈনা নঙগী শক্তম্না ঐবু কয়াগী মতিক ব্রাহল্লিবা। নুংশি, নঙবু তশেংনা" শ্যাম্না মতোমতা শোঞ্জে—।

— করিগীনো নতোমতা অমুক মুরুম মুরুম।

— ব্রাখল খল্লিবনি।

— করি অমুক খল্লিবনো; করম্বা ব্রাখল—

— খল্লিবনি ঐসু থম্মোয়সিদা মঙল মঙল। তরাই তরাইথোক্লা হেক খল্লুবসু য়াবা নত্তে। মহাকসু ঙসিগী মীওইবা খুন্নাইসিদা য়ুম অমা পান্দুনা তৌজরিবনি মনেম-মকুগীসু সেবা। করিগুম্বাদা ঐনা খছুহৌদনা ..., ঐনা মরম ওইদুনা মাগী পুন্সিদা অয়েৎপা ওইদুনা মাগী শাগৎচরম্বা আশা কয়া অমা কায়খিবা তারবদি, মসিসু খন্দবা য়াদবনি। লৈসু লৈরমগনি মাগী পুন্সিগী পান্দম অমা শোয়দনা।

— অমুক্তুংদি উনরগা ইচম-চম্না ব্রারী শান্নদুনা মাগী মঙং অমত্তুং খঙদোকউদনা। অদুগা ঐনা নহানমখৈ কৌরিবসিদি নহাক্কী ইতৈমা তারেনে হা ! ঐদি নহাক্কী নতৌদু উবদা ইতোমতা তুমিন হেক্তা হায়দুনা য়েংলগে খল্লুরবনি।

— ঙাইখোদা হায়রু-লাকলুখিনু, নহাকসু হাথু-হাথুবা থবকসে কয়া ফরোই। ঐনসু কয়া হাথুবা পামদে।

"খল্লি অমুকসু, করিগুম্বদা ঐনা শান্তিগী মফমদা নুংশিকা হায়রুবদা মাগী থম্মোয়গী অশেংবা ব্বাহৈতনা হরাওনা ...., ঐগী থম্মোয়সিনা কয়াদা পেনগদবা। মদুগী মহুত্তা তথি তথিনদা ঐবু...।"

— ব্বারী শানশি হায়রগা নতোমতা হেক্তা, তা শ্যামগী নুংশি ব্বাহৈদা মহাক্কা হরাওনা; নুংশিনা পাউখুম পীরক্লবদি ঙমগদ্রনে লৌশিনবা?

— মদুগী ব্বাদি করিসু নত্তেদা। মহাক্কী অয়াবগী ঈঙ্গিৎপু ফংলবা, মাগী ঐগী পুন্সি খোঙচত্তা অব্রা-নুংঙাই শরুক য়ামীন্নবা তাবনি নত্তনে ? করিগীনো ঐনা মাগা থেংনরুবদগী অসুক য়াম্না থম্মোয়দা খোইরাংলিবসে!

"ব্বাখল, হেঞ্জিনবা হায়গদ্রা তৌফম খঙদে ঐ। পুন্সিসিনা হিংলিমখৈ নচে শান্তিবু কাওথোকপা, নিংশিংদবা ঙম্লোই। মাগী ব্বাখলদনি ঐনা ঙসি থম্মোয়দা মৈচাক-মৈশা খাঙলিবা, নঙলিবা।"

— মঙগী ব্বারীদুসু খরদি তম্মুদনা। নথন্তা ওমশিন্দুনা থন্নগা কনাদসু খঙহন্দনা করি কান্নদৌরিবা?

-- অহনশিংনা হায়নবসু লৈদনা ফেরো। অফবা মঙনি হায়নবা খল্লবদি কনাদসু তমথোক্কনু। করিগুম্বদা তমথোক্লবদি মঙলিবা মঙদুগী মহৈ ফংলোই।

— মদুসু চুন্নবদি য়াই। অদুবু ঐনা কনাদা তম্লুনি। ঐবুদি খঙহল্লু।

— অদো ফেরো, নহাকসে য়াম্না চরাংনৈকো। কনাদসু হায়রুনুকো। ঐদি ইপাদা পাখৎলি নঙনা খরা লাংবদুগা। ঐখোয়নিগী ব্বারীসে অতৈনা তাব্রগা য়াম্না লান্না লৌব্রগদি ফত্তবা লৈকো।

— মখা তারকউনে,

— নচে শান্তিগী মফমদা হংহন্নিংবা অমখক্তী লৈ। মঙলানগী ব্বারীদা য়াওখিবনি। মঙলান্দুগী ব্বারীদো অঙকপনি। অদো ফেরো, মাগী মপোক নুমিৎতো অমুক্তংদি খঙনিংই।

— অদুগীদি করিসু নত্তে।

-- ঐনা তৌরিবা মওংসে মাসু শোয়দনা খঙলম্বা যাই, খঙলমলোইদ্রনে? মঙোন্দা করিগুম্বা ব্রাখল অমা ঐনা খল্লিকা হায়বসে।

— করিগী খঙলোইদৌরিনো। লোয়না খঙলমগনি মায়য়োক্লদুনা নুমিৎ খুদীং য়েংনদুনতা লৈরবদুদা। মদু ফাওবা খঙদ্রবদি মাসু খঙমন্দ্রবা হায়বদুনি। হন্দকসে নহানখৈগা ইমান মান্নদবগুম অমা উবদৌনা ইতৈমসে, ইতৈমা হেক্তা হায়রেকো। মাসু খঙদবা নত্তে থাজৌ, তশেংনা খঙই।

— হেক্তা খঙজীনবসু তৌগনু। মাগী মওংদা করি অহোংবা লৈবগে?

— নখোয় অনি হেক হেক মীৎচানরিবদুদি। ইচে শান্তিগী মীৎযেংসু নহানখৈগা মান্নদ্রেনা হৌজিক্ত। হায়ফেৎ হায়ফেৎ মুনা মুনা য়েংনরগা নখোয় অনি হেক হেক ...। ঐসু খঙবজাৎনিদা, উশিন্নদবগী ব্রানি। য়েংবু য়েংনদ্রো, মানকা ইকাইরপকা তৌদুনা নোঙ্খিবগদো। হায়রোই হায়বিদবৈ ব্রানি।

— ফাগী তাহনগুমশি ফেরো। তৌশিন্নরগা লৈথোককেসু খনবা য়ারোই।

— কৈদৌবগী লৈথোক্কদোইনো। নথম্মোয়নবু শেংলবদি হোরেনসু হেক্তা হৌদোকপা য়াইনা। ঐনবু হায়রগে খল্লবদি কনানসু থিংবা ঙম্লোইদা।

— ঐনা থিংলিবসিদি।

— মদুনা ঐখোয় অনি থাজনবা অমগী মখা পোনবা।

— থবক অমা পাংথোকপদা ইথন্তা তৌবা য়াদবসু লৈ। অদুননি ঐনা ঐগী য়ানবা নহাক্কী খন্ন-নৈরিবসে লাল্লবরনে।

অদুবু শ্যাম মতোমতা খঞ্জে "কনাগীসু মতেং য়াওদনা শান্তিগী মফমদা শান্তিবু নুংশি হায়বসে ফোংদোক্লগে খল্লি। শ্যাম ব্রাখলদা তশেংনা য়েংবদা মাইথোংদা নিংঙমদবগী মমি অমা তাবগুম্মী।"

— তা শ্যাম ব্রাখল হেঞ্জিনবা মাল্লি। করিসু খল্লুনু ঐখোয়নি খন্নরিবসিদি-মসিনি কৈনো।

— অদুবু ঐগী থম্মোয়দা খঞ্জরিবসে মহাক্লা খঙবীরল্লবদি ফৈকো। ঐগী য়েংলিবা মীৎয়েংদুগী অর্থ ফাওবা খঙবীবা ঙমদ্রগদি...। খঙলমগদ্রা হায়নসু খল্লি। ঐগী নুংশিগী মীৎয়েংশিংদো মঙোন্দনি হায়বা। মতাং-মতম্না ফনা চাদ্রবসু মদুমক্তী খঙফম থোকই।

— থম্মোয় শেংনদি নুংশিরেকো। করিগুম্বা ফাগী ফাগীদগী ইচে-শান্তিনসু নুংশিরমদুনা ... নাথেগে খল্লকপগদি য়ারোইকো—।

— ঐহাক তশেংনা অঙাওবা হায়বদো ওইরবনি। অদুবু লাইবকশিংদা মা-ঐগী করিবু তম্বীরমগদবা খঙদে। চোঙ্গা ইকাইবা নংদুনা .....।

— নিপানা নুপীদা নুংশি হায়দনা কনাদা হায়রুদৌরিবা।

— অদুসু লানবা বা নত্তে।

— য়াওশংদা চৎলুনি হায়বদুদি —? লাকউ-লাক্কে হায়নখিদাইনে। মখোয়গা কয়াম নক্লবগে হায়বা? নক্লরমগদবা মাল্লি।

— মাইকৈবুদি অমত্তনি, নক্লরমগদবা মানবরনে?

— খঙলেদা নহান্না ঐসু। লাপ্লে লাপ্লদে হায়বা খঙদবগী ৱাতনিদা। অদো য়াওশংদবু চৎলুবরা।

— চৎলুই চৎপববুদি। পাখঙ লৈশাবীমত্তী হেক নত্তবনিনা করিদি উপাই লৈগেদো।

অমুকসু খঞ্জে, "ঐনা ঐগী মঙলান্দা মাবু তত্তনা উরিবা অসুম্না মাগী মঙলান্দকসু উরমগদ্রা ঐবু—। মাগী মফমদা নুংশিগী ঈঙ্গিৎ পীরিবসিবু মহাক্লসু শোয়দনা খঙলমগদ্রা!"

"ফেরো, অমরোমদা খল্লুরগদি ঐমত্তী মতিক চাবা মী অমা হায়বদুদি নত্তেকো।

— খজিক্তং থেংনকা লাকপদা চেপথ-চেপথ য়েংবকদো লাকদবা মাইকৈদা লাকমীম্নবগসু য়াওবদায়নে। খঙলমলোই খনগনু ইচে শান্তিগীসু থম্মোয় ফাওনা লোয়না খঙলম উরমলনি।

"তা শ্যামসে, য়েংবদা ৱারে অদুবু তা শ্যাম্না পাখঙ ওইজরম্নবদি পুম্নমকসে করিসু নংলম্লোই। ইচে শান্তিগীসু মচা, খঙদে করি হায়গদবনো।" ফেরোনা শ্যামগীদমকসু ৱাজ্জে।

— কৈদৌরে ফেরো তুমিন লৈরদি?

— ৱাখল অমখক খল্লিবা।

— করি ৱাখলনো?

— ঐখুসু ৱাখল শাবা য়াওহল্লবনিনা করি কমদৌশিগে খল্লিবনিনে।
— খরা শামিন্নবা তারেদনা, নঙগীসু মতাং লাকপকান্দা ঐনসু অঙন্বা...।
— ঐগীদি কনাদসু হায়জরোইদা।
— ঐহাক নচে শান্তিবু তশেংনা নুংশিদবা ঙম্লোই। মাতগী ৱাখলদা ৱাখলগী লায়না হায়বদো ওইগদৌরি। য়ুমদা ফাওবা হংবা হৌরক্লবনি, ঐগী মওং অসিদা, নশা নুংঙাইতবরা কৈদৌবা য়াওবগে হায়দুনা। অহিং খুদিং হায়বা য়াই মীৎ উইশিনবা য়াদে। মহাক্না ঐহাক ওইরম্লবদি পুম্নমকসে খঙলমগদবনি।
— তা শ্যাম নহাক ৱাখল য়াম্না খল্লমাল্লে। ৱাখলগী লায়নাকা হায়বদো ওনখিনিকো। মদু ওনথ্রবদি করিসু নত্তবদা কান্নদে, ৱাখল খরসু নুংঙাইথোকউ। পুন্সি হায়বসে করিসু নত্তে। ৱাখলদো খন্থবা য়াবা খন্থখো। হায়নরগা ঙাংনরগা খঙগনিদনা নোংমদি। ইচে শান্তিগী থম্মোয়গী অশেংবা ৱাসু।
— খল্লে খনবা য়াবা হঞ্জিন হঞ্জিন কয়ারক হন্না খল্লিবা ৱাখলসিদগী তোঙানবা মাইকৈ অমরোমদা খন্দুনা অমুকসু য়েংলুই মাবু কাওথোকপা ঙম্ন বা অদুবু মদুনা হেন্না মাগী শক্তমনা ইমাংদা শং-শংনা হেক্তা লেপ্লবগুম ঐহাক তৌফম খঙদেনে।

"ইমোমতা, ৱারৌজৈ অমুকসু, করিগীদমক য়েংনরুরিবা মাগা। করিগীদমক ঐগী ইমাংদা তত্তনা, ঐ ঙাওরে তশেংনা মাগী ৱাখলদা—।
— ঐহাকসু তাবদা ৱায় ৱারীশিংদো। থম্মোয় ফাওনা নুংশিরে হায়বসু খঙলে। তা শ্যামগী পুন্সিদা অমুক্তসু অসুম্না থোকখিবা থৌদোক লৈখ্রবরা? মহাক নৎত্রসু য়াম্না লৈনা মশক ফজবী।
— ফেরো, ঙসি ঐহাক অরোইবা ওইনা হায়গে নঙোন্দা। ঙসি ফাওবা হিংলকপা পুন্সিগী নুংশিগী লম্বীদা ঙসি মহাক্না থেংনরুবদগী ঐগী থম্মোয়দা ফাওরিবা নুংশিবগী ৱাখল চৈনা অসিগুম্বা মৈশা নোংমতসু কনাগুম্বী অমগী

মফমদা থোকখিদ্রি য়াওখিদ্রি। লৈরম্বদি য়াই ফজবা কয়া মদু ঐহাক পামদে। মসিদি অশেংবা থম্মোয়দগী ইহৌরকপা নুংশিবনি।

— চরাংনবা তৌফম খঙদ্রবা ব্রাখলদো অমুক্তদি থেমজিনখো ফাথখো। নথন্তা ব্রাখলগী ঈপাক্তা ঈরাক্লহনগনু। অচুম্বা ফংনবা তাঞ্জা অমা শোয়দনা লাকখিগনি কৈদৌবগে, নিংজরুবা নুংশিজরুবা মাগী—॥

— ঐহাক নচে শান্তিগীদমক শিরবসু ঙম্লনি খল্লে। ঐগী ব্রাখলদা কনাবুসু নিংশিংবা থোক্রে, মহাক নত্তনা ঙসিদি। ঐগী অরেপ্পা থম্মোয়গী ব্রারেপতি মাবু থম্মোয় শেংনা নুংশি। তশেংনা কল্লক-মীহৌবা নত্তবা অশেংবা নুংশিবনি হায়বসি নত্তনা লৈত্রে অমাঐগী। মসিনি ঐগী অরেপ্পা অশেংবা থম্মোয়গী ব্রারেপ —।

"নুংশিবা হায়বসে নুংশিবজাৎনিকো!"

ইনখৎলকপা যৌবন মতমদা থেংনহৌদ্রবা ময়ুম মকৈ পাল্লবা শ্যাম্না ঙসি নৌহৌননা মমা মিংথোন ফংলবী শান্তিগা থেংনরুবদা কয়াগী মতিক ব্রারবা। ফোংঙমদ্রবা নুংশিগী ব্রাখলনা ঙসিদি শ্যামগী থম্মোয়দা নিংঙমদবা নুংশিগী কল্লবা শাফু অমনা কয়াদা কন্না য়েররিবা।

শ্যাম, শান্তিগগী মীৎচানরুবা মীকুপ্পুদগীনি মাগী থম্মোয়দা অনৌবা নুংশিগী য়েন্নিং অমমুক চোংলকখিবা। শ্যাম্না শান্তিবু নুংশিজবসে করি করম্না ফোংদোক্কদবনো খঙদে অদুক্কী মতিক হায়ফম খঙদে। তুম্বা চাবা চংদনা শ্যাম শান্তিগী ব্রাখলদতা অঙাওবগুম ঙাওচৎননা লেল্লি।

অমুকসু শোঞ্জে মথন্তা,

"ঐসিবু ঙাওদুনকা চৎলদরা। করিগীনো ঐনা ঙসি শান্তিবু অসুক য়াম্না নুংশিরুরিবা। পুন্সিসিদা অমুক্তা ফংখিদ্রিবা চৈনা ঐগী থম্মোয়সিদা করিগী পীররিবা। শান্তিবু নুংশি পুন্সিগী ওইনা। করিগুম্বদা মহাক্লা ঐবুসু নুংশিবীরম্লবা... ঙমগনি।"

শ্যাম শান্তিগীদমক তশেংনা ব্রাজে। শান্তিগী লেমহৌরিবা পুন্সিগীদমক তত্তনা মীকুপ খুদীং খঞ্জবনা শ্যামগী মথৌ ওইরি। মাগী ইমুংগী মীনা ঙাংবা

শকপা তাদে। চাবা থকপা মতম নাইদ তুমগনি হায়বক্তাও কাওনা অহিং কয়ানি তুমখিদবা শ্যাম্না।

অমুকসু খল্লকই, "থেংনজরম্লবদি মতমদুদা অসুম্না মৈশা লাংলমলোই। অদুবু খনবদি লেপ্তে শান্তিগী রাখল মাগী রাখলনা শান্তিগী লেমহৌরিবা পুন্সিগা মাগী হিংলিবা পুন্সিগা হিংমীন্নদুনা পুন্সিগী অরা নুংঙাই খোঙচত্তা শরুক য়ামীন্নবা পাম্মী।"

শ্যামগী অরেপ্পা থম্মোয়গী রারেপতি, শান্তিগী পুন্সিনা নুংশিনবগী লংলা অমনা চেৎনা পুন হরাও মীনোক তম্না হিংমীন্নবদুনি। খল্লি অমুকসু লৌন-লৈনবখত্তনা নুংশিনবা কৌবা নত্তে। তোঙান তোঙাম্না লৈরবসু পুন্সিগী অরা-নুংঙাই রারী শীনা-শান্নদুনা লোয়নবদুসু নুংশিনবা নত্তবরনে? অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা হিংমীন্নবদুসু নুংশিনবা নত্তে করম হায়গনি।



২২। ০৩। ২০০৪

# ব্রারী অমদি ওইননিকো

খঙহৌদ্রবা পুল্সি খোঙচৎসিগী মীকুপ অমদা ঙসিদি ঐগী পুলিসে মৈশা লাংলেনে ভাই। ব্রাখলসে খনফম খঙদ্রে, পুক্লিং ব্রাখল, থব্রায় হকচাং থম্মোয় ঐগী মরাং মরাংঙি। খঙদে করম্বা কনাগী থৌইনশিলনো হায়ফম তৌফম খঙহন্দনা ঐসে মাতগী ব্রাখলদা কণ্ডাওনহল্লে। নখোয়নদি খঙদবনিনা ঐগী ইতৌশিদা ..., নুংশিবা হায়বসে নুংশিবনি, অপাম্বা, হায়বসে অপাম্বনি মফম মতম চানা চাদবা করি হায়গে? খল্লে ব্রাখলসিদা ঐগী কয়ারকসু হন্না হন্না খনবা য়াবা থম্মোয়সিদা।

— ওজা শ্যামো, নহাক্কী ব্রাখলদো য়াম্না সেরিয়স ওইনা উরে। করিসু নত্তবা ব্রাখলদুদা করিগীনো অমুক লুশিন্না খঞ্জিল্লুরিবা হায়য়ুনে।

— খল্লে তশেংনা ব্রাখলসিদা মাতগী ব্রাখল কয়া কয়া। চাবা থকপা করিমত্তা খল্রে, মাতবু উননিংই মাতবু য়েঙনিংই ইমিৎসিদা। করিগুম্বা কান্দা য়ুমদগা নোংমা ফানকা লৈবসে লৈফমকা খঙদে, ঐগী ব্রাখল লৈতাফম খঙদে।

— অদু ওইরগা হকথেংননা অমুক্তং ওজাগী অনিংবা অপাম্বদো খঙদোক্ল বা হায়বদি ফোঙদোক্লবা উননবগী তাঞ্জা অমত্তং লৌরোদনা। থম্মোয়দা সুম নমথন্নতা ওমশিন্দুনা ফোংদোক্তনা লৈরগদি....। নহাক্কী শকফমদো নহানমখৈগা ইমানা মান্নদরে। অনাবা মী অমগুম নশাদো ব্রাখল নুংঙাইতবগী ফিভমদা উরে।

— নখোয়নদি খঙদ্রবগী ব্রানি অদুগীবুদি করিগুম্বা মতমদা মশামক্তা ঐগী চীনবান শিমকনা ইশামক্লা হায়করবনিনে ঐহাকসে অঙকপা মী মখল অমা হায়বদো ওইরবরা খঙদে।

— মহাকতুনবু করিবু হায়নকা খুন্নকখিবগে? মাগী ব্রাহৈদুদা খরমখৈ খঙবা ঙম্বগী মওং লৈতবরনে !

— করিবুদি হায়রক্কনি হায়গেনে। মচীন্দবুদি, সিগুম্বগী নুংশিগী লম্বীশিদা অমুক হন্না খোঙদাগে হায়বগী আশা অমমুক থন্নরোই হায়নকা হায়রকখি মাগী তবারবী চীনবান্দুগী ম্বাহৈনা মতৎ মতৎ ওইবা মওংদা খঙদে, হন্দক মাগা থেংনরুবসে তশেংনা ঐগী হিংলিবা ঙসিগী পুন্সিসিদা মৈচাক মৈশা ফংননবা হায়বদুরা !

— করিগী মাগীদমক লাংগদৌরিবা। মহাক্না হায়রক্লিবা খুন্নক্লিবা ম্বাহৈদুদি মশানা খুন্নককম থোকই। নিশা অমনা নুপী অমদা হেক্তা নুংশিকা হায়রগা মশানা য়ারে হেক্তা হায়রক্কদবা নত্তে।

— মফম মতম মতাংনা চারমদবসিদা ঐসু কয়া কন্না হায়রুবদি নত্রি। অদুবু মহাক্না পীরকখিবা পাউখুমদুদা অমুক ঐগী থম্মোয়সিনা তুমিন্না লৈশিনগদববুদি নত্তে।

— মহাক্কী মমিংদুবু করি হায়বনো? নহাক নোংমবুদি হায়খ্রবনি নিংশিংবা থোক্লে।

— মমিংবুদি "শিল্লা" হায়বনিনে। হংনিংখ্রবা হায়দুনি। হেক্তা কাওশিন্নরদনা। হৌজিক্কী নিংশিংলক্লবা ওইরেনি, লাল্লবরনে।

— ওজানা অমুক হায়হন্নিংবদুগী ম্বানিদা। ওজাগা ফনবু চানরিবনে হায়বদি ঐনা হায়শিন্নবরা য়েংঙুনে শ্যামো-শিল্লা, শিল্লা-শ্যামো করিগীদমক্তনো মফমদুদা লৈবীরুরিববো। মফমদুদা চৎলমদ্রগদি মহাক্না থেংনরম্লোই হায়রিবা। উনরুরবা থেংনরুরবনিনা থম্মোয়দুদা অমুক নৌহৌননা নুংশিগী মরু হুনজিলহল্লবনিনা নুংশিগী ময়োল চোংহন্নিংলে, য়েন্নিং হুলহন্নিংলেদো ঐনা হায়রিবসিবু লান্দবা নত্রনে?

— ঐ চুমদে হায়দেদা (নোকমিন্নে)। মদুগীবুদি ঐহাক কনাদসু শাওজদেদা, ম্বারৌবসু লৈজদেদা। ইথন্তা শেমজবা ...।

— থম্মোয়গী ম্বাখলনবু অনৌবা নুংশিগী পম্বুং অমগীদমক অরেপ্পগা লৈবীরবদি মহাক নত্তবা অমুক য়াম্না লৈরিবসিদদি, লমদমসিদবু ম্বাংপ্রনে?

— মাইকৈ অদোমদা য়েংলুরবদি য়াম্না লৈখ্রেদা, ঐহাকসু খঙই। অদুবু থম্মোয়সিদা ফনা ফজরবসু রাশি ফনা লৈরবসু থেংরুবদা উনরুবদা হেক্তা নুংশিরুগনি হায়বসু লৈতে।

ঐগী থম্মোয়সিনা নুংশিজরুবা, পামজরুবদো থিরবসু-ফ্রবসু থম্মোয় ঐগীদি অশেংবা নুংশিবা হায়বদুনি। ঙসিদি ঐগী পুন্সিসে খাঙভুথক্তা থেংনরুবী শকখঙনরুরবী নুংশিজরুরবী "শিল্লা"গী ব্রাখলদা তশেংনা ঐহাক করিনোমা হায়ফম খঙদবা অমা তৌরে খঙলবরা?

নুংশিবনা, মীবু ঙাওহল্লি। ওজা শ্যামোনা শিল্লাবু নিংজবা পামজবা ব্রাখলনা চরাংননা পেল্লিবা শিল্লানসু শোয়দনা খঙবীফমদি থোকপনি। শিল্লা থোইদোক্লা ঈং-তল্লী, লাঞ্জদবী নুপী ওইবী অমগী গুন চপ-চানা য়াওবী নুপী অমনি।

— ওজাগী থম্মোয়দা চৈনা পীরক্লিবী ওজাগী শিল্লাদো (বজার) কৈথেলদি অদুম্মক কারক্লমগনিকো। নোংমতগা কারক্তবগা য়াওদেকো? চুম্না হংজবনি।

— কারক্লমগনি, চৎলুগে হায়রিবরো ? নোংমা ফাদোকসু লেপ্তুদি কৈনো। ময়ুমগী তৌদবা য়াদবা, চখোকপা য়াদবা তানজা লৈরিবনি মখোয়সু। কৈথেল কাই হায়দুনবু কৈথেলদতা লৈদবা নত্তেদনা।

— করিবুদি তৌরুগনিএগে, নোংমা ফাদোক্লা ঐখোয়সু খ্বাইরম্বন্দ কাবদা চংলুনিদনা করিনো। ব্রারী শাবগী তাঞ্জাকা ফংলগনা ...। মদুতদা মাগী থম্মোয়গী ব্রাসু খরমখৈদি খঙবা ঙমগনি লান্দেকো।

— মদুসু হেক য়াবপোৎ নত্তেদা। মীগী মমাংদা য়া-য়া লাওনবা তৌরুবসু য়াবা নত্তে।

মমল খরা য়াওনা মাগী থম্মোয়দুনা খনজনবা, ওঃ মানা ঐবু নুংশিরিবসে ফাগীমক্তী, লক্লবমক্তী নত্তমাল্লে, থম্মোয়গী অশেংবা নুংশিবা ওইরমাল্লে খল্লক্লবগী তাঞ্জা খরসু পীনবা হোৎনবা তাবনি। অশেংবসুনিদনা।

— মদুসু চুমদে হায়ববুদি য়াবা নত্তে। করিগীসু য়া-য়া লাওরুগনি মহাক্লা হেন্না খঙলমগনি। ইচম-চম্বা ব্রাহৈ অমনা ..., শারিঙৈদা য়ৈহৌ হায়বা ব্রা লৈদনা। মরম লৈতনা চংলুগদবসু নত্তে। মরম অমদি লৈহনবা তাবনি।

— "শিল্লা"না লৈরিবসিবু হৌজিক মপামদরা নত্রগা ... ?

— মদুনি ঐনা খল্লিবসু। অমরোমদা মাগী থম্মোয়নবু ঐগী নুংশিবদা মহাক্লা।

— মাগীদমক্তা ঐসু হিংবদি য়াইনা। নুংশিরুরবনি, পান্নুরবনিকা হায়দুনা জবান শাদুনা মতুং কোইনকা ইন্নরুবসু মীগী মমাংদা, - ঐহাক্কীদা বল্লুবা য়াদবা মতাং হায়বদো।

— মীনা খণ্ডগদবসু নত্তেদা। অণ্ডাং নংত্রবা নখোয় অনিনা ব্বারী শানবা, উনবদবু কনানা খণ্ডদোয়না! খণ্ডদবা থরনা ওইররোই খঙবনি। জুনবু খঙ্গিল্লবা অদুম জুরদৌনি। লায়খোক্লুবু খন্নরবা পুন্নমক করিসু নত্তে।

করিগুম্বা মফম অমদা নখোয়সি ব্বারী শান্নদুনা লৈবা মতমদা নম্বর থেংনগা ঐখোয় নুংশিনবগী ব্বারী শারিবনিকা হায়দুনা মীগী মমাংদদি ব্বারী শান্নরোইদনা।

— ব্বাকম অমখৎতগা থমজগে। ঈশৈ ওইনকা শকপা য়াবা মযেক খরদং, ইয়ুদনা। ঈশৈ ওইনা শক্লগসু মখোয়না তাবদা খণ্ডননবা—।

— ঈশৈগী মযেক্লা করিবু কান্নদোইনোবা।

— মাগী মরমদা ইবা ঈশৈনিকা হায়দুনা অমুক্তং কনাগুম্বা, কনাগুম্বী শৈশকপা, শৈশকপশিংদা —।

নোক্লকই!

— নণ্ডনা ঙাংখোক্লকপসিদা, অমবু ওইরো অমবু ওইরো ঈশৈগী খল্লিবনিদা হৈবা হৈতবা ইগে হায়বা।

— হেক্তা, ইশিল্লু, ইবু ইরবদি লেম্না মাংহল্লোইসি।

— অমা অনিবুদি, ইরে অদুবু ঈশৈ ওইরিবরা ওইদ্রিবরা মদুদি খণ্ডদেকো। মীনা পারগা ফাগি তাবসু, কনানা খণ্ডগনি। ঐনদি থব্বায় তানা থম্মোয় শোক্ল। ইজরিবনি খঙ্গরিবা।

— লোৎশিন্দুনা থমগে হোৎনরিবনিনে অদুগা!

— মদুগী ব্বা নত্তেদা। ঈশৈগী মণ্ডং মরিল খণ্ডনা ইরুবসু মত্তবদুদা হায়দোক্তবগী ব্বানি ইকাইজদুনা—।

— য়েংহন্নিংদ্রবসু অমুত্তংদি পারগা তাহল্লুদনা, মদু ফাওবা তাহন্নিংদবরা?

— কোচিদা থাংলেনে হা, ব্বা ঙাংবগসে—।

— তানিংবগী ঋনিদা ঋহৈশিংদো। তাহন্দ্রবসু কায়দেদা।

— নঙনা অদুক তানিংলবনিনা পারক্লগে, মুন্না তাদ্রবদি য়ারোইকো খঙলেদনা। ঈশৈগী ময়েক পারকই:

ঐসু লাক্লে নতুং ইন্না
নঙসু চৎলু ইমাং থানা
নুংশিরুবগী পামজরুবগী
লেন্নজগে মীমাংসিদা—।
নঙনা হায়ফেৎ তুংহন্ননা
মীৎচিনা লোন্না য়েংলকপদা
চীনবান মোমোন নোকচগে
থম্মোয়সে ঐগী পেঞ্জগে—॥
নুংশিগী ঋহৈ অমদা
পীরকউ পাউখুম নুংশিনা
নঙতনা ঐগী থব্বায়নি
লেঙদ্রবা পুন্সি খোঙলোয়নি॥

— পাবতদা অসুক ফজরিবসিবু ঈশৈ ওইনকা শকহল্লবদি কয়াম ফজনি। অসুক ফজনা ইরমলিবসিবু কনাদগী তম্বীরুবগে।

— হৈদুনা ইবা নত্তেদা ঋখলদগী ঋখল হায়বদুনি। শিল্লাগী ঋখলদা ঐগী ঋখলসে তরং অমদা লৈরিবনি। চৎলবসু চৎনা, চারবসু চানা, তুন্নবসু তুন্না মহাক্কী ঋখল ঙাক্তনি। নখোয়নদি খঙবীদ্রবা ঐগী থম্মোয়গী অব্বাবসে।

— মদুনবু, ঈশৈকা ইরকলেদনা। ওজাগী অব্বাবদো ঐখোয়না খঙদবা ওইরম্লোই। শিল্লানা খঙবীদবদি নত্তেকো! ওজা শ্যামো মাগী মমিংদুবু শিল্লা নত্তবা ''শান্তি,সু কৌই হায়বদায়নে।

— খঙদেদা নখোয়গী ঋাসে, কৌনিংবতা কৌরো। অদুবু মতাংশিদা শিল্লানা ঐ ওইরম্লবা খঙলমগদবনি লাল্লবরা? ওহ্লোক ওনশিনকা য়ারম্লবদি কয়াদা নুংঙাইরমগনি। ঐগী অব্বাবসে মহাক্লসু শোয়দনা খঙলমগনি।

— মদুসু থোক্লমদ্রবনিনা অমুক্তং উনদুনা ঋারী শান্নবা তঙাই ফদে।

— মদুগী মতাংদুদনি ঐনা ৱারিবসে। উনবা হায়বদুদি অরায়বনি। ৱারীদো ঐনা অমা হায়গনি মানা অমা খুন্নক্কনি,. ঐনা তৌফম খঙদ্রিবসে মদুদনি। ঐনা শিল্লাগী মফমদা হায়খিবশিংদো মাগী থম্মোয়দা কাওরল্লোই শোয়দনা নিংশিংলমগনি। ঐহাক কনাগীসু মতেং, লৌদনা ইশামক্লা হায়খিবা ঙাক্লি।

ওজা শ্যাম হান্নগা ইমান মান্নদে। মাগী. মাইথোং অনাবা মীগা পাংখকনি। শিল্লাগী ৱাখলদা তুম্বা চাবা মতম নাইদবা তুশোন মানশোন্নবা মীগুম করিগুম্বা অমদা উংদুনতা লৈ।

অমুকসু খোঞ্জেল থোক্লা হায়রকই, "শিল্লা নঙনা ঐবু কয়াদা ৱাহল্লরবা করিগীদমক মফম মতম চাদনা নঙ-ঐ থেংনরুরিবা। অদুবু ঙসিদি নঙগা থেংনরুবগী শকখঙনরুবগী পুন্সিসিদা খাঙমদ্রবা চৈথেং অমনা কয়াদা খাওফম খনহন্দ্রবা। হায়য়ুনে শিল্লা, নঙদি ঐবু নুংশিবা ওমদবরা করিগুম্বদসু?"

ঐ ইগনি মাগীদমক নুংশিবগীদমক ঈশৈ শৈরেং কয়া, তাহনগনি শোয়দনা মাগী মফমদা পাদুনা ঐনা নোংমদি—।

— ওজা ! ওজাগী ৱাখলদো ...!

— ঐগী ৱাখল করিসু তৌদেদা। ঐবু হান্নগা মান্নদবা লৈরবরনে?

— ওজা করি হায়গদবনো খঙদ্রেদা।

— শৈরেং অমসু ইবা লোয়রে পারকউরা তাগেরা! কেদৌরে তুমিন লৈরদি।

— উম পারকউ তাগো ওজা!

— নহাকসে মওং অমা তৌরেকো। ননা শেংদোক্লো ঐহাক ঐগী শৈরেংনি খন্না ইজবা শৈরেংসে পারক্লগেকো তারোকা।

শিন্থহনখি পি
নঙগী মীৎলুদগী,
থম্মোয় ফাওনা, মৈশা লাংনা
শুম্মাং কুম্মৈদুনা নত্রনে?
খঙই ঐসু, চীনবান্দা মোমোন
হায়খিবদো খঙহৌদা, ৱাহৈদুনা নঙগী

ওইনিংই, লৈ– য়োনবী–॥
নিংশিংলিবরা,
থম্মোয়দুনা নঙগী, ঙ্গাহৈদো ঐগী
লৈ- য়োনখিশি "শিল্লা",
ঙ্গাহৈনি অশেংবা থম্মোয়গী–॥
হায়য়ুনে অদুদি, লৈরিবগে মপোক
করম্বা মপোক'মা, হায়নবা নত্তবা পঙহায়
তাইবঙ মপোক্লা ....?
খল্লু নঙসু 'মুক্তং, থম্মোয় নঙগী লকানুং,
লৈতবনি মপোক'মা, থেংনগ্লবগে কনাবু
মপোক'মদা হল্লকপা–?
করি অমুক হায়য়ুগে, ইচীন শিনা 'শিল্লা,
নাপ্লদুদা নঙগী, তাবীগদবা ঐগী, নাপ্লদুনা
লৈ – য়োনখিশি– নত্তবা –?

— ঙ্গাহৈশিংসিবু তাবদা করি ফাওবগে হায়বা। নুংঙাইতবা ঙ্গাহৈ য়াওবরা?

— ঐগী ঙ্গা তোকপ্রো, কোপি অমত্তং শিন্দোক্লগা মঙোন্দা য়ৌহনখো। মাগী মরমগীদমক ঈশৈ শৈরেংকো ইরক্লবরা খঞ্জনবা মাগী থম্মোয়দুদা।

ওজা শ্যামো তত্তনা উৎলি। মথম্মোয়দা খন্না শোঙ্গে। "ঐনা শিল্লাবু নুংশিরুবা মঙলান নত্তে। অদুগা মাবু নুপীনি নাইতোম হিংলবীনি খন্না মাগী পুন্সিবু করেম্মবা, ইথক-ইরাংগী ওইনা মাগী মফমদা নুংশি হায়না ফোংদোকখিবা নত্তে। মানদি ঐবু লান্না লৌরম্বসু য়াই। মাগী পুন্সিবু নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংনদুনা নুংশিরুবসু নত্তে। থম্মোয়গী ঈহৌরকপা তশেং তশেংবা নুংশিবগী ঙ্গাহৈনি ঐনা মফমদা হায়খিবশিং।"

— ওজা ঙ্গারী চুন্না শান্নসি নতোমতা হেক্তা উংবদো তৌগনু।

— নহাক্লা হায়রিবশিংদো খঙই ঐসু, অদুবু ঐগী নুংশিবসে থম্মোয়নুংদৈ ঈহৌরকপা অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিবদুনিনে। ঐনা ঙসি মাগী মফমদা উৎলিবা নুংশিনসে।

— খওলে, থম্মোয় চীনবান অনিদা শিল্লা শিল্লাতা শোন্দুনা লৈরবনিনা।

— ব্রাখলগসে অনিংৰা অমদা অসুম খঞ্জিন্দুনকা লৈবসে ঙাওগদবকা মাল্লি ঐসে। অমুকসু খল্লি হৌখ্রবা মতমদো অমুক হন্নকা হঞ্জিল্লকপগা য়ারবদি কয়াদা ফরমগদবনো।

শিল্লাগী ব্রাখলগা ঈরোইননা ফাওরকখিবা ঈশৈ হায়গদ্রা শৈরেংবু হায়গদ্রা অরোইবা ওইনা অমত্তংগা পাদুনা তাহন্নিংঙি।

- হন্দক্কী মতাংসিদা ঈশৈ শৈরেং ইবা অমা ওইরক্দৌরিবনে হা !

— কদায়দগী ব্রানোদা মঙদা ফাওবা খল্লুদেদা।

— ফরেনে অদো পারো তারগে।

— অতোপ্পদা ব্রারীকদি শাবীরুনুকো।

— কনাদা শারুনি।

— ফরে অদো মুন্না তারোকো পারক্লগেকো।

ব্রারে পুন্সি নঙগীদমক
খাঙলি চৈনা নুংশিরুবগী
ফোংঙমদ্রবা নুংশি মৈচাক্তা
ঐগী থম্মোয়গী মাঙখ্রে শান্তি— ।।
নুংশিবা করিনো খওলুবা
থম্মোয়সিনা ঐগী ঙসিদি
চল্লে লাঙ্গোই পুন্সিসে
মৈচাক মৈশা নুংশি চৈথেংনা
ঐগী থম্মোয়গী মাঙখ্রে শান্তি— ।।
খল্লে কয়ারক ব্রাখলসিদা
নঙগী মরমগী মীকুপ খুদীং
লাক্তে নঙদি ইনাক্তা ঐগী
হংলদে ইপাউ নোংমতসু

ঐগী থম্মোয়গী মাঙথ্রে শান্তি—।।

মসিনি ঐগী অরোইবা শিল্লাগী নুংশি ব্রাখলগা ঈরোইননা ইরুরিবা ঈশৈগী ময়েক হায়বা তারেনে।

— কনানা খঙগনি হন্দক্কী মতাংসিদগী লেপ্তুনা ইরক্কুনা নোংমদি অফাওবা অইবা অমা ওইরকপসু—।। হায়নিংববুদি য়ামখ্রে অদুদা...।

— অদুদা কৈদৌরবা, করিগীনো মখাক অমুক থম্নবা হোৎনরিদি। অফ-ফত্তা তানগদবনি।

— ঐনা হায়নিংবদি মহাক্কা য়াম্না নকশিন্নবা কনাগুম্বী অমা মথৌ তাই। ফোংদোক্লিংবা কয়ামা লৈরিবদো মদুগী লম্বী ফংনবা হোৎনবদা। ওজা শ্যামোনা খরা ইকাইবোই করিবোই হায়খিবদুনদি মাগী থম্মোয় ওলহনবা ঙমখিরোই।

— খল্লম্মী ঐসু, অদুবু মদুগী মওংদো ঐহাক পামদে। পুন্সিদি পুন্সিনি, চোপ্পা, ইকাইবা নংবা কয়াদো করিসু খন্দ্রে অসুম খঞ্জিল্লুবদা। মহাক্কা ঐবু ব্রারৌরবসু মফম মতমনা ব্রারৌফম খরদি থোকপনি চুমদ্রবনে?

— লান্দেদা,

— ঐহাক তশেংনা কৈথেলগকা চৎনিংলুদ্রে। পুন্সিসে অসুম খঞ্জিল্লুবদা চে, কলমগা মরুপকা ওইদুনা লৈনিংলক্লে, মদুনা য়াম্না নুংঙাইগদবা মাল্লে। তশেংনা ঐনা দুকানকা চৎলিবসে চৎতবা য়াদদনা চৎপকসু নত্তে। পুন্সিসে অফা-অপুনগুম্না হিংবসু পামদে।

— চৎত্রবদি উনররোইকো নখোয় শিল্লাদো!

— নুংতিগী উনিংই, নুংতিগী মাগী শক্তমদো য়েংনিংঙি মদুসু মতাং মতমনা য়ারক্তবা লাকই।

ঙসিফাওবা ঐগী পুন্সিনা মীওইবা খুন্নাইসিদা হিংলকপদা শিল্লাবু নুংশিরুবগী অব্রাবা চৈথেং ফংলিবা অসুম্না নোংমত্তসু মীকুপ অমত্তসু য়াওখিদ্রি, থেংনখিদ্রি । কনাগুম্বী অমত্তগী মফমদা—।

ঐগী বাখলনি লৌন-লৈনরবসু মা-ঐ নুংশিননা থম্মোয় মশক খঙনা লোয়নবদুনি ঐনা পাল্লিবসে। খল্লি বাখলসিদা মখোয়শিংদুগী মমাংদা গ্রমুক্তংদি মা-ঐ য়েংকা ওইগা—।

"মতোমতা শোঞ্জে, নুংশিবা হে নুংশিবা, নহাক্না ঐবু কয়াদা বাহল্লবা। মীকুপ খুদীং নুংশি মাগী বাখলদা ককণ্ডাওননা করিগী লেলহল্লিবা। অদুগা করিগুম্বদা ঐগী নুংশিবনা মাগী মথম্মোয়দা ঐবু নুংশিবগী-'মমি তারক্লবা মতম খণ্ডহৌদবা মীকুপ অমদা করিগুম্বদা মাগা ঐগা নুংশিবগী পম্বুংগা য়ৌমীন্নরবা অৱা নুংঙাইগী পুন্সি খোঙচৎতা কাওঙন্নরোইদবা পুন্সিগী ৱারী অমদি ওইননিকো।

মাইকৈ অমরোমদা ওজা শ্যামো ঙসিসু শিল্লাগী বাখলদা উংদবা নত্তে। কাওথোক্লবা ফনা হোৎনজে অদুবু ওজা শ্যামোগী থম্মোয়দা নিংশিংবা মানা হেক্তা কায়হৌরনি। মতম চুপ্পদা মাগী ইমুং মনুংগী বাখল খনবগী মহুত্তা শিল্লাগী পুন্সি করম তৌরমগনি খনবনা মহাক্কী বাখলনি।



১। ০৬। ২০০৪

# তোঙান্তদি তাহনবীগনুকো

দশুমতিগী ইমুং য়াম্না ঈং-তপ্না নোংমতা ইমুং-মনুংদা অদুগী অদাগী মনা মনিনা নাইনদনা পান্নকপা নুংঙাইবা ফজবা য়ুম্বাল ওইরম্মী। দশুমতিগী মপুবোইবা সরকারগী থবক'মক তৌরমদ্রবসু লৌউ-শিংউ তৌদুনা তলব চাবা মী অমদগী হেন্না নুংঙাইনা মচাশিংবু মহে মশিং তমহন্দুনা ব্রাদনা লৈরকখি। দশুমতি মচা মঙানি, নিপা মরী নুপী অমখক্নি। দশুমতিগী মপুরোইবা থম্বৌ মচাশিংগীদমক্তা খন্না, তুংগী লাক্কদবা পুন্সি খোঙচত্তা মীমান্ননা হিংবা ঙমহৌনবা লম্বী অমমম শেম্বীরম্বা হায়বসে মহাক্কী হিংলিঙৈগী অচেৎপা ব্রাশকনি। অদুবু মচানিপা মরীগী মনুংদা অহুমদি মাগী মাগী হিংননবা থবক অমমম অদুবু মচানিপা অতোম্বা স্নাতোম্বদি মাগী তুংগী লম্বী শেন্নম্বা নংদনা ঈশ্বরগী খুয়া তানখ্রে। খঞ্জখি দশুমতি অমদি মপুরোইবা থম্বৌনা মবুং মরীনা শেম্বোক লৈনা ব্রাদনা, হিংননবা লম্বী অমমমতং শেম্বীরন্নবদি ইচানুপী অমখক্তনিনা মখোয় মরিনা ...।

দশুমতি ঙসিদি অব্রাবা ব্রাখলদা হিংলে। মতম অমদা মচাশিংনা মখোয়বু নোংমদি নুংঙাইনা ...। মপুরোইবা লৈখিদবা ইকুই কুইদনা মচানিপা অহুম হিংবদা ব্রাদ্রবা তুংগী লম্বী শেম্বীপ্রবা ঙসিদি মাগী মাগী হিংবা ঙম্ম নবনি হায়দুনা মমা, মনাওনিপা অমদি মচল মখোয় অহুমসু তোঙান্না ইম্বোক্তুনা থম্বীরম্লে। লৈরম্বা লৌ-ইশ্বোল মাগী মাগী ...। মচাশিংনা য়াইফরক্লগা নুংঙাইরনি খঞ্জরম্বী দশুমতি ঙসিদি মচানিপা অতোম্বা স্নাতোম্বা অমদি মচানুপী অমত্তা পোকচবী রাধাগা মখোয় অহুম পুন্না হিংমীন্নরি। দশুমতি মচা স্নাতোম্ববু ময়াম্বশিংগী মমাংদা অমুক্তদি মী অমা ওইননবা হোৎনগে খন্ন ব্রাজে।

স্নাতোম্বা ঈং-তম্নী, মচন রাধাগীদমক্তসু স্নাতোম্বনা ঞাঙৈ। ময়াম্বশিং মখোয়দা য়েংলিবা মীৎয়েং ঙসি ফাওবা খঙনা খঙনা স্নাতোম্বা কনাদসু করিসু হায়রুবা লৈতে। মম্না অমদি মচল রাধাবু অমুক্তংদি ময়াম্বশিংদুগী মমাংদা নুংঙাইহনগে হায়বসে স্নাতোম্বগী অরেপ্প অচেৎপা ঋাশকনি। অমরোমদনা মচীন-মৌপ্পা অনিগী নুংশিনবা উরুরগা দশুমতিগী থম্মোয়দা কয়াদা পেঙ্গবা। অমরোমদা অমুকসু মথম্মোয়দা লোন্না। লোন্না কপচৈ। অদুবু খন্দবদি নত্তে, দশুমতিগী থম্মোয়দা মচা স্নাতোম্বনা হয়েং করিগুম্বদা মাগী পুন্সি লম্বীদা হিংননবগী, হিংননবা লম্বী ফংলক্নবা মতমদা মমা মচাবু অমুক ...।

ঙসিদি স্নাতোম্বা থবক অমা ফংজরে। দশুমতিনা স্নাতোম্বা অমদি মচল রাধাবু মী অমমমতদি ওইননবা নিংজরকপা, অদুবু ঙসিদি মচা স্নাতোম্বনা থবক অমগা অয়েৎ-অপন লৈতনা ফংলকপদা কয়াদা হরাওজবা মমা দশুমতিনা। হরাওবগী পিরাং মরক্তা মমা দশুমতিনা নোকলপ তৌনা হায়রকই।

— ইমাগী স্নাতোম্বা, ঙসিদি ইমা-ইচাগী নিংজবদি ফংলে অমুকসু মখোয় মখোয়দগী ইচাগী থবকসিনা চাওবা হেল্লেদনা।

— অদুবু কৈদৌরে হায়বনো নচাদা হেক্তা, স্নাতোম্বনা হায়রকই। ইমানা হংনিংলিবদো হেক্তা হংবীয়ু।

— ইমানা হায়নিংবদি থবক তৌরবনিকা হায়দুনা ইমা-ইচাবু অসুক...।

— নোকখি, নোকখি স্নাতোম্বনা, ইমা নচানা হিংলিবসে ইমা অমদি ঐগী অমত্তা য়াওজবী অনি শুদ্রবী ইচল রাধাগীদমক্তনিনে ইমা। (কপ্পা) ইমানা নচাবু লান্না খনবীগনু, ইমা অমদি ইচলনা কয়াদা ঋানা ঐগীদমক—। ইমা নচা শামক নত্তেদনা, মখোয়গুম্বা—॥

— ইমানা পেন্দদনা অদুক...।

— অদুগা নুপী থিয়ু হায়বা ঋাহৈতদি শুকহায় হেক হায়বীরক্কনুকো। থিনিংবা মতমদা হেক্তা থিবসু য়াবনি। থিবু থিররোই হায়নবু খল্লেদা।

— মদুমক্কী লেপথোক্লুখিনু ফত্তবা লৈ কোন্না খন্নশিকো মমা দশুমতিনা হায়রকই।

তাপ্পাদুদা মচলনুপী রাধানা চংলক্তুনা মবুং স্নাতোম্বদা হায়রকই।

তাতোন, ঙমসু ঙমলোইদবদা হেক্তা ৱারেপ তাথোক্লুনুদা।

স্নাতোম্বা অমদি মচন রাধা মখোয় অনি হঙ্গোইনদে।

অমুকসু হায়রকই, "তাতোন্না হায়রিবা ৱাফমদো তাগ্লগা শাওগদবা...।"

"নচীন থিগনু, কো অঙাং নথৌদুম, স্নাতোম্বনা হায়রকই।

স্নাতোম্বা মতোমতা খঞ্জহৌই। মচলনুপী রাধা অমদি মমাগীদমক। মাগীদমক্তা ৱাদুনতা লাক্লম্বী তুম্বা চাবা খঙদনা নোংজু-নুংশা নাইদনা। খল্লি অমুক্তংদি মমা অমদি মচল মখোয় অনিবু ময়াম্বশিং, মতৈমশিংগী মমাংদা নুংঙাইনা থমগে হায়না। হৌপ্লবা মমাংগী ৱারীনা মমানা মচা মাবুসু লাপথোকখিদরা খল্লিবা খনফম থোকপনি মদুদা স্নাতোম্বা করিসু ৱারৌবা লৈতে।

রাধানা মবুং স্নাতোম্ববু মনাক্তা কৌশিঞ্জে, অদুগা হায়রকই।

— তাতোল হন্দক্কী তলব ফংবদদি, হায়ররোইদা।

— করিনো মখা তারকউ, তলব ফংলগা কৈদৌরবা?

— হায়ররোই তোক্লগেদা।

— হায়দবা শুকয়া য়ারোই। হেক হায়দবদা ননাদো, খঙলেদনা।

— অদুদি হান্না শোয়দনা য়াগনি হায়না ৱাশকপা তাবা।

— নহাক্লা হায়বদা য়াদবা করম্বা মতমদা য়াওপ্লবগেনে?

— অদু ওইরবসু, য়ারক্কদৌবা মান্দ্রবা।

— য়ারক্লোই খঙলবা ৱাদুবুদি করিগী, ঐ চৎলগেকো।

— হায়ববুদি হায়রগে তাতোন, অদুগা শাওদি শাওনরোইশি। হন্দক্কী তলব ফংবদা চাক চাশি হায়প্লবনিকো।

— কনাদা করিগী চাকনোনে। কনাদা হায়রুরিবা?

— ও, অদুবুরো মঙোন্দা, ইনস্মদা —।

— অঙাং লম হেনগনু।

— কৈনো ঐনা হায়রুবসু নত্তনা, মশানা হায়জরম্বনে। মদুদা ঐসু চাশি হায়খিবগী ৱানি।

নচলগী মাই ঙাক্তুবদি য়ারোই হায়রিসিনি।

— কৈদৌবা লাক্লিব্বা ?

— ঐগী ইনাক্তা লাকচবনি। ঐখোয়দা লাকত্রিবসে তাতোন্না লাকনু হায়রুবদগী ওইরমগনিসে, নত্তুনে!

— কনানা হায়রিবা ?

— নহান্না খঙজরে ইবুংঙো। ঐগী ইমান্নবীনে মহাক্তো। অদুগা তাতোন নহাকসে হান্নগা মান্নদ্রে হায়রম্বনি। করি অমুক হায়রুরবগে?

অয়ুক্কী মতম অমদনি প্রেম্মীনা রাধাহোয়গী য়ুমদা লাকপা। প্রেম্মী অমদি রাধা য়াম্না লুনা তিনজবী হায়স্কুলদগীনা কলেজ ফাওবা তম্মীন্নরকখিবী মমান্নবীনি। প্রেম্মীনা রাধাদা হায়রকই,

রাধা ঐসে ...।

— করিগীনো প্রেম্মী, হায়গে তৌরম্নবা ঋদুবু অমুক লোৎশিন্নবা হোৎনরিবদি। ঐঙোন্দবু করি অমুক খল্লিবা ?

— রাধা তশেংনা ঐহাকসে নখোয় তাতোন্না নুংশি হায়ববুদি খঙই। ঐসে নহাক্কীসু অমত্তা ঙাইরবী অদুগা ঐগীসু নঙনা অমত্তা ঙাইরবী ইমান্নবী অসুম্না নঙ ঐনা অসুক লুনা নুংশিননা তোৎন-তিন্নরগা করম্না ঐবু নখোয়...।

— অতৈদি হায়গদবা লৈত্রবরা?

— রাধা, ঐ তশেংনা তাতোনগী চন্নবা পুন্সিবুদি নুংশিদবা ঙমদে, অদুবু মতৌ করম্না ...।

— প্রেম্মী ঐগা খঙবা য়াদবা কনাগুম্বা ...?

— করি হায়বা রাধা। মদুগী ঋা নত্তে, নঙসু হায়মাল্লেদা। ঐনা তৌবা থবক্তা নঙবু, খঙহন্দবা য়াওখ্রবরনে হা?

— কনানা খঙগনি মহৌশাগুম হান্নগুম্না তোয়না উনবসু নত্তবনিনা।

— রাধা, নঙমক্লসু ঐবু থাজবা থম্বীরমদ্রবা।

— কনানা থাজদে হায়রবগে নঙোন্দা। তাতোনগা উনদবা কয়ামদি কুইরে নহাক্কা ? ঐখোয় তাতোন্না ওফিস অকা অকুমদা নোংমতা...।

— নোংফাদোক্কদি থোঙ্গাল্লোমদা য়েংলম্মী অদুই ঋাবুদি ।

— হায়রিবসিনদি ছুটি নত্তবা নুমিৎ খুদীং মীৎচানরিদনা নখোয় অনি।

— নহান নোংমদি মপা চানা হেক থেংনরুরে। অদুবুরো রাধা তাতোন্না চৈরম্মী খঙলবরা?

— করি মরমগী চৈরল্লিবা ! চৈবা য়াবা করম্বা মাগী মমাংদা ...!

— নত্তে ইবেম্মা অদুগী, নঙগী ননাক্তা লাক্লম্বদুগীনি।

— খঙজরে ইবেম্মা, লোন্না-লোন্নকা উনরিবা ওইরেকো। ঐঙোন্দনা উনদবকা শাশিন্নরিবা। করিসু খল্লুনুদা হায়ফম লৈতদনা চৈশিন্নরম্বা ওইবমগনি খঙলবরা !

প্রেম্মীনা মতোমতা শোঙ্গে। "ঐসে নোংমদি শোয়দনা রাধাগী মনম্মা ওইগদৌরিবা। রাধাগা ঐগা অসুক লুনা তিন্নরগা ঐনা মাগী মনম্মা মসিবু হৌনরিবরা। রাধানা ঐঙোন্দা ইনম্মা, তশেংনা খল্লুরগদি য়াম্না ইকাইফমনি ঐগী। অদুবু রাধাগী ইমানসু ঐবু ...। অমরোমদা তাতোনবু ঐনা কয়াগী মতিক নুংশিজরুবা পুম্নমকসে ঈশ্বর মাগী নোংদমনি খনবা তারবরা ঐবু ...।"

— কৈদৌরে প্রেম্মী, নতোমতা ঙংলিবদুবো! তাতোন্না করি করিবু হায়রম্লবগে।

— করিসু হায়দেদা ব্রাখল অমা খঙনিং নিংশিংলকপা।

ছুটি নুমিৎ অমনি নুমিৎতো। নুংথিলগী মতমনি। স্নাতোম্বা মাগী কাদা মতোমতা ব্রাখল তৌরি।

"করিগীনো ঐনা মা ঐ নুংশিগী লম্বীদা খোঙদামীন্নরকপা। মহাক্না রাধাগা হেক খঙনদুনা য়ুমশিদা লাকখিবা নুমিত্তুদগীনি মাবু নুংশিখিবা। ঙসিসু থম্মোয়সিদা মাতবু নুংশিদুনা অদুম্মক লৈরি। প্রেম্মীনসু ঙসি ফাওবা ঐগীদমত্তুনি হায়না হিংলি। খল্লু ব্রাখলসিদা য়ুম পাল্লগুমসিরা ঐবু। মতাংসিদনি ঐনা খনফম খঙদা হায়ফম খঙদনা লৈরিবসে। অসুক কুইনা মা ঐ, অদুগা মাবু করম্না করম্বা মরালগীদমক ঐনা য়ুম পাল্লরোই হায়দুনা ইল্লোকলুগদবা। মা ঐ মরি লৈনৈ হায়বসে খঙদবা কনাসু লৈরম্নরোই। ঐগী ব্রাখলসে কয়াদা চরাংনহল্লবা মাগী ব্রাখলনা মতমসিগী চৎনরিবা তরু-

তরুবা কয়াসিনা ব্লাখলসিদা অসুম ...। ঐগী ব্লাখলসে প্রেম্মীনা খঙত্রগা মহাক ঐবু শোয়দনা ব্লারৌগনি খঙদে ঐগী পুন্সিসে হায়ফম খঙদ্রে ইমানদি য়ুম পালহন্নিংলবা।"

ম্লাতোম্বা মাগী কাদা এলবুমদা য়াওরিবা প্রেম্মীগী ফোটোবু য়েংজরগা মোমোন নোকচৈ। অমুকসু শোম্থাংননা শোঞ্জে, "প্রেম্মী নঙসে ঐতগী অশেংবা...।"

তাঞ্জাদুদা, মচলনুপী রাধানা লোন্না য়েংদুনা মবুংনা তৌরিবা মওংদুদা খঙকৌ কৌরুই।

ম্লাতোম্বনা খঙপ্রেক খঙনা, মসি অঙাংসিদি।

রাধানা, "ছুটি নুমিৎনি হায়দুনা কা মনুংদুদা মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈরিবদুবু কৈদৌরগে তাতোন !"

মচনগী মতৌদুদা নোক্লপ খুল্লকই, "হৈরেনে লোন্না য়েংবদি।"

— মপান শুকথোক হেক থোক্লক্লবদুদা, তাতোনবু ঙাওগদৌরিবরা?

— রাধা চা'দুদুম খরা ...।

— মবুংগী মতৌদুদা রাধানা খঙজরে ইবুংঙো। মখা তারকই, কান্নরোইয়ে, মদুনদি, ব্লাখলদো খম্থবা মতম ওইরবনি, ওইবদা নত্তেকো..।

— কান্নদবা ব্লা হেক, চাদুদুম।

— মীবু অসুম ব্লাহন্দুনা থমদৌ শরুক, ইথন্তা য়ুমগী থবক হোৎনবসে য়েংবা নুংঙাইরিবরা।

অমরোমদা দশুমতিনা মচীন মৌপ্পা অনিগী মতৌ য়েংজরগা কয়াদা হরাওজরিবা। মচা ম্লাতোম্বগী অনিংবা খঙবগুম মচা রাধাবু মনাক্তা কৌশিং দনা মমা মচা ব্লা খন্নরকই। দশুমতিনা রাধাদা হংলকই। ইবেম্মা নবুংগা প্রেম্মীগা মরি লৈনরিবরা?

— কৈদৌরে ইমা, লৈনরিবনি।

— ইমানা হায়বদি প্রেম্মীদো নঙগীদি নমান্নবীনি, অদো নখোয়দি কোয়নদবদায়নে হা, অদুনা নঙসু খরা হায়য়ুদনা য়ুমশিদা লাক্লনবা।

— করম্বা খুল্লাক্তা লাক্লবনো ইমানা হায়রিবসিবো।

— করিসু কায়দে, নমান্নবী ওইজরবসু ননম্মা ওইবদা খঙলবরা? নত্রবদি নবুংসে পাকনা হেক মশানা খঙনা, ইমাগী ব্রাখলদা থাজবা থমদেনে। করি হায়নবগা তাবগে?

— ঐদি খঙদেনা।

— নুপীগী নুপীবুদি য়াম্না লৈপ্রে অদুবু লৈমীন্নবদা নুংঙাইগদবা বেরা থাংলোইদবী, ঐখোয়না মশক খঙবী মহাক্না ফরে খল্লেদো। মশাসু মফৈ হায়রিবা। ইমুংগী ফিভমবু খঙলবী মহাক্না ইমৌ ওইহন্নিংলে।

— মীগী মতাং মতম লৈজরমগনি ঐনা করি হায়রুগনি। হায়গদবা মীনা হায়দ্রবদা ..।

— অদুবু হায়বা নঙনসু খরা, ইমাসু তাঞ্জা ফংলবদি হেক্তা হারদৌনি হ’ দক্তি।

— লুশিন্না খল্লুনুও ইমা !

— করম্না খল্লোইদৌরিবা, মরমবু করিনো হায়বা?

— শোয়দনাা ইমাগী নিংজরিবদো ফংলদৌনি থাজৌ। ঐনা খঙজবা চীংনবা খরা লৈরবনি।

দশুমতি ব্রাখল অমদা উংলি। “ফৈ ফৈ মশা মশানা খঙনবু—। প্রেম্মীবু ইমৌ ওইজবা ফংলবদি দশুমতি ঐসে লাইবক ফরদৌনি। ঈং-তপ্পী ব্রাহে ব্রাতা নুংশিবা ইচাগী মমান্নবীদনা।”

স্নাতোম্বা অমদি প্রেম্মী ঙসিদি অনৌবা পুন্সি খোঙচৎ অমগীদমক নুংশিগী পন্থুং য়ৌমিন্নরে। স্নাতোম্বনা হায়রকই প্রেম্মীদা।

— প্রেম্মী ঙসিদি ঐহাক নঙগী নফমদা ব্রাফম খরা হায়গে।

— করি করম্বা ব্রাফমনো তাকপীয়ু তাতোন।

— ঙসিদি প্রেম্মী, ঐহাক্কী ব্রাখলসে য়ুমগী মওন মওন খল্লকই। অদো প্রেম্মী, করিগুম্বদা নঙনা য়ুমগী মৌ ওইরবনিনা ইমা অমদি মতম অমদদি নঙগী লুনা তিন্নজবী ঙসিনা....।

— অদুবু কৈদৌরবগে।

— ইমা অমদি ইচল রাধা মখোয় অনিগী ব্রাফমনি। ঐনা ঙসি নঙোন্দা হায়গদৌরিবসি খঙলবরা? মতম খুদিংমক্তা হৱাও-হৱাওনা লৈমিন্নগদবনি। তৌববুদি লৈমীন্নরবনিনা নোং-ফাদোক ঙাংনা শক্লবা য়াওরক্লোই হায়বদি ঙম্বা নত্তে। নঙনা খঙলিবদুনি ঐগী ইচল রাধানা কয়াম ৱানা লেল্লকপা, মনম্মা অহুম লৈনা লৈনা কনানসু হন্না ...। অৱা নুংঙাই পুন্সি খোঙচত্তা নুংশিননা হিংমীন্নবা হায়বসে প্রেম্মী ঐগী অপাম্বনি।

— পুন্নমক লোয়না খঙই ঐসু। লুনা তিন্নজরকপী ঐগী অমত্তা ঙাইরবী ইমান্নবী রাধা ঙসিদি ঐগী অমত্তা ঙাইরবী ইচল ওইজবা ফংলেদনা। তাতোনগীদমক ইমানা কয়াদা ব্রাজরকপা, পুন্নমক ঐসু খঙই। অদুগা তাতোন্না রাধাগীদমক্তসু কয়াদা ব্রাজবা। তাতোন, ঐনা অপঙবী ওইদুনা নহাক্কী ননাক্তা লৈবদা অশোয়বা কয়া য়াওরক্লবসু অফ-ফত্তা পুম্বা তাতোন্না তাকপীয়ু। ঙসিদি ঐসে নহাক্কী ননাক্তা নহাক্কীদমক, ইমুংশিগীদমক ইমুংসিগী য়ুম্নাক শাগৈদা তিল্লরবনি। মতম পুন্নমক্তা ইমা ইচা ঐখোয় পুকচেল তিন্ননা নুংশিননা লৈমিন্নবগা লোয়ননা ঈং-তপ্না য়ুম্বাল অমা ওইসনু।

— রাধা, ঙসিদি ইমুংগী থবক ইনখাং মতোমতনা হোৎনরম্বগুম পোত্থাজরে। রাধা ঙসিদি নুংঙাইবা ব্রাখল অমনা পুদুনা চৎপগুম কয়াদা মনিং তৌনা হিংজরবা।

প্রেম্মী চংলকই। “রাধা, কৈদৌরিবগে নথন্তা।”

খুন্নকই রাধানা,

— কৈসু তৌদে, ফমশি লাও ইনম্মা। মতম অমদা নঙগা ঐগা লুনা তিন্নরকপী ইমান্নবী ওইরম্লবসু ঙসিদি নহাক ঐগী ইনম্মা হায়বদো ওইরবনিকো।

— মসিতা থোক্লনবা নহাক্লা ...। রাধা, ঐখোয় অনি করিগুম্বদা শাওনরোইশিকো। ঐনা ইমুংগী থবক ইনখাং তৌবদা অশোয়বা কয়া য়াওরবসু নহাক্লা ...।

— ঙসিদি নহাক্লা ঐগী ইনম্মা ওইনা, য়ুমসিগী মৌ অমা ওইনা লাক্লবদা ঐহাক তশেংনা নুংঙাই প্রেম্মী, লানগ্নে ইনম্মা। নহাকপু ইনম্মা কৌবা ফংজবসে (কপ্পী)। অদুগা ঐনা হায়জগবদি ইনম্মগী মফমদা ইনম্মা অতৈগুম্না করিগুম্বা

মতম তাঙ্গা অমদা ইমা ইচাবু তোঙাল্লদি তাহনগে হায়না খনবীগনুকো। মতম পুন্নমক্তা ইনম্মগী য়াথং ইনবী নচল অমা ওইজগে (কপ্পা)।

"প্রেম্মী", রাধাগী ৱাহৈদুদা মমিত্তা মপি ঈরা ঈহৌননা "রাধা নঙ করিগী কপ্পিবনো? ঐসে ঙসিতা ইমুংসিদা লাকপা নত্তেদনা। হোয়, য়ুমশিংগী মৌ ওইনা লাকপবুদি ঙসিতনি হায়বা য়াই। পুন্নমক খঙই, থম্মোয় থম্মোয় খঙনা তিন্নরকপা ঐবু ঙসিতরনে হায়য়োবা রাধা।"

— খল্লম্মী ৱাখলদা নহাকসে ঐগী ইনম্মা শোয়দনা ওইগদ্রগে ইতোমতা। করিগুম্বদা নহাক্না ঐগী ইনম্মা ওইনা লাক্লমদ্রবদি নঙ ঐ শোয়দনা লাপথোক্লখিনিকো।

— রাধা খল্লুরনু, হিংমীন্নরনিদনা ঙসিদি ঐখোয় পুন্না। অৱাবা নুংঙাইবা অনিগী পুন্সি খোঙচৎসিদা। ইমাগীদমক নঙগীদমক খন্দুনা পুন্সিসে ঙসিদি নখোয়গী নরক্তা লাক্লবনিনে রাধা। ইসু নিঙোল নঙসু নিঙোল, নিঙোলগী অৱাববু নিঙোল অমনা খঙবীদ্রবদি হিংবগী করি কান্নরুগনি। (কপমীন্নে)।

প্রেম্মীনা হায়রকই,

— রাধা ঙসিদি ৱা অমা হায়গে মসিদা নহাক।

— করম্বা, ৱাফমনো হেক্তা হায়বীয়ু।

— নহাক মখা তমখোদনা। ঙসিদি তাতোনসু থবক তৌরবনিনা করিসু থোইনা, নহাকপু করি খনবগে?

— প্রেম্মী, লাল্লে, ইনম্মা ! ঐহাক তমথররোই করি কান্ননি হৌজিকপু.....।

— মতমদুদা ঐদি হায়খিবনিকো পুন্নমক ঐনা, নঙতনা য়াখিদবনি।

— ইনম্মা নহাক্কী ৱাহৈদুনা নচল ঐ পেল্লে। অদুবু ঐনা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়জগদবদি ইনম্মগী মফমদা করিগুম্বা মতমদা ইমা-ইচা ঐখোয় অনিতদি তোঙান তাহনবীগনুকো। নখোয়না হায়বা খুদিং....।

— রাধা, ঐহাকসু করিমত্তা থাজবা ঙমদ্রবরা? ঐসিবু য়ুমগাইবী মৌ হায়বদুকা ওইরক্কদবা মাল্লবরনে হা! নঙ ঐসিবু থম্মোয় মশক খঙনা লোইনরকখিবা নত্তবরনে?

— নহাককী ইমা শকপিনি। অদুগা ইনম্মা ইমাবুসু করিগুম্বদা মীরাইবীবা তৌবীনুকো। ঐখোয়গীদমক খনবদা ব্রাজরক্লবী ইমানা অমুক্তদি নুংঙাইনা হি ... হি .. নোক্লা অব্রাবা ব্রাখল কোকথোংহন্দনা-।

— রাধা নহাক ব্রাখল য়াম্না হেনজিন্না খনজিনগনু। থাজৌ রাধা, ঐহাকসু খঙইনে পুম্নমক, নঙনা নত্ত- নত্তবা ব্রাখল খল্লিবা করিগীনো ?

— ইনম্মা মদুগী ব্রাফম নত্তেকো। নহাক্কী থম্মোয় মশক খঙবদুনা ঐনা ঙসি ফোংঙমদনা লৈরকপা রাইহনা ইনম্মগী মফমদা নচল ঐনা থম্মোয়গী নিংঙাই তৌজবনি।

— ফরে তোক্লোসে রাধা, নহাকসু নোংমদি য়ুম্নাক শাগে অমগী..।

— ঐগী পুন্সিদা মদুগী আশা মাঙপ্রে। ইনম্মসু ঐগী পুক্লিংগী ব্রাখল খঙলবা নত্রনে ?

— রাধা নঙগীদমক ঙসিদি করিসু ব্রাংলরোইদনা। নহাক্কী ব্রাখলশিংদো কাওথোক্লো অনৌবা আশাগী মঙলান অমা শাগৎপা তাবনি। নহাক্কী পামজবা মফমদুদা ...।

— ইনম্মা তোক্লশি, মদুগী ব্রাফমদো কান্নদ্রবা পোৎনি। ঐগী হিংলিবা পুন্সি নখোয় খ্বায়গী মরক্তা অদুম্মক...।

— "রাধা, নঙগীদমক করিসু ব্রাত্তে অদুনা মখোয়শিংদুগী মমাংদা রাধা কনানো হায়বদো খঙননবা নহাক্কীদমক, চাওনা লুহোংগনি। নঙ ব্রাখল নুংঙাইতনা খক লৈবা য়ারোই। নত্রবদি ঐনা মফমসিদা লৈবগী করি কান্নগনি। ঙসি ঐনা হায়রিবসিনি। ঐনা মফমসিদা লাকখিবসে নহাক অমদি ইমাগীদমক, তাতোনগীদমক নহাক কাওগনু। নঙনসু ঐবু , নত্রনে, খুম্মুনে রাধা-।

— খল্লে ইনম্মা খনবা য়াবা ঐসু, অদুবু পুম্নমক কাওথোক্লগে। ঐহাক লেপ্লিবা খোঙফমসিদগী অমুক হোংহল্লনু কৈদৌবগে।



৬। ০৫। ২০০৪

# মাইথিরবা পুন্সি

হায়নবা লৈ ঙসিগী তাইবঙপানবগী মীওইবা খুন্নাইসিদা মমা-মপা মফম খঙদবা মচাশিংবু লমজা শারা মচানি। পুন্সি খোঙচৎতা করিগুম্বা খুদোংথীরবা থৌদোক অমদগী কনাগুম্বা মপা ওইবা পুন্সি অমনা ... পোকচবী মমাতনা নাওয়োক-নাওকোন্দুনা লৈজবা মচাশিংবুনা ৱারবসু-নুংঙাইরবসু হায়নৈ মীওইবা মচীন কয়ানা লুপ্লাবী মচানি। মমা-মপা অনি শুনা নাওয়োক-নাওকোন্দবা মচাশিংবুসু হায়নরি পু-পাং শুদবা মচানি। অদুবু পু-পাং শুদনা নাওয়োক-নাওকোল্লকপা মচাশিংগী মরক্তা তোমথিন ওইবা অফবা মচা মীয়ম্না শিংথানবা য়াওদবসু নত্তে। অমরোমদা অমুকসু পু-পাং শুনা নাওয়োক-নাওকোন্দুনা চানিংবতা পীজ-শেৎনিংবতা শেংহনবা মচাশিংগী মরক্তসু ইমুং ইরাং হৌনা লৈকাই কুম্মৈ ওইনবা কয়া'মা য়াওদবসু নত্তে, ঙসিগী মীওইবা খুন্নাইশিদা। মমা-মপা পুন্না নাওয়োক-কাওকোন্দুনা লৈবা মচাশিংগী মরক্তা ফাওবা নিংবা থুংদবগী ৱাথোক কয়াগী মরকসিদা হেক পোকচবা পোকচবী মচাশিংবু শাগেনি নাতেনি, ইমিৎতা ইচা উবা ফংজদ্রে ইচা শক্লা নাওয়োক-নাওকোনজরগে অঙাংশিমগী পুন্সি ঐখোয়না ... হায়দুনা অয়োকপা-অয়োকপী মচাশিং ওইখিবসু য়াওদবা নত্তে। করিগীনো মমা-মপা ওইবশিংনা মবুকথোক্কী মচাশিংবু অতোপ্পা ... মমিত্তা মচা উজদ্রবনি, চিন্তা ৱাখল কোক্লবনি হায়দুনা...। অমরোমদা য়োকচবা-য়োকচবী মচাশিংগী পুন্সিনা শারেপ ফারক য়োকচবী য়োকচবা মমা-মপা ওইবশিংগী পুন্সিদা হরাও-মোমোন নোকখিদবসু নত্তে। অদুগা অমুকসু মীগী মচাবু মথানুংদগী শেৎতুনা পুবিরক্লবা, মচা শক্লা নাওয়োক-নাওকোল্লক্তুনা পুন্সিনা মপুং তানখৎলকপা মচাশিংবু, পুন্সিগী তাক্কক খরদা নিংবা কায়না পুন্সি লম্বীদা লম্মাংনরবা ইষ্টোক্লবা ইষ্টোক্লবী ওইরকপা য়াওদবসু

নত্তে, ঙসিগী ঐখোয়গী মীওইবা মরকসিদা। হায়বদি মীচাবু মচা ওইগনি লৌরুবা য়োকচবা-য়োকচবী মমা-মপা ওইরম্বা কয়াসু মীনুংশিগী ৱাখল য়াওরক্তুনা শাগী ৱাখল খল্লকুনা ঈ মতুমদগী চাওনবা নাওয়োক-নাওকোল্লকপ্রবা মচাশিংবু শাগুম-ঙাগুম ...।

তেংথারক্লে ঙসিদি মতম অমদা অপোকপা-অপোকপী অনিগী মথানুংদগী শেংতুনা পুবিরকপ্রবা মচা-শক্রা নাওয়োক নাওকোল্লকপ্রবা কনাগুম্বা নিংবা কায়রবা, পুন্সি খোঙচত্তা মাইথিদুনা হিংলবা পুন্সি অমনা। মবুকথোক্কী মচাবু লমলানবা মখুত্তা ... হায়দুনা অপোকপা অপোকপীশিংবু মথস্মোয়দা নিন্দা তৌনা ঙসিদি পুন্সি ঈপাক্তা ঈরাক্লরবা পুন্সিগী লমথুংফম মফম খঙদবগুম ককঙাওননা লেপ্লিবা পুন্সি অমনা। মবুকথোক্কী মচাবু লমলানবা মখুত্তা পিথোকপা ঙম্বা অপোকপা-অপোকপীবু য়োকচবা মচা মিংথোল ফংলুরবা পুন্সি অমনা হেক-পোকচবা-পোকচবী অনিবু নিন্দা তৌফম থোক্তবরনে মচা ওইবা পুন্সিদুনা। হায়নবা লৈ মীৎনা উবা ঈশ্বরদি ইমা-ইপানি। মতাংসিদা য়োকচবা মচা অমনা করম্বনো মীৎনা উবা ঈশ্বরদি ইমা-ইপানি হায়নরিবা ঐগীনা কদায় ? মাইকৈ কদোমদনো চৎলগা ফংগদবা, মফম কৈদনো পুন্সি খোঙচত্তা ঐগী ...।

হায়রি ঙসি পুন্সি অমনা, নিংবা কায়না মিৎলু ঈরা ঈহৌননা মাগী হৌগ্রবা ৱারী কয়াবু নিংশিংদুনা "কপ্লিবনি, থস্মোয়সিদা, হংলিবনি ৱাহং কয়া কয়া ইতোম্মতা থস্মোয়না থস্মোয়সিদ। ঐনা ঙসি নখোয়গী নরক্তা তিন্দুনা লাংলিবা-নোক্লিবা কয়াসে মপাঙ্লোংগী শক্তমতনি, কপ্লিবনিনে থস্মোয়সিদদি নিংঙমদবগী পেন্দবগী মখোলদি থোক্তনা। হায়রকই ঐগুম্বা পুন্সি কয়া য়াম্না ঙসিগী মীওইবা খুন্নাইসিদা লৈরমগদগে? মখোয়গী পুন্সি করম্না হিংলমগনি। হায়য়ুনে নখোয়বু তাখিদবরা খঙখিদবরা করিগুম্বদসু ঐগী পুন্সি ৱারী ...? করিগুম্বদা নখোয়না ঐঙোন্দা য়াহং কয়া হংলি, পুম্নমক খঙলবসু পাউখুমদো ঐগী থস্মোয়সিনা ঙমদে পীবা নখোয়গী পাউখুম। মীমান্নদ্রবা পুন্সি অমদা হিংলম্নবাা ঐগী পুন্সিসে। "অমুকসু মথৱায় শোক্লা হায়রকই, ধমেন্দ্রনা ঐগী ঙসিগী পুন্সিসিবু পুন্সিরনে ? ঐনা ঙসি নখোয়গী মরক্তা লৈরিবসিবু মঙলা

তাইবগুলা ঐহাক হায়ফম খঙদে। ধমেন্দ্রনা নিংবা কায়না মমিত্তা ঈরা চেন্না লীরকই, ব্বারী মাগী মরুপ্তুদা–। হায়রকই অমুকসু মরুপ বিনোয় নখোয়গী পুন্সিদো ঐদি ফংদ্রেকো" কল্পী। হায়রকই মাগী মরুপ্তুনা

করিনো ধমেন্দ্রা নঙনা ঙসি হায়রিবশিংসে !

— ঐগী পুন্সি ব্বারীসে নখোয় তশেংনা খঙদ্রি, তাখিদ্রি নৎত্রা ?

— ধমেন, নঙগী করম্বা পুন্সি ব্বারী লৈবগে, তশেংনা খঙদবগী হংবনি। নঙনা ঙসি থম্মোয় শোক্লা লীরিবা ব্বারীশিংসে ঐ ভাব অমা ...।

— ঐগী ঙসিগী হিংলিবা পুন্সি মহিংসে মরুপ বিনোয় ... খঙদেদা করি হায়গদবনো ঐহাক। পুন্সিসে মৈচাক মৈশানা য়োন্নবা মীনোক-মীব্বা কয়াগী মরক্তা হিংলিবনিনে খঙলবরা ?

-- খঙলে খঙববুদি নহাক্কী পুন্সি নিংবা কায়রবা পুন্সি অমদা হিংলি হায়ববুদি। নঙগী ঙসি লীরিবা ব্বারীশিনা অদুবু, ধমেন্দ্রা মরমদুদি ...।

— পুন্সি ঈপাক্তা ব্বাখলগী পল্লেপফম খঙদ ককঙাওননা লোল্লবা পুন্সিসে কনাদা তাইনরুনি। লৈরমগদ্রনে ঐগুম্বা পুন্সি, ঙসিগী মীওইবা মরকসিদা।

— ধমেন্দ্র, লীরোদনা নঙগী পুন্সি ব্বারীদো ঙসিদি। নঙগী থম্মোয়দা ফংলিবা চৈনা করম্বা পুন্সিগী চৈনানো।

— নঙগা ঐগা অসুক কুইনা লোজনরকপসিদা নোংমতসু নঙোন্দা...।

— ফরেনে অদো ঙসিদি, অদুগা ঙসি ফাওবা নহাক্কী হৌরকফম-পোকফম। ঐনসু নোংমতা নঙোন্দা হংখিদে, নঙনসু হায়খিদ্রি।

— বিনোয়, খঙদেদা করি করম্মবু হায়গদবনো, ঐগী পুন্সি ব্বারীগী হৌরকফম। হায়ফম-তম্ফম্ খঙদ্রে মরুপ ! নিংঙমদ্রবা মীমান্নদ্রবা পুন্সি অমগী ব্বারীসিবু নহাকপু তাবা হৈনগদ্রনে হা ?

— ঐ তশেংনা তাবা পাম্মী; নহাক্কী হৌখ্রবা পুন্সি ব্বারীশিংদো।

— নখোয়দি ঙসিসু হিংলিদনা ইমা অমদি পাবুংগী মীনুংশি অমগী ....।

— করিনো, নঙনা হায়রিবদুবু ! নঙদি হিংদে অসিরা ?

— বিনোয়, ঐহাক্কী হৌরকফম খঙনিংঙই হায়বা নৎত্রা ?

— উম ! খঙনিংঙই নহাক্কী পুন্সিগী হৌরকফম হায়রো লীরো ৱারীদো।

— ঐহাক নিউ কছার রোডকী মফম জাগা অমদগী ...।

— কৈদৌরে থমেন, লৈকাই খুন্দুগী মমিংদি ?

— কোন্না খঙজরক্কনিদা ঐহাক, ঐহাক্কী হৌরকফম লৈকাই, খুঙ্গংদো ঐহাক তশেংনা নুংশি। মফমদুগী মরুপ-মগাং, ইচে-ইচল কয়াদো....।

— অদুগা করিগীনো নরৈকায়বু থাদোক্লম্লগা ..... ?

— ঐগী হৌরকফম ঐগী চাওরকফম মফমবু ঐ ঙসি ফাওবা খক মীরাইখিবা লৈতে। নুংশি পুন্নমক নুংশি ! নিংশিংলি খুদীংমক নিংশিংলি। অদুবু মাইথিরবা পুন্সি অমনা কয়াম কুইনা ...। য়েঙঙু মরুপ, ঐগী পুন্সিসে ঙসিদি ৱাখলগী ঈপাক্তা লম্মুক্করবা পুন্সি লম্বীগী লমথুংফম খঙদ্রবা পুন্সি অমনিনে।

— করম্না কনাগী মফমদা মাইথিরিবনো নহাক্কী পুন্সিনা।

— ঙসিগী অঙকপতনা থল্লবা মীওইবা খুন্নাইসিদনি, ঐগী পুন্সিনা ঙসি মাইথিনা হিংলিবসে।

— নহাক্কী ইমা পাবুংদি ?

— লৈরম্মী মতম অমদা ঐবু য়োকপী থাকপীবা নাওয়োক নাওকোনবীদুনা চাওবা শারেপ তালহল্লম্বা ঐগী, অদুবু মরুপ ...।

— কৈদৌরবা ! মখা তাও মরুপ।

— মখা তাহল্লনুবা।

— ময়েক শেংনা খঙহল্লু ঐবু। নঙগী থম্মোয়দা লোৎশিন্দুনা থমগে খল্লিবা পুন্নমক ঐ খঙই। লোৎশিনবগী কান্নবা করিনো, হেন্নদুম নঙগী পুন্সিদা মৈশা লাংবা হেল্লকননবনি। ইমা পাবুং হৌজিক হিংদুনা লৈরিবা নৎত্রনে?

— ঐবু নুংশিনা নাওয়োক্লম্বা পাবুং ঙসিদি ...।

— ইমাদি লৈরিদনা— ?

— উম ! লৈরি হায়বতায়—!

— করিগীনো অদুগা নহাক্লা থৱায় অদুক শোক্লা —।

— মরুপ ৱারীসে লীথোক্কদবা .....।

— ঐগী ইফমদা ইকাইরিবরা নৎত্রগা ঐবু খঙহন্নিংদবগীরা ?

— নত্তে, নত্তে ! মরুপ পুন্সিসে খল্লুরগা ইতোমতা নিন্দা তৌজরক্রে। মী ওইনা মীওইবা মরকসিদা হিংনিংলক্তে্র নে মরুপ। ঐগী পুন্সি খোঙচত্তা লমজীংলম্বা ঐগী পাবুংদো মবুক মপাও ফখি, অদুনা ঈশ্বর মানা ...।

— ফরে পাবুংগী মমিংদি—

— ঐবু পিশক পীক্লিকৈঙদগী য়োকপী থাকপীরকখিবা ঐগী পাবুংগী মমিং থম্বাল (মীয়াম্না থম্বাললোকপা) হায়নসু খঙনখি। অদুগা ঐগী ইমাগী মমিংনা ইবেম্লে কৌই মরুপ—।

— অদুদগী কৈদৌরবা পাবুংনা লৈখিদ্রবসু ইমাদি ...!

— লৈ পুম্নমক লৈ।

— মরুকপকী ইচিল-ইনাওদি।

— ইতোমতনি মরুপ।

— নথক্তসু নখাদসু অমত্তা !

— হোয় ! অমত্তা লৈতে।

— নতোমতা ওইরগা করিগীনো অদুক নিংবা কায়না ঙসি হিংলিবসিনা! মরম অমবুদি লৈফম থোকই অদুবু, মরমদুদি ঐদি খঙদে।

— ঐগী পাবুংদো সরকারগী থবক তৌবা মীসু ওইরমদে। মাগী হায়ববু য়ুম শাবা, মরক-মরক্তা বেল খোঙবা চৎপা মসিনা মাগী পুন্সিগী হিংনবা লম্বীগী শেম্ছোক লম্বী ওইরম্মী —।

— ফৈনা মদুসু !

— মতম মানা পুরকপা য়াওলদা ঐগী ইমাদুসু অতোপ্পা ....। ঐগী পাবুংদুনা শেম্ছোক ব্রাৎপদগীরা নৎত্রগা করি করম্বা পেন্দবা, ঐ খঙদে হায়ফম খঙদে মরুপ—।

— হায়রিবসিনদি মরুপ খক্তা য়ুমদুদা হিংহৌরে অসিরা ?

— নত্তে মদুসু নত্তে মরুপ । ঐবু মথাদা চেৎনা কোম্দুনা করিদা শোয়খিগদগে খন্ন নাওকোনবীরম্বী ইমাদুনা অতোপ্পদা ...। মদুগী মতুংদনি মরুপ ঐগী পাবুং থম্বালনা নুপী অমা।

— মরুপকী ব্রাশিদি ইমা অতোম্বী অমা।

— হোয় মরুপ, ঐগী ইমা অতোম্বী হায়বা তারে।

— ইমাদু পুশিল্লকুগা কৈদৌরবা মরুপ ?

— পুশিল্লকখি হায়বগী ব্রানি করিসু তৌদেদা।

— অদুদগী ইমা অতোম্বীদুগা অদুম লৈমীন্নরবা নংত্রো ?

— উম ! লৈমীন্নখি !

— ইমাদুনসু মরুপ্পু নুংশিনা লুনা অদুম্মক ...?

— হোয় মরুপ !

— অদুদগী কৈদৌরবা মরুপ ?

— মরুপ বিনোয় ঐগী চহি ২১/২২ অদুব্রায়দা ঐবু য়োকপী থাকপীরম্বা ঐগী পাবুংদো ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবনি।

— পাবুংনা লৈখিদ্রবগী মতুংদা য়ুমদুদগী অদুম ... মরুপ্পু ?

— নত্তে মরুপ, পাবুং লৈখিদ্রবা মতুং ফনা কুইনা য়ুমদুদা ঐসু লৈরকখি।

-- মরুপ্পু য়ুমদুদা লৈরিঙৈ য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদারকখিবা নত্তবরা?

— মানি ঐহাক য়ুমদুদা লৈরিঙৈদনি ঐনা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদারকখিবদো।

— মতমদুদা ইমাতোম্দুগা ...।

— হোয় ইমাদুগা লৈমীন্নরকখি। অদুবু মরুপ হায়নবা লৈ মীওইবা ঙসিগী খুন্নাইসিদা মবুকথোক্কী মচা নত্তবনিনা থম্মোয়গী মীনুংশি হায়বদো ....। মসিদনি ঐনা খুন্নাইশিবু অমুক ব্রারৌরিবা। নুপী খুদিংমক ইমা ঙাক্তনি হায়নরিবসিবু করিদনো হায়না। মীবু মীওইনা উবা ঙমদবা মবুকথোক্কী মচাখক্রা মচা ওইনা উবা, মীনুংশি উৎপা ঙম্বী নুপীগী পুকচেল করিদনো নুপী খুদীংমক মমানি হায়রিবা।

— মদুসু চুমদবা নত্তে অদুবু মী মীগী পুক্নিংগী ব্রাখল মান্নদেদনা। কনাগুম্বা ইমুংদা য়াওদবদি নত্তে হায়রিবা মমা অতোম্বীনা অহনগী মচা লুনা তৌদবা।

— ঐসু খঙই পুম্নমক, অদুবু মরুপ ঐগী ইমা অতোম্বীদো ফত্তে হায়বগী ব্রা ঙাক নত্তে। মীগী থোইনশিল হিগায়ব্রা কয়ামসু লৈরিদনা ঙসি ঐখোয়গী মীওইবা মরকসিদসু।

— হোয়নে মদুসু অমনি!

— ঐহাক কনাবুসু ব্বারৌদে; কনাবুসু নুংঙাইতবা থমদে মরুপ। অদুবু পুন্সিসিদা ব্বারৌবদি লৈতবা নত্তে। লাই-ওইখ্রবা ঐগী পাবুংদো অমুকসু থম্মোয়সিনা ...। ঐগী শাগে নাতৈনি হায়দুনা লৈরম্বা ইখুরা-ইতোন্না ফাওবা ঐবু, ঐহাক খল্লু খল্লুরগা পুন্সিসে...।

— মরুপ য়াম্না খনজিল্লুনু— খরসু নুংঙাইথোকনা হিংবা তম্মু—।

— খন্দবা য়াদবনি মরুপ নখোয়গী পুন্সিদা মসিগুম্বগী চৈনা-চৈথেং ফংদবগী খঙদবনি। অদুগা নুংঙাইথোকপা হায়বসে ঐসু নুংঙাইথোকালৈবনি মরুপ হৌখ্রবা মাঙলমচৎকী ব্বারীশিংসে, নিংশিংদনা কাওথোকখিবা ঙম্মনবা অদুবু, ঙমদে মরুপ কাওথোকপা, তত্তনা অহোইনদুম ...।

— মরুপতি য়ুমদুদা লৈরিঙৈ মতমদা করি করি থবক ইনখাং ... ?

— মরুপ মীগী মীনাই হায়বা তায়—।

— করিনো হায়রিসিবো—!

— মীনাই হায়বদি-ময়াং মচাশিংগী দুকান্দা ফম্বা য়াওদুনা ....।

— করি দুকান্দা করি য়োনবনো-?

— ফি-রোল য়োনবা দুকান্দনি মরুপ - মদুনা ঐগী ইমুংগী খরচ, মতমদুদা ঐহাক য়ুম-পাল্লে মরুপ।

— মসিনা মসি ওইখ্রে মরুপ, মরুপ্না হৌজিক লৈরিবা মফমসিনা...?

— মরুপ বিনোয়, ব্বারী মখা য়াম্না লৈরিদা, লোবা খম্বা নাইরোই ঐগী পুন্সি ব্বারীসিনা হৌবদগী লোয়বা ফাওবা লীবা তারবদি—।

— শন্নপ অদুম লীরকউ মরুপ। অসুম্না ফম্মীন্নদুনা ব্বারী শান্নবগী তাঞ্জা পাক হেক ফংগদবা নত্তে।

— মদুসু অচুম্বনি—। মরুপ পুন্সিসে করিসু ওইদে নোংমা শিরগা লোইরবা মীওইবা মপোকনি লাল্লবরনে ? পিশক-পিক্লিঙৈদগী লৈজরকপা ইয়ুম ঐগী ইরৈকাই ঙসিদি পুন্নমক তাইওন্নরম্লে।

— করম্মনো মরুপ হায়রোসে, মতৌ করম্না।

— মরুপ বিনোয়, ঐনা ঐগী হৌরকফমনি, চাওফমনি খনজরুবা অমদি নাওয়োক-নাওকোনবীরম্বা ইমা-পাবুং অনিবুসু ওইরমদ্রে মরুপ ..। পুন্নমক অমম্বা ঙাক্তা ওইরম্লে মফমদুদা জগাদুদা ঐগী পুন্সি মঙাল মচেৎ অমত্তুফাওবা..। চিবোন চিবোন ঙাংনবা তারকখি মীওইবা মচিন কয়ানা ঐগী পুন্সিগী হৌরকফমগী বারী কয়া ...।

— মরুপ, মরুপ্পু—!

— হোয় মরুপ, ঐগীদমক্তনি খন্না হিংলম্বা ঐগীদমক্তনি খন্না হিংজরম্বী ইমা-পাবুং... হায়বদো ওইরম্লে। মীনম্বগী মীনম্বা ঙাক্তা থল্লবা ঐগী পুন্সিসিদা করিনো ঙসি ঐনা নুংঙাইনা পুক্নিং বাখল লৈতানা হিংগদবা। কদায়দনো ঐগী পুন্সি লম্বীগী লমথুংফম-?

— অশেংবরা মরুপ বারীসিবু !

— মসিবু ফাগি য়াবরনে ! অশেংবা পুন্সিগী বারীদুনি ঐগী, ঐনা ঙসি নীরিবসে।

— অদো-মরুপকী বারীসিনা শেংলবদি হায়রো মরুপ-মরুপকী অশেংবা মীনুংশি খঙদ্রবা ... মখোয়দুনা লমদম কৈদা মফম কদায়দা?

— মরুপ মদুসু ঐনা ঐগী হৌরকফমনি, খঙ্গরুবা মফমদুদগী পংলাপ লাপতে মরুপ শুপ্নতগী কি:মি: ২ মুক্তদা লৈবা।

— মদুদি মফম হায়বদা করি।

— কায়দে মরুপ, করিসু কায়বা লৈতে। ঐগী হৌরকফমগী য়ুম্নাক শাগেসু নংলমদ্রে মরুপ অতোপ্পা য়ুম্নাক অমগী ওইরম্লে ঙসিদি।

— করি লমনো করি লৈকায়নো-মবুকথোক্কী মচাবু লমলানবা মখুত্তা শিন্ন থোকপা ঙম্বা মখোয়দো মীরনে মরুপ!

— খল্লিবনি ঐসু মবুকথোক্কী মচাবু করিগীদমক অতোপ্পা ...।

— লমদুদি হায়ররোয় খল্লেকো ?

— করিবু কান্নদোয়নো মদুনা ইচীনশিনা পন্নিংদে তশেংনা মরুপ বিনোয়।

— হায়ফেৎতংদি হায়য়ুদনা ঐখোয়সু খঙবদি য়াইদনা। হোয় খঙলুবগী করিবুদি তৌরুনি অদুবু, অদুক খঙনিংবগী বানি।

— মরুপ বিনোয়— হায়গে নঙনা খঙনিংলবনিনা তারম্লনি নহাকসু শোয়দনা লমদমদো – করিগুম্বা কান্দা— নিউ কাছার রোডতা শুম চংথম্লগা-পাটশোই হায়ব...।

— খঙলে খঙলে— মদুদি পার্ট-কা।

— হোয় খ্বায়গী অরোইবা হায়বা তারে-মরুপ।

— মখোয়নদি ঙসি ফাওবা করিমত্তা।

— করিবু হায়রক্কনি মরুপ, হেক পোকচবা মচাবু–। তৌববুদি ঐহাক করিগুম্বা মতাং অমদা, পুন্সিগী খোঙচৎ অমদা, মফমদুদা মতম খরখক্তী তাংজ-ফম লমদন লুরে হায়বা তারে।

— অদুগা ঙসিনা কৈদৌরিবা মরুপ

— অপোকপা মচা ওইরবসু ...।

— মখোয়গী মীনুংশিগী মীৎয়েং অমা ফাওবা মরুপকী মফমদা ?

— মরুপ ঐনা, ঐগী পুন্সিগী ওইনা হঙ্‌ঙা হায়না তাইবঙদা হেক খোঙদারকপা মীকুপ্পুদগী তোঙানবা য়ুম্লাক শাগৈ অমদা ...।

— মরুপ নহাক্কী পুন্সিবু নাওয়োক নাওকোন্দুনা য়োকপী-থাকপীরকখিবা পাবুং ইমাগী য়ুম্লাক শাগৈনা করি অদুগা মবুকথোক্কী মচাবু মীতোপ্তা পীথোকপা ঙমখিবা মরুপপু পোকচবা পোকচবীদুগী য়ুম্লাক শাগৈনা করি ? খঙহন্নিংদবরা তাকথোকনিংদবরা হায়য়ু, মরুপ।

— বিনোয়, ঐগী পুন্সিদা হায়ফম খঙদবা হায়বদো ওইরেনে। হোয় তৌবগীবুদি করিসু কায়বা লৈতে— হায়গে ঙসিদি নঙগী নফমদা শোয়দনা। নিংঙমদবনা থল্লবা ঐগী পুন্সিগী, ব্বারীশিংসে লীথোক্লগা ঙসি ঐগী পুন্সিসে মীকুপ অমত্তা ওইরবসু, পোত্থাবা ফংবরা য়েংলগে।

— মরুপ হায়রোনে।

— মরুপ বিনোয় ঐবু চাওননবা য়োকপী থাকপীরকখিবা পুন্সিদা কাওবা ঙল্লরোইদবা ঐগী পাবুং থম্বালগী য়ুম্লাম শাগৈ হায়বা তারদি খংল্লাকপম হায়বা য়ুম্লাক শাগৈদুদনি মরুপ ! অদুবু, মরুপ ঙসিদি ঐহাক য়ুম্লাক শাগৈদুদগী ...। অদুবু ঐগী পুন্সিসিদা শাগৈদুগী লৈরিবা ইখুরা-ইতোনশিং -ইচিন ইনাও কয়াদো

কাওবদি নত্তে মরুপ। অদুবু অমরোমদদি মখোয়বুসু ঙসিদি ঐগী মীমান্নদনা হিংলিবা পুন্সিসিনা অমুকসু নিন্দা তৌরক্কবা নত্তে।

— মরুপ ধমেন্দ্রগীদমক-মরুপ্পা লাপথোক্লকপদা কনানসু করিমত্তা হায়খিদবরা ? মতৌ করম্না মরুপ্পা মফমদুদগী ... ?

— অদুগা মরুপ্পা হায়গদবা অমসু হায়খিদ্রি—। মকপ্পু থাবুম তরা নাওপুরগা তাইবঙদা ফাওহল্লকখিবা পোকপিরকপা, য়ুম্নাম শাগে। মদুসু হায়রো মরুপ, চুম্না খঙনিংবগী ৱাতনি, — কনাদা করি হায়রুগনি ঐনা।

— মরুপ বিনোয়, হায়রবসু করিসু কায়বা লৈতেদা ঐগী পুন্সিগী ৱারীশিংসে মীপুম খুদিংনা খঙলবসু—। অদুগা মরুপ্পা খঙনিংলিবা শাগে হায়বদি মবুকথোক্কী মচাবু পীথোক্লম্বা য়ুম্নাক শাগেদা মরুপ কৈথেল্লাকপমনি। মতমদুদা মরুপকী থস্মোয়দা করি ফাওখিবগে অনৌবা পুন্সি অমদা, খনখিবরা?

— মঙলান্‌গুম্বনিদা মরুপ। য়ুম্নাক শাগেফাও খঙজ্রাকপমদগী কৈথেল্লাকপম ...।

— মরুপ বিনোয় পুন্সিসে অঙকপা কয়ানা পুনশিল্লগা শেম্মী হায়দুনা পুন্সি কৌবা ওইরমাল্লে। ঐগী পুন্সিসে ঙসিদি ৱাহংগী ৱাহং ঙাক্তা ...।

ৱারী শানা শানা ধমেন্দ্রা ৱাখল অমদা তাওদুনা তরংদা অমুকসু লৈবগুম মবুক্লিংদা খল্লি, কান্নরিবা পুন্সিসিবু ঐগী, ঙসি মীওইবা মরক্তা মী ওইনাহিংলুবগী। করিনো ঐগী পুন্সিসিনা তৌগদবা। কপ্লি মথস্মোয়দা হিক্রা, হিক্রা, — অমুকসু মপান থোক্লা মমিৎতা পিগী ঈরা হৌনা মখোল থোক্লা কপ্লকখি—॥

— বিনোয়না, ধমেন, করিগী কপ্লিবনো, নহাকপু নিপা নৎত্রা ?

— "ধমেন্দ্রনা খঙই, ঐহাক নিপানি মরুপ। নিপা ওইবা মপোক্তা পোক্লম্লবসু ঙসিদি ঐগী মিৎলুগী পিরাংসে থিংবা ঙমদে মরুপ। পুন্সিদা মাইথিদুনতা লৈরবা, হিংলবা ঐনা করিনো তৌগদবা হায়য়ুনে।

— হৌজিকপু কনা কনা ... মরুপকী লোয়নবী মহাকতুগদা ?

-- মরুপ বিনোয়, ঐগী ৱারীসিবু নুংঙাইরিবরনে। নোক্লিংবা ফাওদবরা ঐগী পাংদ্রবা পুন্সিগী ৱারীশিংসে তারগা— হানে? মান্নি ঐহাক

নিপানি অদুবু, নিপা ওইরমদুনসু পুম্নমক ঐগী হায়বা করিসু লৈরমদরে। ঙসিগী মীওইবা ঐখোয়গী খুন্নাইশিদা। করিনো মসিদবু তৌগদবা ঐগী পুন্সিসিনা !

— মরুপ ধমেন— মতম লাকখিনি মরুপকীসু মতম অমা ....।

— মরুপ ঐগী মতম লাক্লরোই, লৈরম্বা য়াই নখোয়গীদমক্তদি মফম মতম মতাং অমা। ঐগী পুন্সিদি অসুম্না অসুম লোইরগদবা মফম খঙদবা পুন্সি হায়বদো—। চৎখ্রে মহাক্তসু ঐগী ইনাকসিদগী অমুক লাক্লরোইদবা মাগী অরোইবা খোঙচত্তা মরুপ—।

— কনানো মরুপ-অদুগা মরুপ্পা হৌজিক লৈরিবসিনা ?

— মরুপ বিনোয়, ঐনা হৌজিক লৈরিবা ঐগীদমক হিংলিবী ইমা অতৈ কনাসু নত্তে মরুপ।

— অদুদি কনা !

— মতম অমদা ঐবু পিশক পিক্লা ঈ মতুমদগী চাওননবা য়োকপিরকখিবী ঐগী ইমাদো—। পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা খোঙফম চেৎনা লেপ্লা ঙমখিদ্রবী মচা শক্তনা নুংশিনা নাওকোনবীরম্বী ঐবু তুংওইনা ইম্বোক্লম্লগা চৎখ্রবী ঐগী ইমা অদুগী মনাক্তনি ঐগী পুন্সিনা ঙসি হিংলিবসে।

— ঙাইখো ধমেন ...., নঙনা চৎখ্রে, ননাক্তগী হায়খিবদুনা ...?

— মরুপ চৎখ্রে, মহাক মীওইবা মরক্তগী। লৈতাফম খঙদ্রবা পুন্সি খোঙচত্তা ঐগী পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই অনিদা পুন্সি খোঙলোয় ওইমীন্নরম্বী নোংমতা মোমোন নোকহনবা ঙমখিদ্রবী মহাক অদো, ঐতগী ৱাজরম্বনি—।

— মতৌ করম্না !

— ৱারমাল্লে মরুপ, থৱায়নি খঞ্জবী মহাক্তো ঐগী খোঙফম চেৎত্রবা পুন্সি খোঙচৎসিদা, ঐগী পুন্সি খোঙলোয় ওইবদা ৱারনি খল্লমাল্লে। খাম্বসু ময়াখিদ্রে মহাক্লা ঙমদুনা ঙসিদি ইনাকসিদগী ...।

— মরুপকী পুন্সিগী ৱারীশিনা ঙসিদি ঐগী থম্মোয়সিদসু করিগুম্বা নিংঙমদবগী চৈনা অমা ...। করিগীনো নহানমখৈ ঐখোয়বু অমত্তা খঙহন্দা নথন্নতা তুমিন-তুমিন নুংশু-নুংজাননা ...।

— মরুপ বিনোয়, করম্না ৱারীশিবু হেক্তা ইচীনশিনা কমদৌনা কনাদা লীরুগনি। তাবিনি, তাবিরোই খঙদনা মীওইবা মরক্তগী তোঙান তারবা পুন্সি মহিং অমদা হিংলুরবা ঐগী ৱারীশিবু।

— মতমদুদা মতম অমগী, মরুপ ধমেন্দ্রগী .... অমত্তা লাকখিদবরা?

— লাকখি মখোয় লাকখি। মখোয়না লাক্লুনা কৈদৌরুনি—। ঐগী পুন্সিনা ইছোক্লবা মচা অমা ওইনা হিংলবদা—। মীওইবা খুন্নাইশিদ হিংলিবসে ঙসি কনাগী মফমদসু লীখিদ্রিবা ৱারীনি, ঐগী পুন্সিগী কাওঙম্ন:যাইদবা ৱাবীসে।

— খঙলে মরুপ পুম্নমক ঐসু ঙসিদি নহাক্কী নিংঙমদ্রবা পুন্সি ৱারী অমনা লমজীং ওইদুনা হিংলম্লবা নহাক্কী পুন্সি—। খল্লুরনু মরুপ নোংদম্বগী নোংদমনি খন্না হিংবা তাবনি। হৌজিকপু হিংনিংদ্রে হায়দুনা করিদি তৌনি মরুপ, শিবা ঙাইবা তাবনি। অদুবু শিব ঙাইবদা কবিগুম্বা অমদি তৌদবদি য়ারোই মরুপ।

— চুম্মী নহাক্না হায়রিবদো। অদুবু মরুপ হিংলিবা ঙসি ঐগী পুন্সি মীকুপ খুদীংদা খল্লি, ঐহাক অসে মফম মরাং খঙদ্রবা হৌবকফম পোকফম মফম খঙদবা লমজা-শারা মচা হায়নবদো খল্লকই।

— কবিগীনো মরুপ। অদুম্না খল্লিবদি—!

— হংলি তত্তনা ঙসিসু— অহাংবা মালংদা ৱাহং চাম্মা-চাম্মা—। ঐগী পুন্সিনা মীওইবা খুন্নাইসিদা হিংলম্বগী য়ুম্নাক-শাগৈ করিনো, ঐগী ইমা-ইপা কনানো? লৈফম থোক্তবরনে মরুপ, নখোয়গী নরক্তা মী অমা ওইনা হিংলম্লবা ঐগীসু শাগৈ-জাৎ, য়ুম্নাক-শাগৈ, মমা-মপা হায়বদো। ঐ মফম খঙদে হায়ফম খঙদে; কনানো ঐগী ইমা-ইপা মফম কৈদা লৈরিবা। মসিবু মীওইবা অমা ওইনা হিংলম্লিবা ঐগী পুন্সিনিকো মরুপ।

— বিনোয়না, মরুপ ধমেন্দ্রনা হৌজিক লৈবিবদুদি ইমাদুনা কবিসু হায়দেদনা?

— মরুপ বিনোয়, করিসু হায়দে, ঐবু মহৌশাগুম মচাদা মচামক্লি খঙ দুনা হৌজিক ফাওবা—। অমরোমদা খল্লুরবদি মরুপ ঐসে ইকাই-ইকি ৱাংমা লাল্লবা মী অমনি। পুন্সিসে ঐগী ইদাদুমতং ঙসি ফাওবা হিংদুনা-।

— করিনো মরুপ, "ইদা" হায়ববু

— "মরুপ, ধমেন্দ্রনা, ঐবু নাওয়োকপীরম্বা পাবুংদো মরুপ ঐনা নোংমতা বা-বা, পাবুং হায়না কৌখিদে। "ইদা" হায়বসে ঐনা ঐগী পাবুংদুদা কৌখিবনি। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ মতম ঐনা ঐগী "ইদা" দা "ইদা" হায়না কৌবদা মপাদবু "ইদা" কৌইকা হায়দুনা নোক্লখিবনি মরুপ।

— কমদৌনা "ইদা" কৌখিবনো মরুপ ?

— খঙদে মরুপ কমদৌনা কৌখিবনো—। অঙাং ওইরিঙৈদগী কৌখিবা হায়বদুনি, কনানা করম্না কৌহনখিবা, ঐ নিংশিংবা থোক্তে।

— হৌজিক্তী পুম্নমক হৌখ্রেদনা মরুপ, খল্লুরনু হৌখ্রবশিংদো কাওথোক্ল বা হেৎনরো। নঙগী পুন্সিগী খোঙফম অমতং মফম খঙনা।

— মরুপ বিনোয়, মমা-মপা মফম খঙদ্রবা, হৌফম পোকফম মফম খঙদ্রবা ঙসি ঐগী পুন্সিসিবু পুন্সিরনে ? হায়নবদায়নে মরুপ, থৱায় পানবা জীবলক্তগী খ্বায়দগী অথোইবা অফ-ফত্তা খন্থবা ঙম্বা জীবসিবু ঐখোয় মীওইবনি হায়না। অদুগা ঐগী পুন্সিনা ঙসি অহাংবা সংসার অমদা—। তরংদা, মালংদা মঙলানগুম হিংলিবনি—ও ! ঐগী পুন্সি ওস্থোক্লা থিনসু তস্বীরমখ্রেদা মরুপ।

— মরুপ ধমেন...,

— মরুপ, কপ্পা-নোকপা, অৱা-নুংঙাই পুন্সি খোঙচত্তা ঐগীদি শরুক থুংবীরমদ্রে, নুংঙাইবা মোমোন নোক্লা মীকুপ অমত্তা ওইরবসু ঐগী পুন্সিনা হিংজনবা—। ফংলরোই মরুপ ঐনা ঐগী পুন্সিদা অমুক হন্না অপোকপা-অপোকপীগী মথানুংদা ওইনজবা, মখোয়গী মীনুংশিগী মীৎয়েং মখাদা পুন্সিনা মীকুপ অমত্তা ওইরবসু মকা লাম্না হরাও মোমোন মীনোক তমদুনা হিংবা হায়বদো—।

— করি হায়গদবনো মরুপ ঐসু হায়ফম খঙদে, নঙগী ৱারীসিদা-।

— মরুপ, ঙসিগী মীওইবা খুন্নাইদা হায়নবা মপোক অমা হায়বদো তশেংনা লৈরম্লবদি। অদুবু মরুপ বিনোয়, পঙহায় হায়নবা ওইরম্লমাল্লে। চৎখ্রবা মীওই মপোক অমত্তা মপোক অমদা অমুক। মরুপকী পুন্সিদা তাখিবা উখিবা, থেংনখিবা য়াওখ্রবরনে, মপোক অমদা অমুক লাক্কুনা শিখ্রবা মী অমনা ঐখোয় মীওইবা মরকসিদা ?

— তাখিদে থেংনখিদে মরুপ, মীওইবা মচীন্না পঙাং ঙাংনবতনিদা।

— মরুপ বিনোয়, অমুকসু হংন্সি, ঐগী পুন্সিগী হৌরকফম পোক্লফম কদাইদনো, অপোকপা অপোকপীনা কনানো, ঐসিবু করম্বা য়ুম্নাক শাগৈদগী হৌরকখিবনো ৱাহৈশিংসিনা ঐগী পুন্সিদা লেপ্তুনা হংলিবা ৱাহংনিনে মরুপ, ঙসিফাওবসিদা। মঙলানগুম্নব. পুন্সিনা ঙসিদি কনাগীসু মীনুংশি ফংবা ঙমদনা। লৈরম্বদি য়াই শোয়দনা— মখোয় অদো পুন্সিগী হিদেন অমদদি। অদুবু ঙসি ফাওবদি ঐগীদমক্তনি খয়া কনানসু মখুৎ তিংথোক্তুনা ঐবু।

— মরুপ, পুম্নমক খঙশিন উশিন্নদা হিংবদা তাবনি খাংবা কনবা তাবনি।

— ঐগী পুন্সিসে, মরুপ ড্রামানি, লিলানি। পম্বুংফম লৈত্রবা, পল্লেপফম নাইদ্রবা। ঙসিগী পুন্সিগী পাক্লবা ঈপাক্তা লম্মাংনরবা চৎকদব খোঙচৎকী, থাংগদবা খোঙথাংগী মাইকৈ লেপচবা ঙমদ্রবা তুশোল্লবা থব্রায় হায়বদো ঐগী পুন্সিসে ওইরম্লে মরুপ। হংলরোই থিররোই অমুক। পাক-চাওরবা মীওইবা খুন্নাইসিদা ঐগীদমক কনাসু।

— মরুপকী পুন্সিগী অৱা নুংঙাইগী পুন্সি খোঙচত্তা মরুপকী লোইনবী (পুন্সি খোঙলোই) ওইরম্বী মহাক্তুনা লৈখিদবা মতমদুদদি মরুপ্পু কদায়দা—?

— মরুপ মতমদো ঐহাক্লা হৌজিক লৈরিবা ইমাগী মনাকসিদা লৈররবা মতমদনি। ঐগী পুন্সিসে নিংবা কায়বতনা থল্লবা, অৱাবা পোৎলুমতা ইকোকথকসিদা থোংদুনা চৎলিবনি মরুপ—।

— মরুপ, হৌজিক নঙনা লৈরিবা মফমদি— আ, থাংমৈ...।

— হোয় মরুপ, থাংমৈবন্দ ঐগী ইমাগী মনাক্তা। করিদি তৌগনি মরুপ, হিংদবদি য়াদবনিনা। পোত্থাফম খঙদ্রবা ঐগী পুন্সিসে কৈদৌঙৈনো, মীকুপ অমত্তা ওইরবসু মোমোন নোক্তুনা। ঐনা খল্লুই, ঐগী পুন্সিগী ৱারীশিংসে মরুপ নহাক খঙলম্লনি হায়ন। ঐনা মতম অমদা ঐগী ইরৈকায়নি চাওথোকচরম্বা, মফমদুদগী মখোয় খরা মরুপকা লোয়নবদুদা। ঐগী ৱাখলসে ঙাইহাক্তা লৈতাদে মরুপ, ঐসিবু লমজা-শারা মচা-কা হায়বদো।

— কদায়দগী ৱানোদা ধমেন, নোংমতা কনানসু নঙগী ৱারী হৌদোক্লকপসু য়াওখিদে, অদুগা ঐনসু খঙলুদে মরুপ্পু মফমদুদগীনি হায়বসু তশেংনা হায়রবদা।

— হৌখ্রবা কয়া নিংশিংলুরগা নিংঙমদবা অসুম-অসুম হেনগৎলক্নি মরুপ। পুন্সিদা নুংঙাইবা ফংদনা ইনাক্তগী চৎখ্রবী মহাকসু নিংঙমদবা অৱাবা ৱাখলনা... ঐগী পুন্সিগীদমক কয়াদা ৱাজরমখিবনি। অদুবু চৎখ্রে, মাদি ইনাকসিদগী অৱা-অনা লৈত্রবা ঐগী মাগী নাইদ্রবা মফমদুদা অরোইবা পুন্সিগী হল্লক্করোইদবা খোঙচত্তা।

-- চৎখিবা মানা চৎখ্রেদনা মরুপ।

— মসিনি মরুপ, ঙসি ঐগী পুন্সিসিনা হিংলিবা পুন্সি মহিংসে নোক্লিংদ্রা?

নখোয়গী নরক্তা লৈরগনা পুন্সিসে খরা অদুক নুংঙাইথোক্লা। অদুবু থম্মোয়সিদদি মরুপ নিংঙমদবা অমদি অদুম্মক—। হিংলিবা ঐগী পুন্সিসে অর্থ থোক্রবনি হিংবগী তশেংনা। মহাও য়াওদ্রবা পুন্সি হায়বদো মরুপ, ঙসি ঐগী পুন্সিসে ওইরে। পুন্সিনা পুন্সিসিবু ইতোম্মতা ৱারৌনা হিংবা নত্তনা করিনো ঐনা তৌগদবা।

— মরুপ ধমেন, হৌজিক লৈমীন্নরিবা ইমাদুবুদি মতম খুদীংমক্তা নিংশিংবা তাবনি, মীরাইবা য়াদে।

— ঙসি ঐনা ঐগী পুন্সিগীদমক চঙজফম লৌদুনা লৈরিবা ঐগী ইমা করম্না ঐনা মীরাইগনি মরুপ। মহাক্তী ঐগী অশেংবা ইমানিনে মরুপ, ঐগী ইমাশিনা হিংলম্বগী ঐগী পুন্সি ঙসি হিংদুনা লৈবনি মরুপ। মবুকথোক্কী মচাবু মচানি খনবা ঙমদবা, মীগী থম্মোয় পান্দবা, মীনুংশি হায়বদো লৈত্রবা মখোয়দুদি মী নত্তে মরুপ।

— ফরে তোক্লো মরুপ!

— মবুকথোক্কী মচাবু... শিন্নথোকপা ঙম্বা মখোয়বুদি ঐগী পুন্সিসিনা খক নিন্দা তৌদবা ঙম্লোই মরুপ। মখোয়দুননি ঙসি ঐগী লাঞ্জদ্রবা পুন্সিবু মীওইবা খুন্নাইসিগী মীওইবা মরকসিদা মীওইবা অমা ওইনা হিংবদা মাইথিরবা পুন্সি অমা ওইনা হিংহল্লিবসে মরুপ—। ঐগীসু থম্মোয় পাল্লি, মীওইবা অমা ওইবগী কনানা কনানো ৱাখল খন্থবা ঙম্বগী—। ঐসু মীনি শামক্তী নত্তে মরুপ।।



১৫। ০২। ২০০৫

# অরোনবা মীনোক্কুনা পীরাং

রীতা তারো ঙসিদি, ঐহাক নফমদা নঙগী ৱা খরা হায়গে। কুইরে ঐনা ৱারীসে নফমদা অমুক্তদি..., অদুবুনে ঐসে নঙগী কনাসু নত্তে অদুবু ৱারীসে—। নঙগী পুন্সিগীদমক খল্লুবদা ঐহাক তশেংনা ৱাদবা ঙমদে। পুন্সি হায়বসি করিসু নত্তে রীতা। অদুবু মীনোক মৈশাতনা য়োমশিন্দুনা হিংবা পুন্সি অমখক ওইহন্নিংখিদবদগী—। মসি হায়রগা নঙনদি হায়রকপা য়াই। তা-শান্তবু ঐহাক্কী কনানো? চুপ্মী মদো হংফম থোকপা ৱাফমনি, মদুদা ঐনা করিসু নঙগী নফমদ পাউখুম পীনিংঙাই লৈরোই। অদুবু নঙগী পুন্সিবু চম্না ইচন অমগুম নুংশিরুবনা ঙসি ঐনা ৱাহৈ খরা হায়বসিদা নঙনা মুন্না তাবীবদুনি ঐনা পাল্লিবসে। ঐগী ৱাহৈসিদা নঙনা ঐবু খক লান্না লৌহন্নিংদে রীতা।

নিংশিংলক্তরা লৈশারিঙৈ মথোৎ কারকঙৈ যৌবন পুন্সি হায়নবদো? চানিংবতা চা, শেৎনিংবতা শেৎ পলেম-পম্বৌগী মফমদা ওইনদুনকা হিংলকখিবা পুন্সি মহিংদো, রীতা। স্কুল কলেজ কারিঙৈ মতম, তুম্বা চাবা তৌদুনতা লেনখিবা মতম নিংশিংঙুনে, হৌখ্রবা পুন্সি খোঙচৎ নিংশিংবসু নুংঙাইবনি। মী ওইনা পোকল্লবা ঐখোয়সে নোংমদি অরোইবা নাইগদৌরিবনি। হায়বদি মী ওইবা ঐখোয়না ঙসি হিংদুনা লৈরিবসে নোংমদি শোয়দনা শিরগদবা ঙাক্তনি। অদুনা রীতা, হিংলিঙৈ পুন্সিদা অমগা অমগা নুংশিননা হিংমিন্নবা লোয়নবা হায়বসে তঙাই-ফদবরা খল্লি। ঐগী ৱাখলনিকো, অশোয়বা অরানবা কয়া য়াওরবসু চুমথোক্লদুনা ফৈ, ফত্তে হায়দুনা হিংমিন্নবদুনি ঐনা পাল্লিবদি। নহাক নুপীনি, ঐনা নিপানি। ঙসি নঙগা ফম্মীন্নদুনা ইচম-চম্না মচিন-মৌপ্পা অমগুম ৱারী শান্নরিবসে কনাগুম্বনা পাওথোক্কে, লালহনগে হায়রবদি করিসু নত্তে রীতা।

ফত্তবা লম্বীদা মী অমবু চিংথগে খল্লবদি করিসু নত্তে। ঐগী ৱারীসে তানিংদ্রবরা শান্তনা হায়রকই।

নহাক মতম অমদা য়ুম্মাক অমগী নিঙোল ওইরম্মী। ননিং ৢয়া কনাগীসু মখা পোন্দনা পুন্সি যৌবনগী মতমদা মকা লাম্না হিংলম্মী নৎত্রনে? অদুবু তাইবঙপানগী চৎনবী মতমগী খোঙলোই মতুংইন্না নহাক্কী পুন্সিদো অতোপ্পা য়ুম্মাক অমদা অনৌবা পুন্সি খোঙচৎ অমগী লম্বীদা খোঙদারক্কুনা শাগৈ অমগী মৌ অমা হায়বদো ওইরকখিবনি লাল্লবরনে রীতা? ঙসিগী মীওইবা হায়বা খুন্নাইসিদা লৈরিবা মীওইবা খুদীংমক অমগা অমগা ৱাখল মান্নদে। রীতানা, তা শান্তগী ৱারীদা ৱাহৌদোক্কুনা নচনবু ভাব অমা তাদবগুম শান্তনা, রীতা নহাক ভাব তাখিরোই, অদুবু ৱারীশিংসে নহাক ঙসিদি মুন্না তাহন্নিংঙি, তানিংদবরা? অদুবু তাবীগে নৎত্রগা তাবীরোই নহাক্কী পুক্লিংগী মখা পোনবনি। নঙনা ঙসি ঈনাক্তগী হৌগত্তুনা চৎখ্রবসু ৱারীসিদি নফমদা লীরখিনি—। অদুগা নঙ নত্তবা কনাগী মফমদদি ঐগী ৱারীসে লীথোক্লোই, মদুগী কান্নবসু লৈরোই। নহাক্না য়ুমদুদা লাকখিবসি সমাজগী চৎনবী অমগী মখা পোন্না অনৌবা য়ুম্বাল পুন্সি অমগীদমক খোঙ থাংজিল্লকখিবনি নৎত্র? হায়বদি নুংশিরবা পলেম-পম্বৌ, নচিন-ননাওশিংবু তুংওইনরম্লগা নুংশিগী পম্বুং অমগীদমক, ঙসি নঙনা ঈশ্বরমক্লি খঞ্জরিবা বোকুলগী মতুং ইন্দুনা লাল্লবরনে? খঙদেদা রীতা ৱারীসে লীরুরগা নঙনা ঐবু—। রীতানা, তা শান্তা ঐ করিমত্তা লান্না লৌজরোইদা। ফরে রীতা মীওইবা ঐখোয়না হিংনরিবা পুন্সিশিংসে ইজ্জৎ হায়বা অমগী মখা পোন্না হিংনরিবা ঙাকনি। ইজ্জৎ হায়বসে লৈগে, য়োনগে ফংবা নত্তে রীতা, শান্তনা হায়খি।

নুমিত্তো নিংশিংলিবরা নঙনা বোকুলগী মতুং ইন্দুনা অহানবা য়ুমদুদা লাকখিবা মতমদো। ঐদি ঙসি ফাওবা নিংশিংলি রীতা। মতাংদুদা ঐহাক্না নঙগীদমক, নঙবু থিনবা নংনবা ..., বোকুল অমদি নঙবু নুংশিদুনা অঙম্বা অমত্তং ...। রীতানা, ও ! ও ! নিংশিংলক্লে তা শান্তা, অদুবু ৱারীরনে হায়বা! শান্তনা, ঐনা'সুম নিংশিংবগী ৱানিদা। অদুবু মদুগী মতুংদগী লৈবাক মীয়াম

খঙনা লুহোংদুনা চংনবী অমগী পনখৈদা, বোকুলগী শাগৈদা তিল্লদুনা শাগৈ অমগী মৌ অমা ওইনা লাকখিবনি। রীতানা, লোয়না খঙনদুনা লৈরবা রাফমদুবু ঙসিতা ইনৌ-নৌনা তা শান্তনা (নোকপা)। শান্তনা মখা তারকই, নোকখিগনু রীতা, নঙগী মীনোক্নুনা রারীশিগী পোল্লোইদা ঐবু রারৌনা নমিত্তগী নপী শিম্বরক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। রীতানা, মদু ওইরবদি লীবিরনু রারীকা।

ঙসিদি মতমগী মতুংইন্না বোকুল অমদি নহাক্কী হায়বা তারে নচানিপা অমগা নচানুপী অমগা ফংজদুনা কয়াদা নুংঙাইনা হিংলকপা ঐসু খঙদবা নত্তে। মীওইবা হায়বসে রাদনা ঙাক লৈবা য়াদে খন্দুনা শু-নোমদুনা বোকুল অমদি নহাক কয়াদা মকা লাম্না পুন্সি...। রীতানা, তা শান্তগী রারীসে য়াম্না কোইথোক্না তাবা য়াম্না রাই। শান্তনা, রীতা পুন্সি হায়বসে কনানা তম্বা ঙম্বগে? নোংমা শিরগদবা মীওই মপোক ঙাক্তনি, অকোন-অহানগী রাতনি। হিংলিঙৈ মতমদা হি, হি নোক্নুনা অমগা অমগা নুংশিননা লৈমীন্নবা হায়বসে মীপুম খুদীংমক্না পাম্নরমগদ্রা খল্লি, ঐসু পাম্মী রীতা। নহাক্তী পামদবরা? ঙসিদি খঙদে রীতা, নবুং শান্তা ঐহাকসে হিংনিংলক্লে, মীওইবা মরকশিদা মী ওইনকা। ঙসিগী তাইবঙপানসিদা চংনরিবা লীচৎ-শাজৎ, চাকচা-ঈথক কয়াসি খল্লুবদা। অমরোমদা মশা-মশাগী ঙাইহাক্কী অপাম্বা, অনিংবা থুংননবা, ফংননবা খন্নরকপা, লাক্কদবা তুংগী লম্বীদদি করি ওইরক্কনি, খম্বুবা তৌনদনা হিংলিবা ঙসিগী মীয়ামসিগী মরক্তা মীওই কয়াসু য়াওরি হায়রিবা। পুম্নমকশিংসে খল্লুবদা তশেংনা মীওইবা অমা ওইনকা হিংনিংদ্রেদা। রীতা হায়য়ুনে নঙসু, নুংশিবগা অপাম্বগা মগুন কনানা চাওই, খল্লু, নহাক নহৈ নশিং হৈরবীনি। সমাজসিগী চংন-লোনচং খঙলবনি। পুন্সি হায়বসি মখল মথেলনি কপ্পা-নোকপা, অরাবা-নুংঙাইবা অনীনা পুনশিল্লগা পুন্সি অমা ওইবনি। মসিমসু নিংশিংঙু রীতা, নুংশিবা মখল য়াম্বনি, অপাম্বসু মথেল নাইদবনি। অদুবু খম্বুহৌদা মীকুপ অমদা পুন্সি অমা লৈখা তাখিবদি খঙহৌবা নত্তে।

লাইবক্কী রারীবু কনানা তম্বা ঙম্বগে রীতা। ঙরাংতো মোমোন নোক্না লোইনরম্বা ঙসি কায়নদবসু নত্তে। ঙসি নঙগী পুন্সিদুসু মদু নত্রা? নোংদম্না মাগী নোংদমখোন্না ঙসিদি কয়াদা রাহল্লম্নবা নঙগী পুন্সি। নচা অনিগী নুংশিরবা

শক্তম, ওইনজবা নিংঙাইদা মোযোন নোক্লা য়েৎকা ওয়গা ফম্মীন্নদুনা পুন্সিগী মঙলান কয়া মঙমিন্নখিবা অদুবু ঙসিদি নমা নচাগী পুন্সি, লাইবক থিবা মপোক ওইদুনা লৈহৌরেদো। চৎখ্রে ঙসিদি নখোয়বু তুংওইনরম্লগা হল্লক্লরোইদবা অবোইবা খোঙ্চত্তা নহাক্কী হিংলম্বা মহাক অদো রীতা। ঈশ্বর মাগী থৌশিল ঙাক্তনি পুন্নমকসে শোয়ফদ্রবা। করি খল্লিবনো? মীওইবা ঐখোয়না হিংলিবসে মতম খরখক্তগীনি। হিংনিংঙি হিংদুনা হেক্তা লৈবা য়াদবা, হিংনিংদ্রে হেক্তা শিবা ঙমদবা মীওইবা মপোকনিনে রীতা। অদুবু ঐগী মাগী মতমনবু লাক্লবদা হিংহন্নিংঙি হায়দুনা হিংখো লৈখো হায়দুনা খাম্লুবদি কনানসু ঙম্বা নত্তবনা ঙসিদি লাই ওইখ্রেদো, নহাক্কী থবায়মক্তি খঞরম্বা বোকুলদো রীতা। করিগীনো তুমিন লুরুক্লনা কৈদৌরে? ঙসি ঐনা নঙগী নফমদা লাই ওইখ্রবা বোকুলবু পশ দুনা, নিংশিংদুনা হায়রিবসে নৌহৌননা চৈনা পীবা নত্তে। হিংমিন্নরম্বা পুন্সি অমনা লাই ওইখ্রবদা লৈহৌরিবা নঙগী পুন্সিনা...। রীতানা অমুক, তা শান্তা ঐসু ঙসি ইচা অনিগীদমক হিংলিবসিদি ঐবু...। শান্তনা, নঙবু নচাশিংগীদমক হিংদে হায়বদি নত্তে, হিংববুদি হিংলি ঐসু খঙইনে রীতা। ঐনা হায়নিংবদি রীতা, হিংলবদি পুন্সিগী অর্থ থোক্লা, মহাও লৈনা হিংবদুনি ঐনা নঙবু হিংহনবা পান্নিবদি নঙগী পুন্সিদুনা। নচাশিংগীদমক চাওথোক্লা পুন্সিবু পুন্সিনা...। রীতানা, তা শান্তগী ব্বারীসে নচন্না তাবদা...। ঐগী ব্বারীসিবু হৈনদ্রবরা রীতা ? শান্তনা হায়রকই। ঐগী ব্বাখলদি রীতা, মীওইবা খুদিংমক নুংশিননা অরৈ লৈতা তাথোক তাশিন্ননা হিংমিন্নবা ফত্তবরনে? রীতানা তা শান্তগী লীরিবা ব্বারীসে কোয়থোক্তনা...। শান্তনা, মখা তারকই, ঐগী ব্বারীসিদা নহাক্কী ব্বাখলদো ঐ খঙই। ঐনা হায়রিবসে রীতা, নমা-নচাগী নুংশিনবগী লংলাদো...।

তশেংনা হায়রবদি ঙসি নঙগী পুন্সিগা ঐগী পুন্সিগা করিগুম্বা মরম অমত্তদা মরী লৈনবদি নত্তে। ইচম-চম্না ইচনমক্তি খন্না...। অদুগা অমুকসু নঙ ঐ নক্লনা লৈমিন্নরমদুনা নতেং-ইতেং পাংনবগী তাঞ্জাসু ফংদে রীতা। উন্নরিঙৈ, তাঞ্জাসিদা ব্বারীসে ...। খল্লুরগদি ঙসি নফমদা লীরিবা ব্বারীসে লীফমদি থোক্তবনি। অদুবু নুংশিননা লোয়নরম্বা মহাক্তনা ...। লোয়নরম্বা নখোয় ঐখোয়সে নুংশিননা লম্বী লমখাংদা থেংনবদা হরাও-হরাও কৌনরম্বদো

কৌনরিবসে ব্রারীসিনদি নঙনা ঐবু য়েক্লবনি খনখিবসু য়াই। য়েক্লবনি হায়নদি খনগনু রীতা। ঐনা হায়রিবা ব্রারীসে কনাদসু হায়গনু নশা নতোমতা খম্থজৌ, মীকুপ খরদং, পুংজা অমত্তং। ঐদি তসেংনা ব্রারে হায়বা তাই, নঙগী হিংহৌরিবা পুন্সিদুগীদমক খল্লুবদা। ইতোমতা নিঙমদনা খাঙলিবনি। ব্রারীশিংসে করম্না নফমদা লীগদগে খল্লুবদা। খল্লু খনবা য়াবা নঙগী হিংলিবা পুন্সিদুনসু। নঙনা থাংলিবা খোঙথাং, নঙনা ঙসি চৎলিবা খোঙচৎ...। হোই, অমরোমদা খল্লুরগদি করিসু নত্তেদা। নঙগী ননিংনি, নঙগী পুক্লিংগী অপাম্বনি লাল্লবরনে? অদুবু রীতা নোংমদি শোয়দনা ...। খঙলে, তারে ইনাসিদা নঙগী পুন্সিগী মরম, অচুম্বরা, অরানবরা, নানা তাবা হায়বদুনি। অদুম ওইনমক ঐগী ঙসিগী ব্রারীসে নঙোন্দা পুন্সিগী কাউফদ্রবা নিংশিংবগী, ইচম-চমজবী অমবু পাওথোক্লিবরা নত্রগা অশেংবরা নঙনা করি লাল্লুরবা হায়বদো খন্থননবনি। ঙসিগী মীওইবা খুন্নাইদা নদোম হিংলবী পুন্সিনি হৌজিক্কী মতমসে চেকশিনবা ইশানা ব্রাৎলবা লালহনবা হায়বসে করিসু নত্তে রীতা। খোঙথাং অমত্তং শোয়রুবদা মীয়ামগী মীৎয়েং ...। নঙনা লৈরিবা ইমুংদুদা মৌ নতোমতদি নত্তে, ঐসু খঙই। অদুনা নাইতোম তাহৌরবী নঙগী পুন্সিদো খাংবা কনবী মমা অমা ওইহন্নিংই, নচাশিংগীদমক। ঐগী ব্রাফমসিদা করি করিদি হায়নিংবা লৈ, হেক্তা হায়যুনে চীংনগনু নবুংমক্লিখল্লুনে রীতা। ব্রাহৈশিংসে মী অমদা হেক্তা হায়রুবদা য়াবা নত্তে। নহাক ওইবগী অফবী মমা অমা ওইহন্নিংলুবদগী হায়বনি য়াম্না কিজনা হঙ্গোইজনা। রীতানা, ঐবু করি হায়যুগে তা শান্তগী ব্রারীদো ...। শান্তনা, খঙই নঙনা হায়নিংলিবদো ওইদবনি চীনথোকনি হায়বসি নৎত্রা! রীতা, ঙসি ঐগী ব্রাফমসিদা নঙ খক নাথৈগে খনগনু। নথম্মোয় শেংঙু নঙগীদমক করিসু ব্রাৎলোই। খনবা য়াবা খল্লবা 'তুংদা নঙগী চমজবী পুন্সিবু অফবা লন্বীদা ...।

করিগীনো নুংজানরিবদি রীতা? মীওইনা পোক্লগা ব্রাখল অদুক... চীংনগুনু থিনগনি ঐনা নঙবু নয়ুম য়ৌনবা। ঐবু য়াম্না লান্না লৌরবরা হায়যুনে? রীতানা, করিগী লৌদোইনো, তা শান্তবু ঐখোয়গীদমক্তা ব্রাবীদুনতা লাকখিবনিনা, অঙাং ওইরিঙৈ মতম কয়াদগী হৌনা লাইরিক লাইশু তাকপী

তম্বীদুনা নচলদৌনা (কপ্পা)। শান্তনা, কপকনু রীতা। হোই নহাক্কী নরাল লৈরমদবদি য়াই। নঙগী পুন্সিনা ঈংনা লৈননবগীদমক নমা-নচাগী তুংগী পুন্সিগীদমক ... ঙম্লনবা। অদুবু রীতা, ঐসু হায়ফম খঙলক্লে করি হায়গদবনো হায়নিংবদি য়ামখ্রে। খঙ্গৌ নহাক খঙ্গৌ, খন্নবা য়াবা য়ুমগী মৌ অমনি। য়ুম্নাক অমগী শাগৈ অমদা য়ুম্বালদুনা নচাগীদমক হিংলিবী। লৈখিদ্রবা লাই ওইগ্রবা ঈশ্বরমক্লি খঞ্জরম্বা মহাক্তো মবুক-মপাও ফরম্বনি, লোয়নবা নুংঙাইখিবনি মীপুম খুদিংনা। মরম অদুনা লাই ওইগ্রবা মহাক্কুগী মফমদা হিংহৌরিবা নঙগী পুন্সিদুনা মীনম্না হিংবা হায়বসে ...। রীতা, নহাক নিংশিংলিবরা ফাইরেন থাগী পূর্ণিমা নুমিত্তো...! তা শান্তা নচন নিংশিংবা থোক্লে রীতানা খুমখি। ঐ রাহং খরা হংগে, শেংনা পীরকউকো পাউখুম–। ঙসি নহাক্কী লেমহৌরিবা পুন্সিদো নচাশিংগীদমক হিংনিংলিবরা নত্রগা হিংনিংদ্রবরা? নহাক নুংশিরবা নচাশিংবু কায়নবা ঙম্লদরা? করম্বা পুন্সি অমগী মহিংদা হিংনিংলিবা, অদুগা অমনা ঐহাকসে নবুংমক্লি খনবা ঙম্বরা? চীনবান্দা মোমোন নোক্লগা নথম্মোয়দা খল্লিবা মায়থোংদুদা তারিবা নঙগী ... খঙই। চৎনবী তাইবঙপানগী চৎনবী নহাক খঙদ্রমাল্লে, পুন্সি খুদি অমুক্তা শিবনি নুংঙাইবনি হায়বসে। হায়নবসু লৈ হুরানবৈ তরানি মপুগী নোংমা। নিঙোলগীদমক য়ুম্নাক লৈতে, শাগৈ নাইদে হায়নবা ব্রা অমসু লৈবনি। মসি পুম্নমকসি খল্লুরগা নঙগী পুন্সিদুগীদমক থোকহন্নিংদে হায়রিবা রীতা। নচাশিংসু নোংম-নোংমগী চাওবা মপুং তানখৎলক্লি।

ঙাইহাক্কী অনিংবা অপাম্বনা পুন্সি কয়া খঙহৌদবা মীকুপ্তা লৈখা তাখিবা খঙহৌবা নত্তেকো রীতা। নুংশিবসু অদুমঙাই, নুংশিবগী ময়ায় কল্লি, নুংশিবনা হু ওলহল্লি, অমৃত ওল্লি, য়েক্লবা ওইরকই, মরুপ ওইরকই। পুম্নমকসে মীওইনা পোক্লমদুনা মীওইবা মরক্তা হিংলম্লবনিনা খন্নবা দরকার ওই। চীরোনগী, লৌনমগী, নমথাক্কী থম্মোয়দগী ঈহৌরকপা নুংশিবা মখলসু য়ামখ্রে। অদুনা ওইথোক্লরোইদবা সমাজসিগী মমাংদা ঙাইহাক্কী অনিংবা অপাম্বগীদমক পুন্সিনা পুন্সিবু খক লৈখা তাহঞ্জনবা হোৎনরোইদবনি। ইশানা ইশাবু, পুন্সিনা পুন্সিবু মীনমদুনা নমথাক তৌদুনা নঙগী ঙসিগী পুন্সিনা হিংবা হায়বসে ননাক্তা লৈরিবা

নচাশিংদা অমদি লাই ওইথ্রবা মহাক্তুগী মফমদা পাপ লংশিনবা ওইনা থোক্কনি রীতা।

হৌথ্রবা মতমশিংদো নিংশিংলুবদা কপ্লিংবা পোক্তরা? ঙসিগী হিংলিবা পুন্সি অসুম্মা ওইরক্কনি থাজখিবরনে রীতা নঙগী পুন্সি? ঙসিগী ঐখোয় মীওইবা খুন্নাইসে হিংবদা য়াম্মা লৃবনি হায়বসে নহাক নিংশিংগদবনি। অদুগা ঐগী ব্রাহৈশিংসিদা নঙগী থম্মোয়না য়ানিংদবা লৈরম্বদি য়াই। অদুবু রীতা নঙনা নোক্লিবা অরোনবা মীনোক্তো নোকহন্নিংদে ঙকপরা? অরোনবা মীনোক্তুনা নঙগী পুন্সি পোল্লোইদা পিরাং ওল্লকপা মীকুপ্তুদা, মতমদুদা নহাক করম হিংগনি মীওইবা ঙসিগী খুন্নাইসিদা। পুন্সিসিদুদা মৈচাক মৈশাতা লাংনা হিংবা নত্তনা করি করম্বা লম্বী অমা। রীতানা, তা শান্তগী ব্রাখলদো নচনবু ...! শান্তনা, ঐবু লান্না লৌরবা নৎত্রা ? লৌফম থোকপনি। অদুবু রীতা, হিংলম্লিবা ঐগী ঙসিগী পুন্সিসে মীমান্নদনা ইমীৎসে তাংলমদুনা ইনাসে পাঙলমদুনা তাইবঙপানগী অব্রা নুংঙাইগী ব্রারী, লেংলি-পাল্লিবা পুম্নমকসে উরমদ্রবা, তারমদ্রবা কয়াদা ফরমগদবা পুন্সিনো ? রীতানা তা শান্ত করিগীনো অদুম্মা হায়হৈদেদো। শান্তনা, করিগীদমক মী মরক্তা মী ওইনা হিংলমম্লিবনো খন্না তত্তনা কপ্লিবনি ঐদি। অরাম্বা খৌরাংবা ফাওদবমখৈ ঙসিদি রীতা। ঐনা অরোইবা ওইনা ইচনমক্লি খন্না নফমদা হায়নিংবদি রীতা লাই ওইখ্রবা মহাক্তুগী মফমদা মীনম্বা পাপনি অদুগা পুন্সিবু পুন্সিনা, ইশানা ইশাবু খক মীনম্মা হিংহন্নিংদে নমথাক তৌহন্নিংদে, অরোনবা মীনোকসু নোকহন্নিংদে। রীতা, নাইতোম হিংহৌরবা নহাক্কী পুন্সিদো অখাং কনবী মমা অমগী শক্তম লৌহন্নিংই, খল্লু মুন্না য়াম্না মুন্না, নঙগী ঙসিগী হিংলিবা পুন্সিদুনা। ঐহাক নঙোন্দা হায়নিংবা কয়াদি লৈরি অদুবু হায়ররোই রীতা। অমুকসু হায়রি ঐনা, নহাক অঙাং নক্ত্রে, নুং পান তুনা খল্লু মুন্না য়াম্না মুন্না, অরোনবা মীনোক্তুনা পিরাং ওল্লকপা মীকুপ্তা নঙগী পুন্সিগী খোঙথাংদুনা মায়কৈ কদোমদা ...।



২৫। ০২। ২০০৫

# পুন্সি খোঙচৎসিদা

নহাকপু কপ্লিবরা, কপকনুসে, নঙগী মীৎলুদগী শিন্থরক্লিবা অব্রাবগী পিরাংদো ঐ তশেংনা য়েঙজবা ঙমদে তশেংনা ব্রায়। খঙই ঐসু নহাক্কী পুন্সিদো ঙসিদি ব্রানা হিংলে হায়বা। অদুবু ঐহাকসু ফনা কন্না শু নোমদুনা হোৎনরিদনা। চম্মী অমরোমদবুদি ঐহাক্লা নঙবু হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রাহল্লবনি। অদুবু ঐনা নঙবু ব্রাহল্লগে হায়দুনা ব্রাহনবদি নত্তেকো। নঙগী ঐগী ইরাইবক্তা অসুম্না ঙসিগী মীওইবা মরকসিদা লেল্লু তন্নম্বনা ঙসিদি নঙ, ঐগী পুন্সি কয়াদা ব্রানা...। ঐহাকসু খন্দবা নত্তে, খল্লিবনি নঙগীদমক ঙসি ঐগী হিংলিবা পুন্সিসিনা-। মতম অমদা নপাম লমদমদা নুংঙাইনা কেনা মৌনা মোমোন্তা নোক্কুনা হিংজরম্বী নহাক্লা ঙসিদি লাইররবা ঐগী ইনাক্তা লাক্কুনা কয়াদা ব্রানা হিংলরবা। ঐহাকসু কপ্লিবনিনে, থম্মোয়নুংশিদা, মপান থোক্লা কপ্তুবসিদা নঙনদি ঐহাকপু ব্রারৌরমগনি শোয়দনা। অসুম্না কিরন্না তত্তনা মাগীদমক পুন্সিগী খোঙলোয় ওইনা লাক্লবী অব্রাবা কয়া মায়োক্লররবী শুনিতাবু থেমজিনজে।

কিরনগী অশানি, অরেপ্পা থম্মোয়গী। নোংমদি শোয়দনা মোমোন নোকপা, মাইথোং মকা লাম্না অমুক্তং ঙসিগী মীওইবা মরকসিদা হিংহনগে হায়বসে কিরনগী অচেৎপা আশানি। অমরোমদসু কিরন অমদি মাগী পুন্সি খোঙলোয় ওইমীন্নরিবী শুনিতা বিএ, পাস তৌরবা ঙাক্তনি। অদুবু কিরন, লাইরবা মচা অমা ওইবনা, নুংঙাই য়াইফবা, ইমুং অমগী নিঙোল অমবু মাগী পুন্সিগী খোঙলোয় ওইনা ...। মসিনা মরম ওইদুনা শুনিতা ঙসি ফাওবা মপা-মমানা হায়বা ইন্দবীনি হায়দুনা লুহোংবীদনা ইম্বোক্কুনা থম্বীরি। অদুবু কিরন শুবা নোম্বা কল্লি, মহাক্কী মশাদা ইকাইবা হায়বা লৈতে। কিরন রিক্সা থৌদুনা শুনিতাগী পুন্সিগা, পুন্সিগী আশা অমগা লোয়নননা হিংমীন্নরি-।

কিরন ঙসিদি মখুত্তা ঙা অমা য়ান্দুনা হঞ্জিল্লকই। কিরন্না শুনিতাবু 'শুনি' হায়না কৌজে। কিরন্না কৌরকই "শুনিতাবু শুনি শুনি নঙবু তারবরা শুনি ...।"

— (শুনিতানা ইমুংদগী) তাজরে তাজরে। কৈদৌরবা ঙস্তানা। ঙাদুদি কনানা পীরক্লিবনো?

— কনানা পীরক্কনি হায়গে অঙাওবী লৈরক্লিবনিনে। ঙন্নকা হল্লকপসিবু য়াদবরনে, অদু ওইরগা অমুক ...?

— অদুগী ব্বাবুদি ইনাক্তগী। (শুনিতা মোমোন তৌনা হায়রকই)।

— ঐসু লৈনিংলিবনিনে লেংদনা নুংশিবী ননাক্তগা।

— কৈদৌনবা লৈবীরক্লিবা ঙানোবা, ঙা চাদ্রবসু য়াদুবু শেল তিংননবা।

— শুনি নঙগীসিবু তোয়নকা লৈরক্কে হায়দুনা তৌরিবরো?

— ঐনা নঙবু ঙা-কা থোংবগসে পীজনিংদবকা মানবরনে হা? নোং ফাদোক চাবদি য়ায়না, পীজনিংদুনা লৈরক্লিবা ঙা-সে চানিংদেকা হায়রিবরা নঙবো?

— পীজনিংনা লৈরক্কবনিনা করিগী চারোয়দগে নুংশিবা। ঙসিসিবু পৈশা কয়া য়াম্না ফংদুনা ঙা লৈরক্লিবনো, ঐনা হায়জবদি ঙা-য়োনবীগকা খঙনবিরবরা হায়জরিবা।

— কিরন্নসু নোক্লগা, কদোমদগীনো শুনি নঙনা হায়রক্লিবদুবু, হৈরমমেনে ব্বা ঙাংবগদি হা।

— হৈজদে কৈসু ঙকপীরেদা।

— ঙসিসে শুনি ঙস্তাননে পংলাপ লাপ্তবা ভারা অহুম মরি হেক ফংলবা, অদুদা হেক্তা ঙাশিমা লৈরগা ঙস্তানা হল্লগে হায়দুনা, নহাক্লা চাক্লা থোংলগা ননাক্তগা ফমদুনা এঙ্গাংকা শেম্বা য়াওরক্তবগা কুইরবদুদা...।

— অশেংবগীরনে ? মতৌ ইমান হেক মান্দদনা, অদো ঙসিদি ঙা-সিমদি থোংবীয়ুদনা।

— মদু য়াদেনে শুনি। নহাক্লা থোংবদুনি ঐনা মহাও খঙনা চারুরগে হায়দনা লৈরক্লিবসি খঙলবরা?

— নতৌ য়েংগে তৌজবনে থৱায়গী খৱায় ওইবা পাম্মুবা।

— কিরন্না, শুনিতাদা মুন্না য়েংজরগা হায়রকই' শুনি নহাকসে অসুক য়াম্না নুংশিবিবসে করিগীনো ঐনা ?

করিগীনো খঙদেবু!

মখোয় অনি ঙাইহাক নোকমীন্নে। কিরন্না হায়রকই।

— ঐগী রাখলদা খল্লুবা পুম্বা লাল্লমদুনা ঐখোয় অনী ঙসিদি থৱায় হকচাং অমত্তা ওইনা হিংমীন্নরেকো। শুনি ঐহাকসু থম্মোয় পাল্লিবনি, নুংশিবা হায়দো মশক খঙদুনা ঙসিদি নহাকপুসু ইনাকসিদা, নহাক্কদি ঐসে লান্ন খল্লম্বসু য়াই। অদুবু শুনি ঙসিদি ঐগী পুন্সিসে নহাক্কীদমক হিংলবনি।

— ঙসিসিবু কনানা করি হায়রকপগা য়াওরবগে। ঐনবু থম্মোয় পান্দে, নুংশি খঙদেকা হায়খিবা য়াওবরনে ? ঐনা হিংজরিবসিসু নহাক্কীদমক্তনি চিন্থিবা। অমরোমদবুদি ইমুংগী থবক নত্তনা অহেনবা নতেংবুদি পাংবা ঙমজদেকো।

— শুনি ঐবু করি হায়খ্রগেনে, ইতেং পাংদেকা ।

— ফরেসে ইরুজথোকপীরুরো।

— হোয়নে মদুনা ফরদরা শুনি। ঙাদুবু হান্না শেমদোক্লগ্লো ?

— হান্না অমুক্তা চাইথবীরুরো অদুগা তপ্না পোখাবা ওইনা ইনাক্তা ঐসু ঈশিং খরা শোক-কৎচরুখিগে হায়জরিবা।

কিরন্না ঙা শেম্না শেম্না শুনিতাদা হায়রকই।

শুনি, ঐগা হিংমীন্নবসিবু য়াম্না ৱারবরনে? ঐনা চৎথোকখ্রিঙৈ মতমদা হৌখ্রবশিং নীংশিংদুনকা নহাকপু কপত্রনে করিগুম্বদগা ?

— শুনিতানা, মাগী হৌনবী তৌরক্লবনি।

— অশেংবনে ঐনা হায়রিবসে।

— নখুৎতো শোক্তুনদুম তোক্কনিকো।

— ঐনা হংলিবসিদা খুম্মুনে অমুক্তা, কপ্পমগনিয়ে।

— ঐসিবু য়াম্না কপকনবীগা ওইদুনা কপ্পমগদবগা মানৱনে ? করিগীদমক কপকদৌরিবনো হায়বা। নহাক ঐহাক্কী ইরাইবাক্তা অসুম্না তম্লম্লবদা। ৱাদুনতা

ঙাক লৈগদ্রা, নোংমদি নহাক ঐহাক্কীসু পুর্ণিমা অমদি শোয়দনা থোক্লোই হায়বা ঙম্বনে? ঐহাক্না ঙাইজরিবসে নহাক্কী নরুম থুগ্না অন্নাবা কয়াবু লোৎশিনজা মোমোন নোকপতনি...।

— (কিরন্না নোকলকই) অশেংবরনে ? শুনি মদুদি ঐহাকসু খনবদি কুইরে নঙোন্দা হায়দোক্তবগী ৱানি।

কিরন্না হায়রকই।

— শুনি নহাক্কী মহৌশাগী নিংথিবী শক্তম অমদি ফজরম্বী মাইথোংদো ঙসিদি ঐনা পুম্নাং মাংহল্লেকো। অদুবু ঐগী ৱাখলসিদা ঙসিসু হৌজিকমকসু খল্লি। নহাক্কী মহৌশাগী অউবশিংগী কল্লক্রফম ওইরম্বী শক্তমদো ...।

— জাৎ জাৎ য়াম্না ঙাংলক্কদৌরিনা। ঐ ৱা অমা হায়গেনে শাওদি শাওনরোইশিকো।

— করিনো হায়য়ুনে শাওজরোই করিমত্তা।

— লৈশারিবঁগে মতমদা ফজৈ খন্না অদুগা হৌজিক্তী লৈশারিবঁগী ফজবদো মাংখ্রে হায়বা নৎত্রা! অদু ওইরবদি ঐঙোন্দগী ফজবী অমুক্কা।"

কিরন্না, নোক্লগা কনানা থাক্কদৌরিবা।

— নঙ-ফাওবা ননিং থুংহনবা ঙমদ্রিবঁশিদা।

-- অদুগী ৱাবুদি ঐখোয় অনী চংদুনা কন্না শুরগা লোয়রেদনা করি হায়গে। কলেজ তম্মীন্নরকখিবী নহাকপু পামজখিবীশিংদো জমুনা, রোমা হোয়দুবো নিংশিংলিবা নত্রো? নোংমতা থেংনদ্রা! নোংমবুদি লাক্লমলেদনা।

— শুনি মখোয়দো তশেংনা ঐদি কিখিবনি মতমদুদা। ঐখোয়নীনা কেন্দি টনদকা ফম্মীন্নরিবঁদকা তৌখিবশিংদো, অঙকপী ঙাক্তনি।

পুন্সিসে অঙক অঙকপা কয়ামা থেংনরকইকো। মরক মরক্তা নিংশিংলুরগা, নোকনিংদুনা ইতোমতা নোকপগসু য়াওরকই।

— নতোমতদি করিগী নোক্লিবা। মীনা উরগা ঙাওরমাল্লে মথন্তা নোকইকা তেক্তা হায়নবনি খঙদ্রা হায়বা ?

— মীনকা উবা-পোৎ নত্তেদা, ইথন্তা থবক ইনখাং তৌনা তৌনা...

— কিরম্না, অদো শুনি ...! নঙনা নোকপা মীনোক্তো পাখং অঙাওবশিংগা ...।

— চখোদা কদায়দৈ ম্বানোদা ঐবু কদায়দা চৎলগা নোক্লুনি হায়গে!

লমজাও পুম্রিদকা থোকপদা, নঙগী মীনোক্তো রাশি লৈবনি মীনা ঙাওনখিবশিংদো মীনোক্তুদনি।

— হৌজিক্তী পূম্নমক অরেম্বা ঙাক্তনি ঐগী ইফমদা খঙবীরবো। খম্বল চাওরিবা হায়বদুরো শকহেনবা। নহাক্তা থম্বায়নি খম্না অমকপা লৈতনা নতুং ইন্দুনা লাকচম্রবীনে। কনাদা নুংশি মীনোক অমুক, নঙোন্দা নত্তনা খুম্মুনে। ঐহাকসে, নহাক্কী লেংদ্রবা—।

— নীংশিংলিবরা শুনি, নহাক্না অহানবা য়ুমশিদা লাকখিবা মতমদো। নহাক্না য়ুমশিদা লাকখিবদা ওইরম্বা ঐগী পুন্সিগী শকফম, ফিভম ঙসি ফাওবা অদুম্মক লেংদনা লৈরিকো শুনি। মতমদুদা নহাক অমনা মীমান্নবা ঙমদ্রবা ঐগী, য়ুমগী মৌ অমা ওইনা লাকখিবা মীকুপ্তুদা শোল্লবী ইমাদুনা কয়াদা হরাওজখিবা নত্রনে। লাইররবী ইমাগী খুৎশানা নঙগী নকোকথক্তগী নানথবীদুনা ....।

— শুনিতানা, নহাক অম্বাবা ম্বাখল খনবা মাল্লি, ইমাদুনা মচাদা মচাদৌনা লোইরমদাই মীকুপ্তুদা পীরমখিবা লাইররবী ইমাদুগী মঙ্গলদুননি ঐনা ঙসি ননাক্তা লেংদনা লৈবা ঙমজরিবা। নুতি নুমিৎ খুদীং লৈখিদ্রবী ইমা শকপী ইনেমগী ফোটোদা ধুক থাউমৈ কৎচরিবসিনি। মতম শাংনা লৈমীন্নৌ হায়নদি ঈশ্বর মানা তম্বীরমদবনা নহাক ঐহাক্কী নহাক্লদি কোয়না, চৎথোকপনিনা খঙবীদ্রবা। (কপ্পা)

শুনিতা কপ্পি। ঙাইহাক কপ্পুরগা হায়রকই।

— ঙসিদি করিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা!

— করিনো হংঙুনে অমত্তা নত্রবসু।

— ইকাইজবদুগী ম্বানিদা।

— ঐঙোন্দবু ইকাইরিবা (নোকমীন্নে)। অদো শুনি নঙগী শুমহৎপী মীনোক্তুদদি ....।

— কনাদসু নোকচরোইদা।

— হায়রোদনা হায়গদবদো অমুক কাওশিন্নবগা তোক্লদোইরো।

— ঐনা লাকপা নৌরিঙৈ ইমানা ঐঙোন্দা পীবীরম্বা থৌজান (বর) ইমানা নিংজখিবদো ওইদদনা ওন্নবা ...।

কিরন্না ঙক্লা হায়রকই,

— ঐ ভাব তাদে শুনি।

— অদুবুরো ঐখোয় অনীগী অহানবা ফঙজগদৌরিবা ....।

— শুনি করিসু কায়বা লৈতেনা ঈশ্বরনা পীবা খুদোল্‌নি খন্না হরাওনা নঙ-ঐ ফিগাও শানা লৌবা তাবনি নত্রনে। নহাক্কী ব্রাখলনা করি খল্লিবা হায়য়ুদনা।

— ঐগীসু খেন্নবা লৈজদে অদুদা লাই ওইব্রবী ইনেমদুগী অপাম্বদো ...।

মথংগী নুমিৎ অমদনি, মতমদো নুমিদাংনি শুনিতাদা তমগে খন্না খন্না, নোংম মাগী রিক্সাদা শুনিতাগী মমানা ...। মথন্ত অমুকসু নোকচৈ। শুনিতাদি চাকশংদা চাক থোংলি। অমুকসু খল্লি। করিগীনো মখোয়না শুনিবু মবুক থোক্কী মচা-কা নত্তবদৌনা ...। তাঞ্জাদুদা শুনিতা কিরনগী নাক্তা লাক্লম্মী (চংলক্লম্মী)। হায়রকই।

চাক লোইজরে।

— কিরন খঙপ্রেক খঙখি।

— ঐগী ইনাক্তগা চংলক্তনা নতোমতা করি ব্রাখল খল্লল্লিবনো ?

— করিসু খন্দেদা !

— খঙজরে, ঐ খঙবা য়াদব ওইরম্লনি নত্রনে হা! চাক চাথোক্লুরসি হৌগৎপীরো।

— কিরন্না, শুনি নহাক খঙবা য়াদবা ব্রাখল অমত্তা খনবা লৈতেকো। লাকও, লাকও, নঙনা ঐবু লান্না লৌরবরা শুনি।

— লৌদে হায়ব কৈদৌবগী লান্না লৌদোইনো।

— কিরননা মখা তারকই, শুনি ব্রা অমখক নিংশিংলকপা মদুদা নঙোন্দা তমশিরা খল্লম্বনিদা।

— তম্বীনুদা তমথোকনিংদবা ব্রাদুবু।

— তমথোকনিংদবা নত্তেয়ে শুনি, করিসু লৈবা ব্রা নত্তেদা। হৌখিবা তাং২০ গী ইরাই নুমিৎকী ব্রাফম অমখকনি। নুমিত্তো রিক্সা অমত্তা হেক লৈতবা তাঞ্জা অমা ওইখি হায়বা তায়।

— কৈদৌরিনো হায়বা! হায়রোবা!

— শুনি ইমাগুম্বী নুপী অমখক্কা রিক্সা, রিক্সা থৌরিবা ইবুংঙো হায়না কৌরকখি, হায়রকখি অথুবনি কৈশামপাৎ ফাওবদা ...। হন্না য়েংথোক্লুবদা....।

— হন্না, য়েংলুবদা কৈদৌরগে হায়বা কনা ওইরন্নগে হায়বা!

— শুনি অতৈ কনা ওইরমদে।

— অদুদি কনা ...।

— নঙবু পোকচবী ...।

— ফরে তোক্লশি ...।

— কিরন্না ঐদি শেল তানবা থোকপনি অদুগীসু মথক্তা করম্না-।

— নহাকনিবু খঙখিবরা হায়বা!

— খঙখিদেদা মদুগীবুদি-। নুমিৎতুসু রিক্সা অমত্তা ফাওবা হেক্ লৈতবা।

কিরন অমদি শুনিতা মচানিপা অমা ফংজরবগী তুংদা ঙসিদি মখোয় অনী কয়াদা হরাওনা পীক্লিবা মচাবু য়েংজরগা আশা কয়া অমগা লোয়ননা হিংমীন্নরি। কিরন রিক্সা থৌদুনা ঙসি মহাক্কী পুন্সিনা হিংলবসু নোংমতা শুনিতাগী মফমদা অব্রাবা শকফম উৎতে। নুংঙাইবগী আশাদতা হিংজবা পাম্বা কিরনগী পুন্সিনি। অমরোমদসু কিরন শুনিতাবু য়াম্না লুনা নুংশিনা তৌজে। কিরন করিগুম্বা তাঞ্জাদা শুনিতাগীদমক নুংঙাইতবা ব্রাখলদা লুপ্তুবদি (উংদবদি) নত্তে। মরমদি শুনিতাবু ঙসি ফাওবা মমা-মপা অনীনা লৌখৎপীদনা লৈরিবনি। শুনিতানা কিরনগী থম্মোয়নুংদা খল্লমগদবা পুম্বা খঙই। অদুবু কিরন নোংমতা শুনিতাগী মফমদা হৌদোক্লুদে। শুনিতা থোক্লকই, হায়রকই।

— করি খনবীরিবনো ?

— কিরন্না করিসু খন্দেদা, নুংশিরবা নঙ ঐগী ইচা থোইগী আশাগী মঙলান অমখক ...।

— করি করম্বা মণ্ডলান্নো, ঐবুসু খণ্ডহনবীয়ুদনা। শুনিতানা মোমোন্ননা সে: করি করম্বা আশাগী মণ্ডলান্নোব হায়রোবা!

— শুনি অতৈ করিসু নত্তেদা। নণ্ড ঐ চংদুনা ঐখোয়নিগী অহানবা ফংজরা ইচা থোইসে মশক নাইবা মী অমা ওইহন্নবা হোংনবা ফনা লৈত্রবসু, চারা নাম্মতা চারবসু ইচা থোইগীদমক ঐখোয়নীগী পুন্সিসে কখোকপা হায়বসিনি।

— মোমোন নোক্লগা শুনিতানা, মদুগী ৱা ওইরে, নথন্তগা উংদুনা।

— অদুগনে শুনি অতোপ্পা অমনা ঙসিদি ঐগী মণ্ড অমখক কুইরবগী তুংশিদা।

— করম্বা মণ্ড-দানো তম্মোনে।

— ঐবু তম্লদ্রনে!

— মমল কাহল্লিবরো, সে তমলো হায়বা!

— ফরেনে তম্লগে মুন্না তাওকো। ঐখোয় অনী পুন্না য়াওমীন্নখিবা থবক্কী ...।

— শুনিতানা অদু কৈদৌরবা!

— শুনি ঐগী মণ্ডদুদনে থবক্তো থবক অদো য়ারে হায়বগী এপোইন্টমেন্ট ওর্দরগী চে লাক্লম্বগী ৱানিদা।

— কিরন্না, শুনি মণ্ডবুদি মণ্ডনি হায়ববু ...।

— ঐগী মণ্ডদি খরদি চুমগনবনি।

— শুনিতানা করম্নো, কনামত্তদসু ৱাচৎ-ৱানোমলুবসু নত্তবা কান্নদেসে মণ্ডগী ৱাবু মণ্ড হায়বদুনিদনা-।

"কিরন, ঙসিদি শিকি তিংলুবা লৈতনা সরকারগী থবক অমা ফংজরে। কিরন্না থবক অমা পীকপা চাওবা ফংলবসিদা শুনিতানা কয়াগী মতিক হরাওজবা। মপুরোইবা কিরন রিক্সা থৌবা তোক্লগনি খনবদা শুনিতা নুঙাইবগী ঙমখৈ লৈতে।

— শুনিতানা হায়রকই মোই-বা হায়না কৌজবসিবু।

— শুনি নহাক্লা কৌনিংবদো কৌবদা ঐহাক য়ারে। নহাক্কী অপাম্বদো ঐহাক করিসু হায়রোই।

-- ঐখোয়না অসুম্না সরকারগী থবক্তা ফংলক্কনি হায়বসে শুকথা থাজরুদ্রবনি। অদুবু ঙসিদি লাইররবা নঙ ঐগীসু ঈশ্বরদি লৈরমলেকো।

-- ঐসু খল্লম্লিবনি, অসুম্না পুন্সিসে ওইরক্কনি হায়বসে, অদুবু পুম্নমক নহাক্কী মকত্রবা থম্মোয়গী নিংজমনগী মহৈনি খঙলবরা। থাশিগী অহিংতা ওই অমম্বা লক্তা মঙলাক্লদুনতা হিংলক্লিবা নঙগী ঐগী পুন্সি ঙসিদি--।

-- নহাক্কী অখাং কনবা, হনবা লৈত্রবা নহাক্কী পুক্লিং ব্রাখল কয়াগী মহৈনি। ঙসি ঐখোয়না মীনুংশিগী অচুম্বগী মঙাল অমা ফংজরিবসে। থোইনা খঙহৌদবা মীকুপ অমদা নঙ ঐগী পুন্সিগী অতিয়াদা থোক্লরেকো অচুম্বগী পুন্সি অতিয়াদা পুর্ণিমা থাজ। খুইথরুরবা পুন্সি পামেলসু তেকখৎহল্লরে ঙসিদি অনৌবা পুন্সিগী মঙাল অমনা।

-- শুনি চুম্মী কিরন্না হায়রকই, থোক্লরে ঙসি নঙ ঐগী পুন্সি অতিয়াগী থাজদি। অদুবু শুনি ঐগী থম্মোয়সিদা নিংঙমদবা অব্রাবা চৈনা অমদি অদুম লেংদনা লৈরি হায়বা তায়। করিগীনো ওমর ওইগদবা নত্তবা মীওইব মপোকসিদা মীনা মীবু অসুক য়াম্না হম্বুনা তুকৎচনা লৌনরিবসে খন্নরিবসে?

"লাইরবা-ইনাকখুনবা, অচৌবা অপিকপা, জাৎ-বিজাৎ খায়দুনা করিগীদমকনো মীওইবগী ব্রাখলনা অসুক য়াম্না খেৎনবা মীৎয়েংদা তশেংনা হিংবসে কিরক্লে শুনি।

-- করিগীনো মীওইনা পোক্লম্লগবু হেক্তা ...? হিংখিগদবনি মখোয়শিংদুগী মরক্তা ঐখোয়গী পুন্সিসু শুনিতানা হায়রকই। অব্রা-নুংঙাই অনীগী কপ্পা নোকপা পুন্সি খোঙচৎশিদা হনবা লৈতনা।

-- শুনি, পুন্সিদি অসুম লোইখিগনি অদুগা পুন্সি অমগী ব্রারীদুদি লেংদনা লৈহৌগনিকো! কপ্পা নোকপা হায়বসে মীওই মপোক্কী ময়াগী সংসার হায়বদুনি। মতম খর-খক্তগীনি মীওই মপোক ঐখোয়না হিংলিবা। পাক-চাওরবা ঙসিগী মালেমসিদা অমনা অমবু অঙম তান্নরিবা মীওইবা সমাজ নোংমদি উৎ ওনখিবসু কনানা খঙবা। শুনি ঐনা ঙসি পেন্দ্রিবসে ঐনা অচৌবনি, নঙনা মচানি, নঙনা লাইরবনি ঐনা ইনাকখুনবনি হায়দুনা-।

অদুগা মমা-মপা ওইবশিংনা মচা নিঙোলশিংগী পুন্সিগী ফিরেপ অমত্তং পুন্সি খোঙচৎকী লাক্কদবা তুংগী লম্বী অমা থিজবদা করিগীদমক অয়েংপা পীরিবা। মসিমতংদি নিঙোলশিংগী মনিং তমহনবদি য়াবনি। লাইরিক লাইশু হেনবা, লৌশিংগী মঙাল ফংনরবা ঙসিগী সমাজসিদা-।

— তপ্পপ্না শুনিতানা হায়রকই, খঙই, ঐসু অদুবু ঐগী পুন্সিনা কনাদসু য়ারৌরক্রে। পাম্মী ঐহাক্স, খল্লিবনি য়াখলসিদা, নিংঙোল ওইবীশিংনা তুংগী ফিরেপ অমত্তং শেমজবদা করিগী ইমা-ইপা, অহল-লমনশিংনা নিঙোলশিংগী হক পীবিদনা নিংতম্বু য়াহন্দ্রিবা।

— শুনি, ঙসি ফাওবা লাইরবা ঐঙোন্দা লৌখি হায়দুনা, হায়বা ইন্দবীনি হায়না নহাকপু ইম্বোকপীরিবা নখোয়গী ইমা পাবুংসে মীওইবা ঙাক্তনিকো। ইমা-পাবুং অনীগী থম্মোয়সে কনদি কনবজাৎনিকো। হেক পোকচবী মচা নিংঙোলমকপু ইম্বোক্তুনা থম্বীবা, মসিদনি ঙসি ঐনা নঙগীদমক থম্মোয়দা কপ্লিবসে-।

— ঐদি পূন্নমক কাউথোক্লবনি থোই-বা। থম্মোয় লাইমন ওইনবনি হায়দুনা। নোংমদি মখোয়সু মীওইবা মরক্তগী মীওইবনিনা জ্ঞান তাজরকখিনি হায়না।

হৌজিক্তী মীগী থম্মোয় পান্দবা পান্দবী মখোয়সু তারম্লনি, খঙলম্লনি থোই-বানা সরকারগী থবক ...। মখোয়গী থম্মোয়দা মীনুংশিগী য়াখলগা লাক্লম্লবদি মখোয় শোয়দনা নিংঙমদবা ...। ঐ তশেংনা তাইবঙপানশিদা মীওইবা অমা ওইনা পোকপীরক্লম্লবসু য়ুমদুদা করিগুম্বদা মীনুংশিগী মীৎয়েং লাক্লবসু খোঙ্গুল তাররোই হায়না খন্দবা নত্তে।

— শুনি চুম্মী নহাক্কী খল্লিবা য়াখলদো অমরোমদা খল্লুরবদি। অদুবু মদুগী ফিরেপ্তুমক্তী লৌবা লানগনি। মপা-মমা ওইবশিংনা মচা নিংঙোলশিংবু নুংঙাই য়াইফবা মফমদা, হৌনশানি। মখোয়না নিংলুবনা অমা ঐখোয়গী অপাম্বনা অমা ওইনা হেক ওন্ন-তৈনখিবদুদা, মদুদা হেক শাওখিবনি মদুসু লানবদি নত্তে।

— ফনা ওইদুনসু মখোয় ইমানি ইপানি থম্মোয় কনমল্লি (কপ্পা) ইচা থোইগী ... লাকপা য়াখিবনি মবুক্তগী তারিবা ইমা মহাক ফাওবদি। লৈকাইগী

ইমা ইন্দোন, ইচে-ইচলশিংনা নুংশিবীরম্বগী ঐখোয় ৱাখিদবা নৎত্রা? মতমদুদা ঐগীনি হায়বা কনা কপ্পা-কপ্পা, নহাকপু খল্লুনে নিঙোল ওইবীগী খ্বায়দগী লুবা তানফম হায়রগদি, নত্তবরা?

— ফরে, তোক্লো কপকনু, পুন্নমক হৌগ্রবনি শুনি। মীওইবা ঐখোয়সে অচৌ-মচা খায়দনা অমগা অমগা, হায়বদি নোংমা শোয়দনা শিরগদবা ঙাক্তনি। নুংশিননা হিংমীন্ননিংঙি হায়বগী ৱানি। হিংমীন্নবসিবু য়াদবজাৎলা?

— মদুমক্লি থোই-বা ঐহাক্লা খনজরিবসু। নঙ ঐগী নুংশি ঈচেলদা ৱাখলগী মান্নবা পনখৈ অমদনি ঐখোয় অনী ঙসিগী খুন্নাইসিদা হিংমীন্নবা ফংলিবসে নুংশিননা।

— ফরেসে শুনি,

— ঙসিগী খুন্নাইশিদা হায়নিংলি মসিমদি থোই-বা ঐনা নুপী ওইনা পোক্লম্লবসু মীওইনা পোক্লক্লবা ঐখোয়সে জীব পূম্নমক্তগী অথোইবা অফ-ফত্তা উবা ঙম্বা ৱাখল খনবা মীওইবা জীবনি। ঐখোয় অদুনা হিংমীন্নরিঙৈ মতমসিদা অমগা অমগা নুংশিননা সে-মায় হায়নদুনা হিংমিন্নবা করিবু কায়বগেনে। তেনখ্রবা মীওই মপোক্কী পুন্সি খোঙচৎশিদা-।।



১৯।০১।২০০৩





তোংব্রম শামুঙৌ ইং শোক ১৯৬৩ শজিবু থাগী ইবাই নুমিত্তা সগোলবন্দ লাংজিং অচৌবা মমাং লৈকাযদা পোকই। তোংব্রম শাজৌ অমদি তোংব্রম ওংবী পিশক অনিগী মচানুপী ১, মচানিপা ১ গী মনুংদা অতোম্বনি। মহাক ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালগী ঈশৈগী শৈরেংবা অমসুনি লোযননা ড্রামা ইবা অমসু ওইবকখি। হৌজিক হৌজিক নোহাখোলগী মেম্বর ওইবগা লোযননা লেপ্তুনা খুৎ থাবিবা অইবা অমনি।

অইবগী ফোঙলবা লাইরিক :—

১। চৈথেংদুগী চৈনাখোল (শৈরেং)

২। পুন্সি খোঙচৎসিদা (রাবীমচা)

— নোহাখোল —